# থেঙনা লাকপা য়েন্নিংথা

(ৱারী মচাশিং)

শিজগুরুময়ুম বেদেশ্বর শর্ম্মা

# THENGNA LAKPA YENNINGTHA

*A collection of Manipuri Short Stories*

*Written by : S. Vedeshwar Sharma*




অহানবা ফোঙবা : জুন, ২০০০

লাইরিক মশীং : ১০০০

অফোঙবা : শ্রীমতী থরাকসনা দেবী
ব্রহ্মপুর ভাগবতি লৈকাই, ইম্ফাল

মখুম : প্রেমানন্দ রোই

নম্বা : পুথিবা প্রেস কম্পুটরাইজ
খুবাই লম্লোং বজার,
ইম্ফাল ইষ্ট - ৭৯৫ ০১০

মমল : ৫০/-

পন্থৌ অপোকপা,

শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রীগী

খুয়া থম্বালদা কচ্চরি ॥

# লাইরিক অসিগী মরমদা খরদং

ঐহাক অইবা অসিবু মশক খঙলকপা য়াম্না কুইরে। ঙসিদগী চহী ২০ লোমগী মমাঙদা মহাক কলেজদা ঐহাক্কী ছাত্র ওইরমই। মতম অদুদগী হৌনা ঐনা মহাকপু ঈশৈ নোংমাই, লিলা-দ্রামাদা থবায় য়াওবা অমা ওইনা উখি। মতুংদা, কায়নথংদা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিদা চহী ১০মুক হেন্না জুনিয়ার কল্লিগ ওইনা ঐগা থবক তৌমিন্নখি। মতম অদুদসু মহাক্কী মরুওইবা শিনফমদি ঈশৈ-জগোয়, লিলা-দ্রামাগা মরি লৈনবা হিরমশিংদনি। নহা ওইনা হিরম অসিদা মহাক্কী অচৌবা একসপরিএন্স লৈ। মমৈথংদা ঐহাক্না মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি থাদোক্তুনা, হৌজিক লৈরিবা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমি অসিদা থবক তৌরে। অদুবু থবক অমসুং লন্নাইগী মরিদি অদুম লেঙদনা লাল্লি। মতম অসুক কুইবা অসিদা ঐগী পূক্লিংদা ঙক্লা থোকলিবদি মহাক লাইরিক ইবগী অপাম্বা লৈ হায়বা অসিনি। মায়গৈ অসিদদি ঐনা মহাকপু চপচানা খঙবা ঝাৎলমলে। মহাক লাইরিক ইবা ইমুং অমদা পোকপনি। মহাক্কী অপোকপা শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী লৈবাক্লা ঈকায়-খুম্নরিবা শিংথানরবা অইবনি। অদুনা মঙোন্দসু লাইরিক ইন্নিংবগী 'নেশা' লৈরমলোই করম্না হায়গনি ? নহানমখৈ লোক্তুনা লৈরম্বা মশাগী গুণ অমা খঙহৌদনা ফোঙদোরকপসি পূক্লিংদা নুংঙাইবা পোকচৈ।

লাইরিক অসিগী মিং অসি য়াম্না চান্ননা থোক্লি। থেংনা লাক্লবসু য়েংন্নিংথাগী ঈহৌবু কনানা নমহৎপা ঙমগদগে ? হঙ্গাম মপানগী ফৈদোমলক্তা, হৈখা মপানগী পোমশাৎনবা ঈগোমলক্তা, য়েন্নিংথানা লোন্না খোঙদারকপদা কনানা থিংবা ঙমলুগদগে ? শাইজিন মনাক্তা হুমলকপা য়েংন্নিংথাগী শাহুমদা থম্মোয় লাংতক্লদবা কনা লৈরমগদগে ? শকখঙদবা উচেকশিংনা য়েন্নিংথাগী পাউজেল পুরকপদা

নাকোং থাংগৎতুনা কনানা তারুদবা ঙমগদগে ? অইবা অমসুং অপাবনা থেংনা লাকপা য়েন্নিংথাবু খুৎ তিংথোক্তুনা তরাম্না ওকনিংই। 'য়েন্নিংথা' অসি অইবগী পুন্সিগী তাংকক অসিদদি নৌনা লৈশাৎ তমলক্লিবা থম্মোয়গী মচু অমনি। মচু অসিনা অইবগী ৱাখলবুসু খুদুম চল্লক্লি। মতম অসুক কুইবা অসি অইবগী ৱাখল অমসুং থম্মোয়দা কায়দোংলিবা পুন্সিগী মচল কয়ানা তপ্না তপ্না অহিংবা মূর্ত্তি লৌরক্তুনা ঙসিদি ঐখোয়গী মাংদা চৎলরে। লাইরিক অসি মদুগী শকপান্নবা খুদোলনি। মসিগী লৈনা খূদিংমক তপ্না তপ্না হাংদোকলুবদা অইবগী কুপশিনখ্রবা ৱাখলগী লৈরোল কয়া অপাবশিংনা থেংনরি।

থোয়না শাংদবা ৱারিমচা ১৫-না শাবা, লমায় ১০৬ খক্তং পানবা লাইরিক অসি, ৱারীমচাবু পামজবা মীওইশিংদা নুংঙাইবা মহাও অমা পীবা ঙমগনি। সাহিত্যদি পুন্সিদা য়ুম্ফম ওইবনি। পুন্সিগী মচলশিংনা মসিগী লৈনা ওইরি। অদুবু মীপুম খুদিংমক্তী অইবা ওইরুবা ঙমদে। পুন্সিদা য়েন্নিংথাগী শাহমনা থেংলদবা মীওই কনা লৈরমগদগে ? অদুবু ঙমলুদে, ঈপোমশিং অদু ফাজিনবা ঙমদনা চৎখি। থেংনা লাক্লবসু, অইবনা ঈপোমশিং অদুবু ঈথৈ পীদুনা, পাবা য়াবা খুদোল ওইনা অপাবশিংগী মাংদা থমলরে। মসিদনি অইবগা মীচম অমগা খেন্নরিবদি।

মণিপুরদা হৌজিক মীয়াম্না খ্বায়দগী হেন্না পামনরিবদি ৱারীমচানি হায়বা য়াই। ৱারীমচাগী খুদোংচাবা কয়ামরুম লৈ। মসিনা অতেনবা মতমগী মনুংদা, ৱাখল ইচং চংদনা, নুংঙায়বা সাহিত্যগী মহাও অমা পীবা ঙমই। মী খুদিংমক ঙসিগী য়ুগতা খুদক্তা ফংবা 'নেশা' অমা পামই। মসিদনি ৱারীমচাগী মফম অমা হৌজিক্কী সাহিত্যদা লাক্লিবসি। অদুবু ৱারীমচা ইবা হায়বসি য়াম্না লায়বা থবকতী ওইদে। কলা অসিবু খঙবা ঙাক্তনা য়াদে, সাহিত্যগী শাফু অমসু পীদবা য়াদে। ক্রাফ্ত অমসুং কলা অনিগী ঈতিনফম শেমদবা য়াদে। খুৎশেম অমসুং মহৌশাগী পীথোরকপা খুৎ অনিগী য়ানশিন্নবা মশক অমা চঙই। মতম অদুতদা মহৈ য়ানবা অইবা অমা ওইবা ঙমই। লাইরিক অসিদা

য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসি ঐঙোন্দদি পাবদা নুংঙায়বা ঙাক্তনি। হান্নসু খূৎ থাবকপা নত্তবা, অহানবা খূদোলসু ওইরিবা, অইবা অমনা ইচং থৌনা পুন্সিদা থেংনরুবা মচু খরনা লৈচল শেমদুনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসি থম্মোয় শেংনা তরাম্না ওকনিংই।

অইবা অসিগী চপচাবা য়ুম্ফম লৈ। মসিনি সাহিত্যগী য়াম্না মরু ওইরিবদি। টেক্নিক ঙাক্তনা মরু নত্তে। সাহিত্যগী ঈফুৎ ওইরিবদি থম্মোয় অমসুং ৱাখলনি। অদুবু অনি অসি পুনবা ঙল্লবদি হেন্না ফজবা খুদোল অমা ওইবা ঙমগনি। ঙসিসু ঐহাক্না অইবা অসিবু চহি কয়াগী মমাংদা উখিবা ছাত্র অদু ওইনা উরি। ঙসিসু ঐনা মহাকপু মতম কুইনা দিপার্টমেন্ট অমদা থবক তৌমিন্নরম্বা কল্লিগ অমা ওইনা উরি। অদুনা মদুগী মবি অদু থম্মোয়দা খোমজিল্লগা ঐনা থম্মোয় শেংনা হায়রি — নহাক লম অসিগী মশক নাইবা অইবা অমা ওইরকখোকো।

**লোংজম জয়চন্দ্র**
*মেম্বর, একজিক্যুতিভ বোর্দ*
সাহিত্য একাদমি অমসুং
হান্নগী সেক্রেটরি,
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

মতম কয়াগী মমাঙদগী ঐদি সাহিত্যবু য়াম্না পামজবনি। সেবা তৌজনিংবনি। অৱাবদি ঙসি ফাওবদা খুদোল অমতসু তমবা ঙমদ্রি। হন্দক্কী লাইরিক মচা অসিনা ঐগীদি অহানবনি। পূক্নিংদদি ফাওরকই, ঐগীসিবু থেংমল্লৱ্রা! কিজবনি, তশেংনা চিংনজবনি, য়াম্না তরক তরক করিসু চন্নদনা মাঙগদ্রা! শক্লাইরবা সাহিত্যকার কয়ানা মরাং কায়না খুদোল কয়া তন্বীবন্নবা ইনাক খুল্লবা মণিপুরী সাহিত্যগী পুঁক্কৈনি। ঐদি চুম্না মাংজিল থাখ্রবা লময়ানবশিংদুগী লীকলম তুং ইঞ্জগে খঞ্জবতনি।

মহৌশানা ঐদি নিশানা পুবা মীওইগুমই। ইনিংলগা পংই-ই, তম্থ্রবসু নুংদুমদু হেক মঙাইবনি। মৃদ লাকপদা পংখোৎ খোৎচিনখিবা, ৱারেং খরা কলা সংস্কৃতিগী মরমদা, ৱারীমচা, শৈরেং, লোইশিন্দবা নোভেল অসিনচিংবা খবা পংথম থমজিনবনি। থমজিনবগী হৈনবীদি ঐগী লৈ। নোংমা ঐগী মকুপ রনবীর মঙাংনা ঐগীদা লাক্লম্বদা সুম খোত্তুনা শান্নরম্বা ৱারী মচা অমা য়েংউ হায়দুনা হায়ফেৎ উৎলুবনি। মহাক্তি সাহিত্য অমসুং থিয়েটরদা ঙাওজবনি। মহাক্না ঐ অমুক্তা পাদুনা য়েংগে হায়দুনা পুখি। চহী কয়াগী মমাংগী ৱানি। ফনা কুইনা পীরকখিদে, ঐনা পীরো হায়রুবদা ফাগী ওইনা হায়রকখি, "নংনা মখা তানা ইথদুনা ফোঙদোক্লগে হায়বা মতমদা পীগনি। ঐদি নংবু ইহন্নিংই"। য়াম্না থম্মোয় শেংনা হায়খিমাল্লে। ঙসিদি ঐসু মণিপুরী সাহিত্যগী পুঁক্কেদা চন্নবা খৃদোল মচা অমদি তমজনবগী তাঞ্জা ফঙজরে।

ঐনা য়াম্না নিংদোল পোমলিবা ৱাফম অমনা সমাজ অসিগী হোংলক্লিবা মচৎ অসিনি। অমনা তৌবদা অমনা থানদ্রবা মতমনি। অমরোমদা কলাগী পোখোক হায়বা অসিদি মীয়ামগীনি। সাহিত্যগী

মচল অমবু সাহিত্যদা ঙাওজবা মীওই ঙাক্তগী ওইগে হায়বা খক য়ারক্লোই। সাহিত্যবু পামজবা মখৈনদি ফত্তবা মখৈ লংথোকখ্রগা চন্নবা য়াবা খরদি লৌখৎপীগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমজৈ। অদুবু কনাগুম্বনা, তৌজশারিসে হায়না করেম কথাইনবিগদ্রা হায়বা ৱাখল অসিনা পূক্লিং লৈতাহন্দ্রি।

লাইরিক অসি পুথোকচদ্রিঙৈদা হান্না পাবিদুনা অফ-ফত্তা য়েংশিনবীদুনা ৱামাং য়ানবীরিবা ওঝা ইবুংঙো শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ, ডাইরেক্তর, জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমি, ইম্ফাল, লাইরিক মখুমগী ডিজাইন্দ তৌবিরিবা অমদি নম্বগী থৌদাং লৌবিরিবা ঐগী মরুপ অনি প্রেমানন্দ রোই অমসুং পুথেম মাঘচন্দ্র সিংহ, প্রোপ্রাইটর পুথিবা প্রেস কম্পুটরাইজ মীওই অহুমগী মফমদা শিংঙম্নরোইদা লমন অমা তোনশিঞ্জরবনি। মসিদা নত্তনা ঐবু তৌদবা য়াদে হায়না ইথিল পীবিখিবা, থৌনা হাপ্লীখিবা মরুপ মপাং কয়া অমগী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

বেদেশ্বর

১৮।৬।২০০০

## য়াওরিবশিং ঃ

# অচুম্বসু-অরানবসু

নোংয়াই মতুং পুং অমরোমদমক তারল্লী। ইবোহল তুল্লম্বদগী মিংকপ খংথোক থোক্লক্কুনা অফিং অফাই ওইনা হৌগৎলগা মোন মখাদগী ঘরি লৌথোক্কুনা য়েংলুবনি। মমঙদা চহি কয়াগী মমাংদা লৈখিদ্রবা মহাক্কী মপানা অহিংবগুম লাক্কুনা মঙোন্দা, " নিপা মচা ঐ শেনফম অদু পামদে। মফম মরাং খঙদবা শেনফমদো লৌরুগনু " হায়না হায়রম্বদু হৌজিক ফাওবদা মনাকোংদা ঙংবগুম তৌরি।

ঙরাংখক্তনি মহাক্না " সাহিত্য সভা " কৌবা সংষ্ঠান অমদা লুপা লিশিং য়াম্খে খক কৎচগে, মপাবুংগী মিংদা চহিগী ওইনা সনাগী মেদল অমা কৎনবা শীনবিয়ু হায়খিবা। সাহিত্য সভাগী সেক্রেটরীনা ব্রাফম অসি মিটিংদা পুথোক্লবদি য়াবা ঙমদ্রে, অমুক্তা খন্নজখিগে হায়হৌবনি। শেনফম অদুগী মরমদা ব্রাখল খন্না-খন্না তুমথখিবনি।

ঈশিং গ্লাস অমা থক্লগা অমুক হন্না তুমথনবা হোৎনৈ, মমিং ককলা অমত্তা উইশিনবা য়াদে। ব্রাখল মফাং মফাং করি করিনো পংখন্দা খন্দুনা লৈরে। ফমুং ময়াদগী টেবল লেম্প অদু সুইচ ওন তৌরগা তুল্লমদাইদা পারম্বা পেপরদু পানবা হোৎনৈ। পারিবা অদুদা পুক্লিং চংলুবা ইঙম ঙমদে।

মহাক্না ঙাইহাক লৈতনা য়াওন্দুনা তুমদনা লৈবদু থংনবা ফমুংদা হিপলিবা মাগী নুপী ইবেয়াইমাসু তারমাল্লে মিংকপ থোক্লক্লদুনা হংলকই "- মখোয় তাম্মো, কৈদৌরে হকচাং নুংঙাইত্রবরা "?

—হুম, কৈশু তৌদে। মিংকপ থোকখিবদগী তুমথবা য়াদ্রে। নংসু

মিংকপ থোক্লবদি হৌগৎলসিনা ? ঐবু নংগা ষ্না খরসু তান্ননিংবনিনে।

— পুং অহুমদমক তারি। নোং ঙানগদবা অসুক য়াম্না ষ্নাৎলিসিবু, হয়েং নোং ঙাল্লগা খন্নবনা ফরোইদ্রা ?

মপুরোইবনা খুন্নক্তবদুদা মখা অমুক তারুদনা হৌগৎতুনা মচিন ময়া শেংদোক্লে। চা লোন্নবা কিচন রুমদা চংখি।

পুংখায়মুক্কী মতুংদা মতৌ মনাও দ্রোষ্বিং রুমদা ফম্মীন্নে। ইবোহলনা হৌদোরকই, — "ঐগী মমাংঙৈদগী বেঙ্কতা লেংদনা ফিক্স ডিপোজিৎ থম্বা শেনফম অমা লৈদনা ?"

— উম, লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রেগী শেনফমদু নত্ত্রা ? মদুদি পাবুংগী মিংদা এর্বাদ অমা পীনবা তৌরসি হায়বিখিদায়নে ?

— ঐদি মদুমক লেপ্লবনি। .... শেনফমদু ঐগী পুন্সিগা য়াম্না মরি লৈনবনি। ষ্নারীসি ঐনা কনাদসু তমথোক্তবনি। শেনফম অদুগী মপান্দগী ঐ মী ওইরক্লিবনি হায়বমক য়ারবনি।

— অকায়বা লৈত্রবদি শেনফমদুগী মরমদা ঐসু খঙজনিংই।

— অকায়বা করিসু লৈতে। নংশু খঙফম থোকপনি।

ইবোহলনা মমাংদগী চাদু অমুক্তং টিংলগা, ঙাইহাক মমিং উইশিন্দুনা তুমিন্না লৈরুরগা তপ্পা হায়রকই,

— ঙসিদি ঐ কলেজগী ওঝানি। লাইবক ফবনা লোইনবীসু শীনফম অসিমক্কীনি। শেম্ছোক লৈবা অপিকপা ইমুং অমগী য়ুমবুরেন ওইরি। .... মতম অমদদি ঐহাক চেক শুবা চৎলমলিবনি।

মাগী নুপীনা ঙক্লা য়েংলগা হংলকই,

— পাবুংগী পেন্সিন ফংদ্রনে ?

— এল.পি.ওঝাগী পেন্সিন্নবু কয়া য়াম্মী হায়বগেনে ? অদুগীসু মথক্তা মতম খরা নারম্বদুদা মীগী শেন্দোনসু খরা লৈরম্মী।

— গ্রেচুইটীগী শেনফম্মসু কোন্নদবা ?

— মদুসু খুদক্তা ফংখিদে। চহি অনিরোম ষ্নানা তান্নরবা মতুংদা ফংখিবনি।

— ইথন্তা পোকপগা ওইরে, ওহ্মোক্লা ৱারমখ্রনিদা।

— ঐখোয়গী পাবুংসি লীলা দ্রামাদা থৱাই য়াম্না য়াওরম্মী। মশামক অফবা এক্তরনি অদুগা প্লেরাইট অমসুনি। অরৈবা শেল মখৈ লীলা পুথোকপদা থাদবদা পান্মুদবা মীতানি। হিসাবসু নিংথি নুংঙাইনা থমদে অদুনা পুথোকখ্রগা হেক্তা হঞ্জিল্লক্তবনি। মসিগী ৱাহৌগী ইমাগা য়াম্না তোইনা শাওনখি।

— শেলগী ৱাদি খরবু ফরি। লীলা তৌবা কাংবুগী নিপা-নুপী ইতোং তোংশিন্নবদুদি ইমাগী মতৌসিদা হৈনরমগদবা মান্দে।

— মদুমক্তি থেংনখিদে, পাবুংগী হাযববু চাবা থকপা মতম নাইদৱা অসিদনি। চাগনি থক্কনি কাওবা মখৈ রিহর্সেল তৌরিঙৈদা মশা শোক্লকখিবনি। লাইয়েংনবসু হোৎনদবা, ... ঐনসু অঙাংনিনা কয়া কন্না হায়রুবসু ঙমখিদে। শোকচিন্দুনা লোইরবা মতমদা য়েংলুবনদি কৈদৌনরুরনি। অফবা প্লেরাইট অমদি ওইরম্বজাৎনি। ইরম্বা লীলা খরদি লিটরেরি টেস্ট য়াওই হায়দুনা তেক্সবুক ওইনা তম্নবা য়াওরিবসিনি। হৌজিক ফাউবা হিংলবদি এর্ৱাডকা ফংজরগদবনি। পামজরম্বা লমসিদা পাবুংগী মিংদা চহিগী এর্ৱাড অমত্তং কৎকে হায়না খনলিবসি কুইরবনি।

— মদুদি অফবা থবক্তি মীনা হেক্তা ঙম্নবা নত্তে। ঙম্নবসু মরম চাদ্রবদি অর্থ লৈতেদনা।

— অদুবু শেনফমদো, ঐগী অশেংবদি নত্তে। মসিদনি ঐনা খনফম খঙদ্রিবসি।

মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। ইবেয়াইমনা ইঙক ঙক্লা চিংনরপ তৌনা য়েংলকপদুদা হায়ক্ষেৎ নোক্লগা হায়রকই, — "ৱারীসি খরা মরিক চুম্না তম্লক্কে, ঐনা তৌখিবদু লানবা চুম্বা নংগী মোৎসু খঙনিংই পুক্লিং চংনা তাও"।

ঙসিদগী চহি তরামঙারোমগী মমাং ওইরনি। মতম অদুদা ঐ বি.এ. অরোইবা চহি তন্নী, একজামিনেসনগী ফোর্ম ফিল-অপ তৌবগী লাষ্ট-দেট নুমিৎনি। অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা ঐগী ওঝাগা লোইননা এস.ডি.সি.

নদীয়াচান্দগীদা হায়নখিবা ব্রাফমগী মতুং ইন্না খুৎশুমন মখাক খরা লৌগে হায়দুনা চৎলুবনি। শেনফম অদু নিরুবসু নত্তে, হয়াং তানা শুজখিবগী অব্রামলনি। ইরাই লায়না লৈতে-হেক্তা হায়দোরকপনি। ওঝানা, "সাহেব, অঙাংসিগী পরীক্ষাগী ফোম ফিল-অপ তৌনবনি লুপা চাম্মঙা খক্তা ওইরবসু পীবিয়ু" হায়রবা ফাওবদা লৈতে হায়দুনা পীদবা ঙমখি। ওঝান য়াম্না পেন্দনা হায়রম্বা হায়ববু, — "যুম শঙ্গাখিবা চহি অমা হেল্লক্রবনি, অয়াম্বা শেনফমসু নত্তে, তাদগীদু ফজমত্রে" অসিখক্তনি। ইকায়বা খঙবা মীতা নত্তবনিনা ওহোক্লা ককখায়না খুন্নকখি, — "ইবুংঙো, নয়াম্বা শেল হাৎকদবা মীতা নত্তে, নোংমা নিনিদং ঙাইয়ু হায়বগী ব্রানি, সিদা নং কৈদৌগে হায়বনো ?" ব্রা মখা তারুবগী কান্নদ্রে খন্দুনা ঐখোয় অনিমক শাউনা থোক্লকখি। ঐদি শাওনিংবদি লাইরদনা কপ্পীংবা অমা য়াওরবনি। লম্বীদা ওঝানা হংলকই,

— নংগীসিবু ঙসিদগী হেনবা য়াদ্রবরা ?

— য়াররোই, ফাইন য়াওরগা ঙসিনা লাস্ট দেটনি।

ঐনা অশেংবদু অদুম খুমই।

— এ ! অদুদি কম্মাইনা তৌনি। কৈরোই লৈকাইদা অমুক্তা হংখিগে, ফংবসু ময়াই।

— ওঝা তোক্লসিদা চহি মাংজরবা হায়দুনি।

— হয় য়াদে, হেক লেপথোকখিবদা তন্থখিগদবনি। ঐসু নংগুম্না হৌরকখি, নংগী থম্মোয়দা ফাওরিবদো ঐসু খঙই। অয়াম্বা শেনফমসু নত্তবনি, লুপা লিশিং অমগা চাম্মঙা খক্তা ঙাইরবনি। মখোয়দদি করিসু লৈতবা শেনফমনি। মাগীসিদি তশেংনা হাৎলগে খনবা মাল্লি।

ঐ পাওখুম পীরুদে। ঐগী হোৎনজবদি চহি মাঙহনবা য়াদে অমদি মিং চনবদা পার্সেন্তেজ শুই শুদে তৌহনবা য়াদে হায়বা আশাদা থবক ব্রানা শুরুরগা, চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ ওহোক্লা কন্না হোৎনজপ্রবনি। শোয়বা তারক্লবসিদদি ব্রাকা অমত্তা ঙাংনিংবা পোকখিদ্রবনি। ওঝানা মখা তারকই,

— "মানা এস.ডি.সি. ওইরিবসিদি পেন্সিন ফংগদবা কুইদ্রে হায়দুনা মফম কাহনবীরকপনি। কুইনা জিলাদার ওইরম্নগা, হেক ঙম্নীবা মখৈ খাস

লেন হায়বা মখে মাগী মমিংদা পাটা তাশিনহৌরবনি। মাগী ওইজবা ঙাক্তনি মানা খল্লিবসি, ওইজগনি হায়রবদি হৌজিকসু শেল হেক্তা পুথোরক্কনি"।

মতাংদুদা ঐনা তোংলিবা সাইকলদু কেস হায়রগা শু লাউনা নুংশিং তারকই। গদক গদক লাউনা শুরকপদুদা ভাব তারক্তুনা কুমথে। ওঝানা হায়রকই, – " মতাং চাদেদা নোংনা মংশিল্লক্লিসিগা, খোঙনা চংতুনা লৈরবদি নোংনা হাঞ্জিল্লক্লবদি লোইনা শোয়বা তারেনে।"

ঐ খুমদে। ঝাখলদা উংলি হায়বদু ভাব তামাল্লে।

– সুম তৌরসি, নংনা তপ্পা লাকহৌরো। সাইকলদু শেল্লগা ঐখোয়দা লাকউ। মীঙোন্দা পীগদবা শেনফম খরা লৈহৌই, নতেমানা পীথোকখিদ্রিঙৈদা লৌশিলহৌরুগে।

সাইকল তোংখংখি। থৌনা থৌনা অমুকসু লাউরম্মী – "নঙ শোয়দনদি লাকউকো "। মিকুপ খরগী মনুংদা নোং চুগদবগী তৌশিল্লক্লে পুম্মম মমশিনখ্রে। লমহাং মপা ওইনসু তৌই, থুপফমসু লৈতে। পুক্লিংদা খল্লকই, শেলসু ফংদ্রবা নোংসু অমুক চোংপা তারবা!

হায়না হায়না নোং তাবা হৌরক্লে। লম্বীদু মী অমত্তা চংনখিদ্রে তুংলোমদগী মোতোর সাইকল অমা কন্না থৌরক্লগা শং হেনগংখি। পাখং মচা অনিখক তোংখি। ঐঙোন্দগী হেক হেনগংখিবগা মখোয়দগী ময়োম অমা পুপ লাওনা তাহৌখি। ময়োমদু হেক তাবগা ফৈনা মতাইরোমদা নাপী মরক্লোমদা শিংচিনখি। তুং লোমদা গাড়ী মখোন তাই হায়দুনা য়েংলুবদা পুলিসকী জিপসি অনিখক কন্না থৌরক্লগা হেনগংতুনা থৌখি। নোং থুপফমসু অমত্তা লৈতে। তুংলোমদা পান দুকান অমা লৈহৌবদুসু ফনা শাংনা হেন্দোরক্লে। মাংদদি ইলেকত্রিক পোষ্ট মরি মঙামুক চংলগা যুম তাবা হৌরে। মদু ফাওবা চেল্লবসু চোংপা য়াবা মখেদি চোংলগনি। খোইদৌ শাওগংপা অমা য়াওরদুনা চোংলবদি চোংলো হায়দুনা তপ্পা অদুমক চংলি। ঐনা ঙসাইগী ময়োমদু করিনো য়েংগে হায়না চংশিল্লুবদা লম্বীগী মতাইদা তারল্লীবদু চেনা য়োম্বা ময়োমনি। পৈশা মানখ্রেদা হায়দুনা তপ্পা খুনখংলগা য়োমলিবদু মচি খজিক্তং হায়গংতুনা য়েংলুববু শ্বাই লাওই। লুপা চাম্মা চংপী মপুন খরনি

চেনা য়োম্লীবদু। হুন্দোক্লম্বদি য়াবা নত্তবনিনা পায়শিল্লগা তুং-মাং, নাক-য়েং কোইয়েং য়েংই। কনাসু লাকপা উদে, ঙকশমলোমদগী ফুরিৎ মনুংদা শং হাপচিল্লি। মতাংসিদা নোংশু কনবা য়াবা মখৈ কনশিল্লক্লে, ফুদিৎ ফুবা হায়বা য়ারে। ঐঙোন্দা নোংগা চংখিদ্রে, য়ুম য়ৌনবা পরপ পরপ সাইকল ইল্লগা লাকখি।

যুম হেক য়ৌবগা সাইকলদু য়েনখাদা ইনশিল্লগা চংখিবদা ইমানা, "ঙাইহাক থুপ্লকপা য়াদ্রা" হায়না হায়হৌই। খুম্লমদে, পরপ পরপ ফিগা হোংদে ময়োমদু হান্না য়েংই। লুপা চাম্মা চৎপী মপুন মঙাখক্লি। উপু শং হাংদোক্লগা ঐগী ফি অমা অনি য়াল্লিবদুগী মখাদা ফৎ লংশিল্লম্লগা শো লোনশিল্লি। ফি অচোংপশিংদু হোংদোক্লে অদুগা ব্রাখল তৌদুনা ঙাইহাক ফম্মী।

ঙসাইমখৈ পুক্লিং চংনা তারম্লীবা মাগী নুপীনা হংলকই,

— করি খনখিবগে হায়বদুদুম খঙনিংই।

— করি খল্লুনি, ফোম ফিল-অপ তৌরনি সিনিদনা। অদুবু ওঝাগা হায়নখিবদু চৎলুগে হায়বদি লেপখি।

— অদুনে, খুল্লকপা শেন্দু শিজিন্নরুবদা মাই পাক্কদবা কয়া মান্দবা ?

— নংগীদুনা নখোয় নুপীগী ব্রাখলনি। ঐগী ওইজরো হায়দুনা ইমাংদা চোংথহৌরিবদুবু করি চিংননিংঙাই লৈবগে ?

— হায়রিসিনদি শেনফমদু লৌথোক্লগা শিজিন্নখি হায়বনিদনা ?

— শিজিন্নখিদে। ওঝানা ব্রারমগদবদুগী খন্দুনা চৎলুই। মঙ্গল ওইজৌ হায়না অশীর্ববাদকা লোইননা হরাও হরাও পীরকখি।

ইবেয়াইমাগী মাইথোংদা হায়ফেৎ পেঞ্জবগী মমি অমা তারকই। মাগী ব্রাখলদু খঙলদুনা ইবোহলনা ফাগি ওইনা হায়রুই,

— নখোয় নুপীসিননে অশেংবনা মানজরিবদি, তৌথোরক্লগনা ওইজবা ঙাক্তা য়েংগনি। নখোয়দিনে মাইথোংদনা অমা নুংদনা অমা চিম্বালদনা অমা খুংনা অমদা, থাজরুবা য়াবা নস্তে।

— মদুদি মী খরগী ব্রানিদা। শেলদুবু থিবা খোংপা লাকখিদ্রা ?

— করম হায়না থিরক্কদোইনো, নোং মরক্তুদা ঐ চৎলি হায়বা ফাওবা মখোয়দি খঙলল্লোই, খুনবা খুন্দবদি লাইরদনা।

— শেনফমদু অদুম্মক শোকপীরুদ্রবরা ?

— শীজিন্নখি, মফম চানা শীজিন্নখি। ফিক্স ডিপোজিটকী ইন্টরেস্ট অদু ঐগী তোঙাম্বা একাউন্ট অমদা চঙহল্লি। মদুদি ঐনা অদুম্মক শীজিন্নখি। প্রিন্সিপল অদুগী এগেন্সতা লোনকাসু লৌখি। অমুক কাওরুদনা শিংদোকখি। মসি ঐনা য়াম্না খল্লবা মতুংদা তৌখিবনি। ঐনা মাঙহন্দনা থম্বীবগী মমলনি হায়না লৌই।

— অদু হৌজিক্তি মীয়ামদা কখোল্লগনি, চিংনিনিংঙাই অমুক লৈত্রেদনা ?

ইবোহলনা ঙাইহাক তুমিন্না উংলুরগা হায়রকই,

—অদুম্মক খল্লুরবনি। সাহিত্য সভাগী সেক্রেটরীগসু উন্নববনি, অদুদা ঙসি মঙদা ঐখোযগী পাবুংদু উরম্বনি ....।

— অদুদি ফৈনা, মাই শোইদনা পাক্কনি হায়বনিনা।

— নংনদি অদু হায়রিবা, মংদুদদি পাবুংনা শেনফমদু পামদে হাযবল্লীবনি। মদুদনিসে ঐনা খনফম খঙদদুনা তুম্বা য়াদ্রিবসে।

মাগী নুপীনা ঙাইহাক তুমিন্না খন্থরুরগা হায়রকই,

— মদুদা কবিবু চিংনফম লৈবগে ? মখোয় তাম্মোনা পংখন খনবদুনা তৌরিবনি। ঈশ্বরদা থম্মোয় শেংনা নিজরগা লোইরে।

— নংগী ব্রাফমদুসু অচুম্বদি ওইরবসু, নহারোলশিংদুনা লৌরকপা মতমদা কনানবু হরাও হরাও পীরক্লমগবনো !

— মদুমক ওইরম্বা তারগসু, ঙসিদি মীয়ামদা শীন্নরগনি। মপুদুসু মহৈ ফঙজরগনি। খজিক্তুং ফনা খন্দোক্লবা হোৎনবীয়ু।

মাগী নুপীনা মপুক্লীং, ফাজিননবা হোৎনরকই। ইবোহলনা মখা তারকই,

—তৌবগীদি শেল অদু হেক লাকপদগী ঐগী ইফমদদি অফবা ঙাক্তা ওইখি। ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পীবিবনি হায়না লৌবনা চুম্বা তাই। উহৌবা কনা য়াওদ্রবসু ঐ ইশামক্তি খঙলিদনা, ঐনা ইশাবু থক মীনমগে খনখিদে, মতম অসুক কুইহবসি শেনফম অসিনা ঐঙোন্দা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইদুনা লাকলি। সিদগীদি ঐগী অৱাবা অমুক লৈররোই।

ৱাফম অদুদা মখোয় অনি মোৎ মান্নরকই। থোংনাউলোমদা য়েংথোক্লবদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরল্লে। য়াহৌ ঙনবা উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেল হৌজিক্তদা মখোয় অনিগী নাকোংদা তারক্লী। ❑

# মচু ৱাওথরক্লিবা পুন্সি

নুমিত্তুগী নুংশাদু ওহোক্লা য়াক্লা শাখ্রে। থবক শুরিবা নুপী নিপাশিংদু অমত্তা মওম ইশান-শান্নদে। লৈখোম লৈনাং মরক্তুদা লোইশিনহৌদবা য়াদে হায়বা থৌনা অমগা লোয়ননা কন্না শুবি। মরক মরক্তা "কয়াম ৱাংখিনি", "ঙাইহাকসু পোত্থাবা যাবনি" অসিনচিংবা খোঞ্জেলসু থোক্লরকই। ঙাইহাক অসুম্না কন্না থবক শুবন্নগা থবক থানরকই। মহৈ মহৈ উরুম থিদুনা পুল্লপ পুল্লপ পোত্থানবকই।

— "লাংবন থাগী থাযাই চনশিল্লক্লে, কুমশিদি নোং অসিসু অসুক য়াম্না মনিং খোল্লিবসিবু কবিনো ?" বোতল ব্রস অমগী মখোংদা ফমদুনা হুমাং হন্দোক্লিবা মানবীগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা চান্দনীনা মকোক্তগী কোকশেৎতু লৌথোক লৌথোক্লা হায়রকপনি। কোকশেৎ শেৎলম্বা মঞ্জুনবা ইনফি অদুনা মমাই-মমিৎ তৈথোকই।

— খঙদেদা ইবেম্মা, নোংমগী চরা ফাউবদং হেল্লবদি হায়দুনা অসুক কন্না হোৎনরিবসিদা ঈশ্বর ফাউবনা হেক চানবীদবনি।

চংশিন্দুনা মনাক্তা ফমলে। মানবীনা ফিরৈদগী বেরী মৈখেৎ পুথোক্তুনা মচৈ অমা চম্মী। থৱাই তানা চিংলগা শাংনা কামথোক্লীংবনি, ঙমদে হাগে তৌরকই।

— ইচে, হৈনখিদ্রে। নমথিদ্রা! শাগ্লবসিদা বেরী অমুক থকচিল্লিদুবু ?

— "অশাবদি অশাবনা লোকশিঙাইদনা।"

নোকফেৎ তৌরগা খুম্লকপনি। য়েংলক্লিবা মীৎয়েং, নোক্লক্লিবা

মীনোক য়াম্নমক অর্থ লৈ। ব্রাহ্ংসু য়াওরে, পাউখুমসু অদুগা হঁরোইনলা নিংবা কায়বগী পেন্দবা খোইশাউনবা অমসু। নোক্লকপসিদা খঙবা ঙম্বই মদুদি মীয়াই চল্লবা হায়বরোমদা নকশিনবা হৌরক্লিবা নুপী অসি মতম অমদা মাগীসু মীবু শুক্ষৎপা ঙম্বা শকফম অমা লৈরম্মী হায়বসি। লৈত-লাইরগী চৈনাখোলনা ঙসিদি খুদিংমক নমহৎপ্লবগুম উরে। মঙোন্দা য়েংলম্বদগী লৈথোকখিদুনা তাম্না জুরা জুরা পাইখ্রিবা উচেক শঙ্গুদুদা তাম্না য়েংখি। অশাংবা নিংশা অমা হোন্দোক্লগা তপ্পা লুকথখি।

চান্দনীনা অচিকপদু থুগাযদুনা হায়কই,

— ইচে, ঙরাং নুমিদাংগী নোংদু কন্দ্রা? মদুদা নুংশিৎশু অমুক য়াউশিল্লক্লিবনি। তিন মনা অপাবা খবদং শীন্দোকপা ঙমহৌদদুনা ই মথক্তা কুপশিন্বদু লোইনা হেক হুমদোকখিবা। মদু খুঞ্জিনবা হোৎনবদা অহিংগা অমত্তা নিংথিনা তুমহৌদ্রে।

— ঐখোয়গীদি ইগী য়ুমনিনা মখোন-মব্রাকা অমত্তা তাবিদে। মদুদসু নত্তেদো, নখোয়গী তাদদো অহল ওইবে হায়জবদনি, থা-থা নত্তে, কোনবগা শিকপগা নোং-তাবগা খঙবিদেদো।

— তঞ্জঞ্রে ইচেসিমা!

চান্দনী হৈনদবনা মমাই ঙাংশিল্লকই। মাদি চহি কুন্থ্রাগী মখাগী লেংনি। য়ুম্বান পুন্সিদা নৌনা খোংদাখিমন্দুনা মচা ময়ামদু থাকপা ঙম্নবা হোৎনবদা থবক শুবা য়াউরখিবনি। অসিগুম্বা ফাগি জুগাইদি লৈকাইগী মৌ মমান্নবীশিংগা ফাওবা অমুক্তা তৌনদে। মাগী হৈনদবদু উবদা মানবীনা মখা তারকই,

— অসিবু করি ইকাইনিংঙাই লৈগেনে? মী লোইনা ইখঙ হেক খঙনরিবনি। নখোয়গী চহি মতাংদুদদি ঐখোয়দি খাম্ন-লাক্লবা ঙম্বা জাৎ নত্তে।

— অতোপ্পা ব্রারী অমা শাসিবা ইচে।

চান্দনীনা ব্রাফমদু থৈদোক্লবা হোৎনরকই।

— করি ব্রারী শান্নরুনি? হৌজিকপু লৈশাবীনি হায়দুনা পাখংগী ব্রারী শাগাদবসু নত্ত্রে। য়ুমগী হায়রো অব্রাংপগী অব্রাংপা ঙাক্তা। মসিদবু

করিদা পেম্বোক্কদৌরি ! থবক শুমিন্নরিবা নিপাশিংসিনা মরোল অমা ফিজি ফিনা খজিক্তুং কোমলুবা য়াবা নত্তে য়েংহৌগদবগী। নুংশা মরকসিদা ফিনা কোয়েৎ য়েৎশিন্দুনা খাংলিবসিনিদনা।

— অচুম্বরনে ! মদুমক হেক তৌবরনে ?

— নংনা খওদদুনা তৌবনি, শোইবা শারগা মখুৎ মশাশু য়াম্না শাংলকপনি। নংগীদি নখোয় ইবুংঙোদু য়াউনা শুমিন্নবনিনা থেংনরম্লোই। ঐখোয়সু নখোয়গুম্না য়াম্না নৌনা থবক শুবা য়াউরকপনি। ঐদিনে নিপা খুদিংমক হুবান শাজৎনবা ঙাক্তনি হায়না লৌই। মবুক চুম্বা অমত্তা য়াউদবনি।

— ইচেগী ব্রাতাসিদি কিবু কিশিল্লক্নে।

— করিবু কিনিংঙাই লৈবগে ? তৌবতবু খরা হৈনা শিংনা চৎলু হায়ব্রানিদা।

ঙাইহাক ফম্মীন্নরবা মতুংদা থবক মখা অমুক শুরসি হায়দুনা মহৈ মহৈ হৌগৎনবকই। নুংশাগী মৈশাদুদা ইতুক তুকথনে। খুৎশুমন পীরমদাইদা কক্কে হায়রক্কনী হাযবগী অকিবা খক্তনা থবক পায়নবগী ব্রাতনি।



নুমিৎ খরগী মতুংদনি। মখোয় অনি নহানগী উখা অদুদা ফম্মিন্নে। নুমিৎ অদুদা নিপা মচা চহি তরামঙা তরুক্কী লোন অমখক লাক্তুনা মানবী উনখিবা হায়ফেৎ উখি। নিপা মচা অদুনা চৎখিবদু মানবীনা ফনা শাংনা থিন্দোকলুই। চৎখিবদু ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈহৌই। হৃঞ্জিল্লকপদা ফিজিনা মপি তৈথোকখিবগুমসু তৌখি। ঙসিদি চান্দনীনা মানবীবু কোইথি থিরগা নুংথিল তাল্লক্কি ঙাইহাক পোথানবা মতমদুদা ফম্মিন্নে। ফমথবগা ঙাইঙমদনা হংলুই,

— ইচে, ঙসাই অঙাং অমা লাক্লম্বদুবু কনানো , ইচারা ?

ঙসিদি মানবী মহৌশাগা মান্নদে। ওম্বোক্লা চোকথনা উরে। মপি ইল্লা চেল্লকই। য়াম্না ব্রানা কল্লা খাংলগা খুন্নকই,

— মানি, ইচানিপা অহলনি। ফনা য়াম্না চাউজরমলে।

— লৈমিন্নদ্রনে হায়রিসিবু ?

— লৈমিন্নদে, মাদি মপাগা লৈবনি।

— করিনোনে, ইচেনা নহান নোংমা ফাগি তৌবদদি তাদগী য়া পনখিবগুম ...... ?

— ইহে ! নংদি অওইবা ওইনা লৌরুরিবা ওইরে। ঐদি ইপামদা লৈবা য়াম্না কুইরেদা।

ঙাইহাক তুমিন লৈনৈ। মানবীনা নিংশা অশাংবা অমা শাংনা হোন্দোক্লগা নোক্লকই। শাউগৎলম্বা, নিংঙমদবা পুম্নমক ফাথগ্রগা করিসু তৌদবগুম হংলকই,

— নংবু ঐগী য়ারী তানিংবরনে ? অমোৎপা য়ারী, লমচৎ মাংবগী, লৈখা তাবগী ....।

— তম্মুবা ইচে।

মানবী খুম্লক্তে, ঙাইহাক তুমিন্না অহাংবদা তাম্না য়েংলুরগা মাগী য়াবী হৌরকই।

— ঐনা ইপাম পাম্লুদনা, ভাব মেন ইতা তাহৌদনা য়াম্না নৌনা য়ুমপাল্লে। ইপুরোইবদু সবকারগী লোইশং অমদা কেরানী ওইনা থবক তৌই। মচিন মনাও মরিগী মনুংদা নিপা মথন্তা য়াউবনি। ইনেম ইকু অহল ওইরে। য়ুম-পানবা মতুং কুইনা অঙাং য়াওদ্রবা তুংদা য়াম্না থেংনা অঙাং মরি মথং মথং পোক্লকপনি হায়। মহাক্না অহুমশুবনি।

— অদুদি তাদদুনা য়ুমগী ভার অয়াম্বা পুরমতারে ?

— হুম নত্তে ! নিপা মথন্তনি হায়দুনা ওম্থোক্লা কেনা য়োক্লকপনি। অহল অনিদুনসু মমৌ ঐবুসু মচাদা মচাগুম লুনা তৌবী।

— লাইরবা ইমুংদি ওইদ্রে, মদুনা তাকপদি ?

— সহরগী ময়াই ওইবা ইমুং অমা হায়বদুনি। চাবা থকপা য়াংতে। লৌ-শিংসু পরি অমরোম লৈরম্মী। খরা অমগা য়ানশিল্লগা চাবা থকপা য়াংতনা হিংলমই। ঐনা লাক্লবা মতুংদা ইনম্মা য়াইমদু লুহোংখিবনি। অওং-অউন তম্বদা শেল খরা পুখখি। ঐখোয়নদু মীগী মমাংদা ইজ্জৎনি হায়দুনা খরা হেন্না শেল চংহনখি।

— তুংগী খন্দবা, অচাউরম্ব কাবসি নুপী ঐখোয়নসু খরা খিৎ হেঞ্জিনবনি।

— চুন্মী, অদুতা নত্তনা নুপী অয়াম্বা নিপানা পুশিল্লক্লগা চাবনিদো অদুনা তানবগী অৱাবসু কয়া খঙনদে। চহি অনিমুক্কী মতুংদা ইচননুপী অদুসু ময়ুম পাল্লে। মাগী লুহোংবদা খরগা অমুকসু মীগী মরল তোনশিল্লে। অযাম্বসু নত্তে, অদুবু ঐনা হৈ-শিংলিবনি হায়দুনা মরুপ খরা লিংখৎলুবনি। খরা কান্নগদ্রা হায়দুনা তৌরুবনি। অদুগদি শেল ফঙদোকখ্রগা শেনহুন পীখৎলক্লো হায়রুবদা ঙসিগা হয়েংগা তৌদুনা হাৎখিবা ময়ামসিনা ঐ তৌফম অমা খঙদবনি। মমৈদদি নোংঙানবগা শেন থৌরবা ময়াম্না হৌদোকপীরবা হায়বদু য়ৌরক্লে।

— অদুদি, তাদদুনদি শাওদ্রা ?

— নখোয়গী তাদদু মবুক মপাউ য়াম্না ফৈ। খরদি শাউবকই অদুবু ঙাকপিখি। পংমল্লি হায়দুনা চৈ থাংখি। মীগী শেন্দোনবুদি শিংদোকপীখি।

মখা তাদনা তুমিন্না লৈখি। মুন্না য়েংশিল্লবদা মমিত্তু তরংদা য়েংদুনা লৈবম্মী, নোকফেৎ তৌরগা চান্দনীদা ওনশিল্লকই। নোকই হায়বগী ৱাখক্তনি, নুংদদি ৱাহৈ খুদিং অৱাবগী ঈহুল অমা লোয়র্নারি। ঈহুল অদু লোৎনবা হোৎনবনা হেন্না অৱাবা ওইরি। লাইবক নাকচিদা কারক্লিবা হুমাং মরিকশিংদু তপ্না তৈথোক্লগা হংলকই,

— মখা তাখোরা ? মখাদি অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তনি, নিংশিংববু পামদ্রেদা। থবকসু অমুক মখা শুরসি হায়রক্লনি।

— থবক্তি ঙসিগী ওইনদি লেপলনি হায়নরিসিদি। বন্দ তৌরে, নুং লৈঙোই অমত্তা থারদ্রে হায়রে।

— করিগী ! ঐদি হুনখিরোই হজিরা শুনা পান্দবা য়াদে, পুং তাবা ফাউবা লৈখিনি।

পাখৎলপ তৌনা হায়রকপনি। চান্দনীনা খুমখি,

— অদুবুদি ময়ামসু লোইনা হায়নহৌই।

— ফরে অদুদি মখা অমুক তম্লক্লগে। খরা লৈরগা ইকুবোক্তু ইনা

নারমদনা লৈখিদ্রে। কর্ম্ম মতুং ইকুই কুইদনা মাগী থবকসু সসপেন্দ তৌরক্লে।

— সরকারগী শেল শোক্লুবৈরা ?

— মানি। ওফিসকী শেনফম খরা অৱাং অপা মেনখৎপদা য়াওখ্রমাল্লে। .... মরমদি হায়দ্রবসু খঙলেদনা ?

চান্দনী খুমদে। মানবীগী ৱাঙাং শাঙাংসু হোংলকই। হান্নগী অৱাবা স্বর অদু য়াওখিদ্রে। ইয়াং য়াংনা লায়না হায়দোকপা হৌরকই।

— থবক অদুদা হুঞ্জিল্লবদি হায়দুনা লৌ পরি অদুমা য়োম্লোক্লে, লৈজবা মান-চাং খবগা কায়হ্লোক্লগা শেনফমদু শাগৎতুনা শিংদোকপ্রে।

— অদুদি থবক্তু অমুক হুঞ্জিল্লম্মনি ?

— কদায়দগীনোদা ! হেক্তা যাদেদা মদুগীসু অমুক শেল ঙাবক্লিবনিদা। খজিক্তগা নত্তে, মদুদদি উপায় হেক্তা লৈতবনি।

— ইচেখোয়গী নিঙোলশিংদুদি করিমতা য়েংলক্ত্রা ?

— খঙদে ..... !

মাগী নোকফেৎ তৌবদু তৌবকই। চান্দনীনা অমুক্কা হেন্না খঙনিংদুনা হংলুই,

— অশেংবনি ইচে, করি অমত্তা য়েংলক্ত্রা হাইমী ? অদুক য়াম্না তৌবিমল খঙদবা হৌনদেদা ?

— মীনা খঙদে হায়রদি ...., মদুদিনে নশা নথন্তদা হংজৌ ?

মানবী শাউগৎলপ তৌবকই। চান্দনীনা তুমিন্না লৈখিবদুদা মখা তারকই,

— লৈতবা শাবা য়াও, ঐঙোন্দা তাইশিনবা য়াও নাম্লোকখি উনা। উনা মশোং লৈখি। ইচন নুপী অদুমদি ফিভম ফরিবনি, শক্তসু লৈরিবনি। মহাক ফাউবদি খরা হোৎনরকদ্রা হায়রগা ইনেম্বোক্তুনা নোংমা চৎলুবদা মনেম্বোক্তুনা থৈয়াইননা তাননবা হায়দুনা, " নিবা লাক্লিমাল্লে" হায়রকই হায়ৱা করিনো ওম্লোক্লা থম্মোয় শোক্লা হল্লকখি। মদুদগী লাইমন ওইখিদুনা চহি অনি অহুম শোল্লি শোল্লি লৈরম্মী।

— ইচেখোয়গী য়ুমলোমদদি করিনু হায়রুদ্রবরা ?

চান্দনীনা হজুমসিরা হায়না খল্লগসু শোয়দুনা হায়দোকখিবনি। হ্‌দক্তি মানবীদু চান্ননা কপথোরকই। ঙ্কিজিনা মপি তৈথোকপা লাক্লে, কপ্পা কপ্পা মখা তারকই,

— ঐখোয়দি য়াম্না লাপ্না নত্তবসু লবায়নি, লৌ-শিং উরগা চাজবনি করি ঙম্নুদোইনো ? .... ইমাদো য়াম্না কৈ, মচানিপাদা তত্তনা হেক হেক হায়, — "নিপামচা ইমৌদা চৈবিগনু, অঙাংনি করিসু খঙজদবনিকো। মানা শোয়হনগে হায়না শোয়হনখিবা নত্তেকো .....”।

— অস ! ইচে নংগী থম্মোয়দুদা খাঙলিবা চৈনা ময়াম অসিদি ওম্ভোক্লা ৱানা খাঙলিনি। ঐদি,ইচেনা অয়াম্বা মতমদা নোকমি নোকমিদা তৌবদুদা অসুক-ৱাবা থবকসু শুরগা নোকলিসিবু হায়দুনা ঙকলিবনি।

— নোকত্রবদি কপকদ্রা ? ৱামল্লবসু নোকনিংলকপনি। অদুক নুংশিবা ইনেম্বোক অদু লৈতবগী কর্ম্ম ঐদি য়াওবা ফঙখিদে।

চান্দনীনা ঙক্লা য়েংশিল্লুই। মঙোন্দা মুন্না ঙাইহাক য়েংলগা হংলকই,

— করিগীনো খঙব্রা ? ... মী মবক্তা শা চংলুবা য়াদে।

— ইচেগীসি নিপা অমদা যুম পাল্লুরেকা হায়রকদবা মাল্লি ?

খুম্লক্কে, ঙক্লা য়েংলগা মখা তাবকই,

— ঐনা হায়রিবা মতমশি ঐখোয়গী ইমুংসি য়াম্না ফিভম শোকচিল্লে। নোংমগী চরা অনি তানবা ফাউবা ৱাশিল্লক্লে। ইপুরোইবগী তলবসু সসপেন্দ চংলবনিনা ফংদবগুম্বনিদা ওম্ভোক্লা য়ামখিদ্রবা, ইনেমগী অনাবগী হিদাক, ইচাশিংগী লাইরিক তম্বগী শেনফম মসিংগীসু মথক্তা শেন্দোই পুবা শেন্দোন খরা অমা, ময়াম অসিনা হোৎনা হোৎননা পুথরকপনা হেঞ্জিল্লকই। ইপুরোইবদি ইম্ফাল মচাগা ওইশিল্লে, খরসু কেনগা হৌরকপগা ওইরে, খুৎনা শুবগী থবক্তি করিশু হৈতে। ইংখোল খুবাকমুক চাউবদুদা ঐনা মনা মশিং খরা থাবদুনদি ওইবা য়াগদ্রদো ? মরক অসিদা ৱাখল পুবা ঙম্নবনি হায়দুনা নিশা শিজিন্নবা হৌরক্লে। য়ু ঙাওদুনা মথোং মরম খঙদনা হল্লকপসু কোঙ্গাইনি। মদুদদি ঐসু নোংমদি খরা কান্নগদ্রা হায়দুনা ৱাফম অমা হৌদোক্লুই।

— পান দুকান ফমগে হায়বা ওইরিনি ?

— নত্তেদা, থবক শুবা চৎপা য়াউগে হায়রুবনিদা। মদুদা, মহাক্না ঐগী খুৎশাশিংসি চেৎনা পায়শিল্লগা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। থম্মোয় শোকখিমাল্লে, মতম অদুদদি ঐ খঙখিদে।

— মখাদি ইচে ?

— ঐনা য়াম্না তোইনা হায়মল্লবদুদি," নশানবু পান্নবদি করিসু কায়দেদা" হায়না খুল্লকখি। মথং নুমিত্তগীদি ঐসু লৈকাইগী অহল খরগা অদুম্মক চৎমিন্নবে। অহানবদা য়াম্না ব্রাবম্মী ওহ্মোক্লা হৈনরমদে। খরা লৈরগদি হৈনরকখি, নিপা নহাশিংদুগা কৌন-ঙাংনবা ঙল্লক্লে। ফাগী জুগাই তৌরক্লবসু থোইনা য়ানিংদবা উৎলুদরে, হৈনরকখিবগুম তৌরক্লে।

— তৌরমগনি, মদুনি ঐনা য়াম্না হৈনদ্রির্বাসি। ফাগীনি হাযদুনা ব্রাকাই য়াম্না য়াউরকই। ঐদি থবক য়াওবা তোক্লশিরা হায়না খনবা ফাউবা কয়ারক য়াউখ্রবনি। অদুদনে চারা হেনর্গানি খনবদা ....।

— ব্রা ওইনা তারুনু। কনা অমত্তসু থাজরুনু নয়ুম কায়নিংদ্রবদি। মখোয় অনি অহুমনি ঐঙোন্দা মীৎয়েং থম্লকপসি, ঐনা থওইনা খঙশিন্নদবনি। অদুবু মমাই কল্লবা য়াউরকই, ইকাই শেঙ্গোই হাংবা জাৎনি।

— অদুবু লৈকাইগী অহল খরা চৎমিঁন্নে হায়বদায়নে ?

— মহা অফাওবী ঙকখ্রবা ঙাক্তনি, মখোয়না হেন্না পাংশিল্লিবনি।

— হৈমা !....,

চান্দনীনা ঙকপদু উবদা মানবীনা হায়ফেৎ নোক্লুরগা মখা তারকই,

— ঐগীসু ইরাল লৈখিদবদি নত্তে। ঐখোয়গী থিকাদারদু য়াম্না নহানি ফিভম মুর্তিসু য়াম্না য়েংবা নুংঙাই। মশক ফজে হায়বসু য়াই। মমাই থকপা ময়ামদুনা হেঞ্জিল্লকপা ঙমদনবা হায়দুনা মাগা খরা হেক হঙ্গোয়নদনা লোয়নরুবনি। ঐগী খ্বাইদগী চাউনা শোয়খিবসি, মঙোন্দগী শেল হংলুবসিনি। .... মদুসু, ইপুরোইবনা খুৎশুমন খরদং হান্না লৌগে য়াবরা হংউ হায়বদগী হংলুবনি। ঐদি য়াজখিদবনি, "নুপীনা নিপা নহাদা শেল পুগে হায়বা হৌনদে" হায়জবনি। মাদি ফত্তনা থক খন্দে ইচম চম্না "খুৎশুমনদগী ককহল্লগা য়াবদুবু" হায়বনা খুমদোরকই।

— অদুদি, মী অয়াম্বসু তৌনরমগনিদা ?

— মানা মবুক মাংলমগনি হায়বসি থাজরুদবনি। ঐনা হায়ফাত্তিঙেনা হেন্না হেন্না পীশিল্লকপনি। ঐনা শিংদোকপা ওস্বা চাংদগী য়াম্না হেনপ্রে হায়বসি ঐ খন্থবা ওমহৌদে। উপায় হায়ববু মহাক্লা খুমাং চাউশিল্লকপদা ঐনা য়াবা তাখি, ইশাগী ইজ্জৎ খোঙ্গাউনখিবা হায়শিঙাইদনা !!

— ইমা ! ওম্ব্রোক্লা লাইনা ?

চান্দনীনা পাখৎনা থুক্কৎপা অমা য়াওনা হায়দোকখি। মানবীনা খোঞ্জেল লূম্না, তকশি শোনবগুম, কল্লক পেন্না মখা তারকই।

— নংদি ওক্লীনি ? .... খোইদা থুরবা ঙানা কয়াম শাংনা চেনগনি। চেন্দুনবু কান্নগদ্রনে ? নাম্বোক্লবসু হোৎনখিদ্রমাল্লে, অরং অরাক খরদা শুম্মৎতুনা মৈরানবীনা মৈরিদা পাইশিনবগুম থোকখ্রবনিদা। হায়নরিবদুদি, নুপীদি নোংমদা অহুমলক পংথৈ।

চান্দনীনা তুমিন্না তারুরগা শোনবোই করিওই, মহাক্লা ঙাংলিবদু তাদবগুম শোল্লকই,

— মখাদি তাগদবা তনবু তল্লেদা ইচে।

মানবী তাদে। মখা তারকই,

— ফত্তবা থবক্লবু কয়াম কুইনা লোৎকনি, নিনফুং নিনফুং ঙাংনরকপশি লৈকাই য়ৌরকখি।

— অদুদি ইমুং মনুংদদি বা থোক্লরক্লো ?

— মদুদি মশানা তাবনি। ইমুংগী ইজ্জৎ শোকহনগদবা লৈরবদি থবক চৎলনু হায়রকপা তাবনি। ইরাল লোৎশিন্দুনা ঐনা মীবা ঙাংনরিবনি হায়দুনা চেন্নবা হোৎনখি। .... অশেংবা বাফম ওইবনিনা চেনবা য়াখিদে। ইপুরোইবা মৈ হৌনা শাউখি, য়াম্নসু বারৌখি। ফু-চৈদুনা তৌরবদি খরসু ফগদবা, মদুদি নত্তুদুনা বা মচেৎ অমত্তা হেক্তা হায়দবনি। থা-অমা অনিবু কৌ-ঙাংদবনিনে ! ঐগী ইরালদু কয়াগী মতিক হৎকপনো হায়বা ঐনা খন্থরুবা ওমখিদে। ঐনা হেন্না শাউগৎখিদুনা করিসু হায়রমদনা ফুক হৌগৎতুনা য়ুমদা হেক্তা চৎপনি।

— তাদদুনা কৌবসু লাকখিদ্রে ?

— লাকখিদে,পাউ ওইনা থারকখি,“ মদোম চৎচখিবনি, মহাক্লা লাকপদা অথিংবদি লৈতে”। লৌবিরগদ্রা খল্লুবনি, ওইখিদ্রে। য়ুমলোমদগী থিনবীগে হায়বদসু ঐনা শিখাং খাংদুনা হেক য়াখিদবনি। ঙসিদি ইচাশিং চাউরে মমা ঐবু থিররে। ঐনা মতম অমদা ইচা লৈরি হায়বা ফাওবা নিংশিংদবা ঙমখিবনি।

— মদুমক হেক ঙমখিবরনে ইচে ?

হন্দক্তি মানবী হিক হিক কপথোরকই। মশাদু নিংঙমদবনা থুমহৎপ্রে। থিংবা য়াদনা চেম্থুরক্লিবা মীৎলুগী পিরাংশিংদু মনিং তম্না চেম্থুরকখি। তৈথোক্লুদ্রে, খাম্লবসু হোৎনখিদ্রে ।কপ্পা কপ্পা মখা তারকই,

— করম্না নিংশিংলোই ! নংসু মমা নত্তুনে ? মপাগী মনাক্তনা নুংঙাইজগনি খল্লুবনি। .... মাগী থবক্তু খরা লৈরগা অমুক হঞ্জিল্লে হায়বা তাখি। মফমসু চাউখৎলে হায়। ইচা নিপা অহলনি লাক্লন্নীবদু, কুমসিদগী কলেজ কাজরে।

মানবীদু খোঞ্জেল থোক্লা কপলকই। চান্দনীনসু খামজিনগে খল্লুদ্রে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরবা মতুংদা চান্দনীনা তপ্পা কৌরুই। থক হেক খুল্লক্তে, করিনো হায়না মঙক নোমলকই।

— ইচে, নংনা শাউরোই হায়রবদি ব্রা অমা হায়গেনা ?

— করি ব্রানো ?

য়াম্না তপ্পা ঙাইহাক খল্লগা খুল্লকই। মাইথোংদা তারিবা অব্রাবগী মমি মতম অদু ফাউবদা মাংদ্রি। মতম চুপ্পদা নোক্তুনদা লৈবা মাইথোংদুদা তারিবা নিংঙমদবগী মৈরি, ফাগি পুবা ব্রাঙাংদুদা চেল্লিবা অব্রাবগী সুর ঙসিদি নুংদা থম্বা ঙমখিদ্রে, মপাম্থোংদা লোৎপা ঙমদনা চোংথোরক্লি।

— .... তাদদুদা লৌশিনবীনবা অমুক্তংদি হায়দুনা য়েংউ ঙাকপিবসু ময়াই।

— মদুগী মতমদুদি হেনগ্রমাল্লেদা ?

— হৌজিকসু মতম লৈরি। পাউ ওইনা হান্না থাবিয়ু। অঙাংশিংগী খরদং খল্লগদি ....।

— হোই, অদুমক তৌরগে।

ঙাইহাক্কী মতুংদদি থবক শুবা য়াউরম্বীশিংদু হন্নবা শেম শানরকই। হৌজিক্তি শকফম লোইনা হোংলে। মচু মমেন তাবা ফিজোল হোংদোক্লগ্রে, ঙশাইমখৈ ফিরু-ফিবাং খুন্নদুনা থবক শুরম্মী হায়বা কনানসু থাজররোই। খঙদনবসু হোৎনরবনি। মান্নরিবা হায়ববু শেৎলু-চারুবা ফি-রোলশিংদু হাপচিনবা চনবা বেগ অমমম পায়নরিবদু মঙাইরে। গেৎ হেক লাম্হোকখিবগা কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্লখ্রি। অমনা খাদা অমনা খাংদা। মপুক্লিংদা ময়ুম য়ৌনিংবনা লাংতক্লববিশিং, খোঙকাপ লাউনা থাংলকই, তাম্না মীৎয়েং থম্লকই। ❑

# শেমখোদনা খুৎপুদো

হন্দক মরক্তি চাউভলগী যুম্বাল পুন্সিদা খরা চরক চহিং নাইরকই। ওইরকলিবা ফিভম অসি মহাক মশানা থোকহঞ্জবনি, মরালগীনি হায়বমক য়ারবনি। মমা মপানা মথন্তা নুপী ময়ামগী মরক্তা য়াওবনি হায়দুনা খরা কেথোক্লা য়োকলকখিবদগী খুৎনা শুবা নোম্বা হায়বসিমা জিরোনি। ইংখোল অদুক চাওবদু মরোই মকা অমা থাজিনগনি হায়বা খঙবা মীতা নত্তে। ময়ুম মকৈ পানবসু মতম চাবদগী খরা খিৎ নৌরপ তৌখি। মদুগী ফলনা মশাগী চহি নিফুরোম খরদং হেল্লকপসিদা মচাদি পাখং লৈশাবী ফাবা য়াওশিল্লক্লে। শেম্হোক ব্রাৎপদগী সমস্যা ময়াম অমা খরা তোয়না থেংনরে। মশানসু খরগা অহল শক্তা ওইনা তৌরে, চহি অমা অনিসিদা অহল খংওই হেক ওইশিল্লবোই নিংলে। মশা মথন্তা, "ঐবু পুন্সিগী লানফমদা মাইথিরবা হায়দুরা" হায়না হেক হেক তত্তনা হংজরকই। মতম অমদা মমা মপানা "সরকারগী থবক অমত্তং তৌনবা হোৎনশি" হায়বদদি "মীগী মখাদা থবক তৌরোই" হায়দুনা শিখাং খাংদুনা হেক ময়াখিদবনি। খুৎ য়াওনিংদবগী মতিক ঙাংবদদি ঈশিং লিত্তে হায়বদুনি, হেক ঙমজবমখৈ খদাং থাদরদনা সোসিয়েল ব্রার্করনি হায়দুনা মানা য়াওদবা সংস্থান অসি লৈত্রে হায়বা য়াই। তৌবদবু মমিং লৈনা, মকোক থোংনা য়াওরম্বদি নত্তে, মমৈদা য়ানবা ওইনা ঙাক্তা তৌই। ঙাংলগা যুম পানবদি য়াবা নত্তবনিনা, ঙসিদি মাগী যুম্বান, শঙ্গোই অপৈবদু ঙাইরে নাকল অমদা ঙাকই- অমদা পৈথে হায়বদুনি। য়েংলুবদা অব্রাবগী মশক্তি।

শেল চিনমনখ্রদুনা মাগী থাইনগী মরুপ চন্দ্রকিশোরগী মনাক্তা শেল খরদং হংলুগে খন্দুনা চৎলুবনি। মহাকসু হান্নগী ফিভমদু নংলমদ্রে, ফাইনান্সিয়েল স্কিম তৌদুনা শান্নরুবদা পুথখিদুনা কয়া মওং তারমদ্রে। লৈত-লাইরগী ব্রারী খরা শান্নরবা মতুংদা চন্দ্রকিশোর না হংলকই :

— ভাই নংবু সিটি বেঙ্ককী শিয়ার হোলদর ওইখিবগুম তৌবদাই ?

— ওইরি। করিবু কান্নরিবনো খওদে য়োম্ফোকখ্রসিরা খল্লীবনি।

ইচম চম্না থোইনা খন্থরুদনা খুমখি।

— অদুদি য়াম্না ফরে। নং ডেলিগেৎ ওইদবা য়াদরে। ঐহাক ডাইরেক্তর লেপকে খল্লি।

— এ ! য়াগদ্রনে ? ঐদি শেল লৈতে, শেল য়াওদ্রবদি কারোইদা।

— অদুগীদি ঐ তৌগে চোংদা চোংথোকউ।

মহৌশাগী ব্রা চাওতক ঙাংবদু অদুম্মক তৌরম্মী, দ্রামাগী আর্টিস্ট ওইবগী হৌনবা লীলাগী দাইলোগ ঙাংবগী তোনদা হায়রকপনি। চাউভলনা ইতপ তপ্পা খুম্লুই,

— শেলবু পুথোকহল্লোই হায়রবদি য়েংবা হায়দুনি।

— য়েংবা নত্তে। ঐখোয়দা ভোট পীয়ু য়াগদবা মেম্বর ময়াম অমা হান্না ডেলিগেৎ ওইহল্লদৌনি। মতুংদা বোর্দ ওফ ডাইরেক্তরগী মীরেপ ওইগদবা। করিগুম্বা কারবদি ঐনা চিয়ারমেন ওইনবা নং য়াওনা হোৎনগদবা। নংদি ব্রা ঙাংবা হৈবনিনা মীবু থাজহনবা ঙমগনি, কলেজ তমলিঁঙেদগী হৌনা নংনবু ভোট খোল্লবদি শোইদনা কারে হায়নরিবদুনি।

— মদুনা মতম অমনি, হৌজিক্তি শেলগী দুনিয়ানিনে ভায়। ... নঙগীসিবু খুৎপু অমা শেমসি হায়বা ব্রাফম নত্তনে ?

চন্দ্রকিশোরনা চুমই হায়না মঙক নোমদুনা য়ানিংবা ফোংদোক্লকই। ফাগী ওইনা নোক্লগা মখা তারকই।

— অমগা ব্রাৎহৌরে ভায়। নুপী হায়বা অমগা হাপচিল্লো। মখোয়না ঙমদবা লৈতবনি।

— চুম্মীনে। নুপী ডেলিগেৎ খরা য়াওরবদি য়াম্না কান্নগনি।

পোলিটিকেল পার্টি ময়াম অমনা ভোট ফংলগা লোইরে হায়দুনা ফিলম ষ্টার ময়াম অমা পুথোকলি, সোনিয়া গান্ধী ফাওবা পুথোক্লীদনা।

— ঐনা খল্লিবদি মখোয় অদুগুম্বা নত্তেদা, খরা ঙকপা মী ফাবা ঙমগদবা, নোং ঙানবগা য়ুমদগী থোক্তুনা কোইচৎ চৎলু য়াগদবা মীদানিদা।

— থিবা হায়দুনি। ঙসিগী খুন্নাইসিদদি মখোয়গুম্বসি হেন্দোক পাথোক্লবনি।

মখোয় অনি থবাই তানা নোকর্মিন্নে।

য়াম্না কন্না কোইচেন চেন্দুনা হোৎনখি। মখোয়গী পান্দম অদুমক য়ৌরকখি। তশেংনা য়েংলুরবদি মখোয়দি খুৎপু অমা শেল্লগা মমাংগা অমুক্তা মান্নদবা মওংদা হোৎনখিবনি। মখোয়গী খুৎপুদুনা য়েম্বর মাপল লৈগদবা বোঁদ অদুদা মশিং তরুক কাদুনা য়াম্না শক্তি লৈরবা খুৎপু অমা ওইরকখি। মখোয় মশেল মান্নদুনা বেক্ককী ব্রার্কিংদা মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌদগী য়াম্না হেনজিন্না খুৎ থিংজিন্দুনা শেল থোক্লবা হোৎনরকখি। চহি অমরোমগী মতুংদদি চাউভলগী ফিভম ফগৎলকখি। নোংমা নুংথিল অমা মাগী নুপী সনাইবেম্মদু ঙা অচৌবা অমা য়াল্লদুনা ওঙ্খোক্লা মোন্দা নুংঙাইনা হেক হঞ্জিল্লকই। অসুম্নকা তৌরক্তবসি কুইরবনি। চাউভলনা খঙনিংমনগ্রদুনা হংলুই :

— নংগীদুদি কদায়দগীনো ?

— লৈরকপা নক্তুদি কনানবু লেম্না পিবিরক্তোইনো ?

— নুপীসে শেল পায়রমাল্লেদা ! ... কদাইদগী শেলনো নংনা চলাইরিবসিবু ?

— ঙশাই মীনা লুপা লিশিং মঙা পীরম্বনি। লোন থাই হায়ব্রা করিনো, শোইহনবীনু হায়রম্বনি। চেদা মমিং ইরগা থন্নম্মী।

চাউভল খাই লাওই। লৌশিম্বনিবু হায়রবদি মাগী ব্রা হংলমদবগী করিসু শাউনিংবা পোক্লুদে। খোন ফাজিল্লপ তৌনা হায়রকই।

— হৌনা ঙাংগনুনে মী তানিনে। য়ানি য়ারোই হায়বসু খঙদনা হেক্তা লৌশিনহৌরিদুবু চোপ্পদনা তোক্করনিনে !

— এ ! মানদি য়াম্না লাইবা থবক্লি, মখোয় তঙাংগী কোটা লৈবনি হায়রম্মীদা ?

— হোয়দা হোয়দা, য়েংবা হায়দুনি। অবেম্বদুদি পীশিল্লকউদনা ।

— প্রমোসন কাবগী শেনফম হুয়েং থিল্লকদবা অমসু লৈরিবদুদি।

ফেৎ হায়দোক্নুনা ইমুংদা চংখি । চাউভলনা মপুক্তা খলহৌই, "লীলাগী নিংথৌ শাবা হায়দুবু শুস্মাইনা তৌরিদ্রা" ?

বেঙ্ক অসিগী ওইরক্লিবা ফিভম অসি য়ৌরকপদা মখোয়গী কন্ট্রীব্যুসন কয়াম লৈরবগে হায়বদুদি ঈশ্বরতনা খঙগনি। লুপা চামঙা খক্তগী শিয়ারনি মহাক মশানা য়াওরিবা। বেঙ্ককি কর্ম্মাচারিশিংনা কন্না হোংনজবদগী ফিভম অসি য়ৌরকখিবনি। শেয়ার হোল্দব অয়াম্বনা লুপা চামঙাগী শেয়ারদু নত্তনা খরা চাওবা শেনফমদি নেসনেলাইজ বেঙ্কশিংদা একাউন্ত থম্মবনা অয়াম্বনি। মশাগী বেঙ্কনি হায়জরিবসিদনা একাউন্ত হাংলবসু ওপরেৎ নিংথিনা তৌবা নত্তে। মখোয়না ঙাংলি-শকলিবদি অখঙবা মীনদি তাবদা ওহোকনা ৱাবা জাৎনি, "ঐখোয়না লিংখৎপা বেঙ্কনি অদুগা ইমপ্লোয়ি ময়ামসিনা ঐখোয়বু শক খঙবিদ্রে " অসিনচিংবনি । মসি শিয়ার হোলদর অয়াম্বনা হায়রিবনি, নত্ত্রগসু মবুক্তদি খন্নবা ঙাক্তনি। মখোয়না বেঙ্ককি ফনবা খল্লমগনি হায়বা ৱাফমদি কয়া থাজনিংঙাই ওইদে তশেংনা ৱাজরিবদি থবক তৌজরিবা কাংবুনি। প্রোফিৎ লৈরক্লবদি তলব পীবা ঙমদদুনা চাকখাও ককখিবা য়াই হায়বগী অকিবা ফাওনবা ঙাক্তনি। শেয়ার হোলদরশিংগীদি লুপা চামঙাখক মাংলগা লোইরে। চাউভলসু অদুমঙাই পিবা ফমশু নত্তবসিবু লৌবা য়াবা মখে লৌহৌরগা হেক তোকথোক্লগা লোইরে হায়না লায়না খন্দোকই।

মতমগী খোঙজেলদি লেপ্তবনিনা মখোয়গী টার্ম লোইগদবা থা খরদা ঙাইশিল্লক্লে। করম তৌরগা শেল খরদং লৌহৌবা য়াগদগে হায়দুনা মখোয় অমা-অনি মকোক চুংশিন্নে। লোনগী ৱাফমসু পীথোকমন্দুনা মতম খরা থিংবা তারক্লি। কুপ্পা য়েংলকপদা ইমপ্লোয়ি খরা প্রমোসন কাখিবদগী পোষ্ট খরা হাংলে হায়বসি উরে। মদুদা লুরিবদি মখোয় মঙা-তরুক্কী কোটা লৌদবা য়াদবনি। চিয়ারমেনগীদি অনিগুম্বা লৌগে হায়রক্তনি। মসিগী মথক্তা

বেক্ষকি ওফিসিয়েলশিংগী মরক্তগীসু মচিন তোংবা কাংবুসু লেম্না থাউ হায়বা য়ারক্লোই। মমৈথংদা পোষ্ট মশিং হেন্না হাপচিল্লসি হায়না লেপ্পরে। থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনরুবদা ইমপ্লোয়ি ময়াম্মা কুপ্পা পাদুনা য়েংবদা ইমপ্লোয়িশিংগী তলব ওইনা অচৌবা শেনফম অমা চৎকদবদু উবদা য়ানিংদবা ফোংদোক্লি। ষ্টাফ ব্রাংলে হায়বা ব্রাফমদি ইমপ্লোয়িশিংনা হায়রক্কদবনি অদুবু ওন্না তৈননা বোঁদ মেম্বরনা হৌদোরকপা অসি করিগীনো হায়না ইমপ্লোয়ি অয়াম্বনা হংনরকই। অমরোমদা ডাইরেক্তর খরদি থবক হাপকনি হায়দুনা শেল লৌশিনবা হৌনখ্রে। অমরোমদা ইমপ্লোয়িশিংদি লোন রিকোভরি তৌনবা হোৎনবদা খা-রাই খঙনদ্রে। ব্রাবনা মপুম থিংলে। ফোংনা হায়দ্রবসু ডাইরেক্তরশিংনা শক মাই য়েংলগা লোন পংপী পীশিন্বদগী থোক্লীবনি হায়বা ইঙান ঙান্না উনরিবা ঙাক্তনি। ইমপ্লোয়ি এসোসিয়েসনগী মাইকৈদগী লোন পীবা মতম খরা লেপখিসি অদুগা পোষ্ট ক্রিয়েসনসু মশিং য়াম্মনলে হায়না কমপ্লেন তৌরক্লে। থবক মখা চথবা য়াদ্রে। টার্ম লোইগদবসু হয়েংদা ঙাইরে। চাউভল মাথা শাই। শেলদি তখৎতনা চাশিল্লুরে। ওইদ্রবনিনা হন্দোক্লো হায়বসু য়াওশিল্লক্লে। অরোইবদদি চুংশিন্নরবা কাংবুদু অমুক হন্না ভোট লেপ্পসি পুন্না কেমপ্যেন তৌমিন্নসি হায়না লেপ্পরদুনা অমুক হন্না নোমিনেসন তৌগ্রে।

হন্দক্তি মহাও খঙখ্রবনিনা মমাংগীদা হোৎনখিবদগী হেন্না কন্না হোৎনরকই। ডেলিগেৎ খনবগী ইলেক্সনদগী হৌদুনা গাড়ী শিজিন্নদুনা পিক-অপ তৌদুনা ভোট থাদহন্বদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। পুমনৌ নৌবা মওংনি। অন-কন্তেসতা কাবা ফাওবা য়াওনরে। হান্নগী ডাইরেক্তরশিংদু অমখক নত্তনা লোইনা মাই পাক্লে। চুংশিন্নরবা খুৎপুদু অনৌবা লানওং শেমদুনা থবক পায়খৎনবা শেম শাগ্রে।

ইশেং শেংনা থম্মোই মক্তনা সেবা তৌগে হায়না চোংথোরকপা নত্তে, মশাগী ওইজবা য়েংদুনা, বেক্ষকী মাঙবা তোংবা খন্দনা শক্তি পান্বদগী খুৎপু শেমলিবনি হায়বসি ইমপ্লোয়িশিংগী থম্মোয়দা ফাওনরকই। মথোয়বু ইমপ্লোয়ি এসোসিয়েসননা কুপ্পা শেন্নরকই। নিয়ম লান্না পীনবা হোৎনরকপা লোন থিংলকই। মদুতা নত্তনা অনৌবা ইমপ্লোয়ি হাপ্পবা হোৎনরকপসিদদি এসোসিয়েসননা ফোংনা থিংলকই, "— ঐথোয়না মেন পব্বার ব্রাংলে হায়না

কমপ্লেন তৌবসু নত্তনা ডাইরেক্তর ময়াম্মা ব্রাংলে হায়ব্বগী মরম শেংদোকপীয়ু" হায়রি। ষ্ট্রাইক তৌগনি হায়বা ফাওবা তকশিল্লকই।

পুনশিন্নরবা খুৎপুদুসু হন্দোক্লে খনদে। প্রমোসন কাহনগনি হায়দুনা ইমপ্লোয়ি খবা ফাজিন্নবা হোৎনরকই। প্রমোসন কারগা বেক্কনা শিথরক্কদবা ওইববদি ওকচরে হায়দুনা মব্রা লৌরক্তে। চুম্না থিংলম্বদগী হেন্দুনা বোঁদ উথাইরো হায়দুনা ষ্ট্রাইক হৌরক্লে। ব্রাফম অসি লুশিল্লক্তুনা কো-ওপরেতিব ডিপার্টমেন্ট অমদি রিজার্ব বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগী ওথোরিতিদা রিপোর্ট য়ৌখ্রে। লুশিল্লকুবা মতমসিদদি অব্রাংবা থাক্কী ওফিসিয়েলশিংসু মখোযগী মথক্তা ওনখৎলক্লে। বোঁদকা ইমপ্লোয়িশিংগা নাকপাক তান্নরে। চাউভলদি মীগী লুপা লাক্ষ অহুম মরি থবক হাপকনিগা লোন পীগনিগা তৌদুনা চাশিল্লুবনি। ওইবক্তবসিদদি য়ুমদা শেল থৌবা লাকপদা তুমফম চাফম খণ্ড্রে। অয়ুক অমা শেল থৌবা লাক্কদবগী মমি উদুনা গুন্তা থোকখ্রগে খল্লীঙেদা পাখং মচা অনি অহুম শৎ হায়জিল্লকই। চেনফম লৈতে। মশক খঙবা ঙাক্তনি, থবক হাপকনি হায়দুনা শেল লৌরুবা মখোয় অনিদু য়াওরি। নোকশিন্নদুনা হায়রুই,

—ইবুংঙোহোই লাকলিবরা ? ঐসুনে উননিংদুনা লৈরম্বনি ফরেদা। নখোয়গী হায়বদু মথংগী মিটিংদা য়ানরনি। লোইনা য়ারবনি অদুদা ...।

অঙাংশিংদু মৈ হৌনা শাওরকই। খোন কননা হায়রকই,

—তাদা, নং খরদি হেনমল্লবনি। নচিন্দু অদুক থিরিবদু করিগীনো ? নংগী নব্রা লৌদে, শেল কৈদৌঙে হনগে হায়বা ?

খুমগে খল্লীঙেদা অমনা অমুক পাংশিল্লকই,

—নুমিৎ অমা হায়য়ু, নত্তদি নথব্রাইদু লৌথোক্কদবনি।

—করিনোনে ইবুংঙো খোন্দু কনমল্লিনে।

—করিনো খোন কনবা হায়দি ?

"ইরিবসি য়েংউ" হায়দুনা খবর অমা লাক্তুনা লংশিল্লকই। মমাইদা পোপ লাউনা পাল্লি। খুনগৎপা ঙমদে তাদুনা লৈ।

— ফরে ঙসিদগী হাপ্তা অমগী মতুংদা লাক্কনি, লুপা লাক্ষ অহুম অদুবু থল্লমদ্রবা নথব্রাই মাঙলে। ঐখোয়সি য়াম্না পঙবা মানব্রা ? থাজনবগী

য়ানবনি, নমথাক তৌববদি নথবাইদু মাঙবা তাবনি।

অঙাংশিংদু চৎখ্রে। চাউভল য়েংখৎলুবা ফাওবা ঙমদে। ঙসিদি মশাসি চোকথখিবনা লমশাং চেল্লুবদু ঙাইবে। ফমপ্রেৎননা ফমথে। মখুৎনা লৈবাক্তা শৌবগা খববদু যেংলুই, হেডিংদা ইবমই " সিটি কো-ওপবেতিপ বেঙ্ককী ডাইবেক্তোবিয়েল বোঁদ উথায়খ্রে, সবকাবনা মতম খবগী ওইনা আই,এ,এস, ওফিসাব অমসু এদমিনিসত্রেতব ওইনা য়েংশিনহল্লগনি "।

মখা তানা পাথবা ঙমদে। মমিৎ তন্দন পাইবকই, মকোক ঙাওবকই। মখুৎ অনিনা মকোক্তা পাযশিল্লগা মথোং মবম খঙদনা লাউবকই, "শেমখোদনা খুৎপুদো"। ❑

## নুংঙাইবা মপান শারুবদা

অয়ুক নোং ফুং হেক ঙানবদগী খা-ঋাং, নোংপোক নোংচুপ অকোইবসি ইরাং লাংনৈ। মহৈশাগা মান্নদনা নিন্নরকপদুদা ইবোহলসু তুম্বা কায়রদুনা নুমিৎ অদুমদি খবা ঙন্না হেক হৌগৎলে। মাগী নুপীদা হংলুই,

— করিনো ঙসি অসিবু মহৈশাগা ইমান মান্নদে, ইবাং লাংনবদৌনা তৌবিসিবু করি তৌনবা য়াওববগেনে ?

মাগী নুপী অহনবীনা ইশুক শুকথনা য়েংলকই, পাক হেক খুল্লক্লে। মমিৎতা ইবা চেল্লপ তৌরগা য়াম্না হৈনিংদনা খুল্লকই,

— মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোক্লমাল্লে।

— অদুগী ওইবে।

তপ্পা শোন্দোকখি। হৌগৎতুনা মমাই মমিৎ তাথোক্লে, মাঙ্গোনদা চৌক্রি অমা পুথোক্লগা তুমিন্না ফমগে খন্দুনা থোক্লকপনি। হায়ফেৎ যেংথোক্লবদা শুমাং মতোন্দা মচানিপানা মাগী লৈ মখোং শোল্লীবদু উবকই। মমিৎ তন্দন পাইরকই, স্বর চনিং তানা হোনবা ঙল্লক্লে। খঙহৌদনা মতম কুইনা কাউথোক্লরবা থৌদোক কয়া ময়েক শেংনা নিংশিংলকখি।

ইবোহল লাইরবা ইমুং অমদা সহরগী মতাই অমদা পোকপনি। মপানা ষনগাড়ীবালা ওইরগা অনকপগী চেক্লোন অমগী পোৎ চৈ হোন্দুনা ঋানা হিংলকই। শু-নোম্বা কঞ্জবী মমানা ফিশা-লোনশা তৌদুনা কন্না মতেং পাংশিল্লি। লাইরিক লাইশু তম্বা ফংহৌদবগী পেল্লবা মপানা মহাকপুদি খরদং ওইরবসু তমহন্দবা য়াদে হায়বা ঋাখল অমগা লোয়ননা কন্না হোৎনদুনা

লাইরিক তমহল্লকই। চৎনবা য়াবা ছাত্র অমা ওইজরবসু মেট্রিক অহানবা থাবদা ফেল ওইবদগীদি অদুমক তোকথোকপ্রে।

চহি খরগী মতুংদা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদারে, মতম খরদি চাফাৎতনা। মখোয় মচিন মনাও মঙানি। মথক্তা খ্বায়দগী অহল ওইনা ময়াম্বা অমা লৈরগা নুপী ময়াম অমগী মখাদা ইতোন তোনবা ওইনা মহাক পোকপনি। অতোন অতাংনি হায়দুনা খরসু কেথোক্লা য়োক্লকই। ময়াম্বা অহলদি মপাগী শীনফম অদোমদা য়াউশিনপ্রে। ময়াম্বা অমসুং মপাবুংনা সরকারগী থবক তৌবা অমতংদি ইমুং অদুদা য়াউহনসি হায়দুনা শেল তিংনা ব্রানোমদুনা পীওনগী থবক অমদি ফংজখি। মাগী লোইনবী অহনবীসু ইবা পাবা ফাউবদংদি ঙমজহৌই। য়াম্না চেকশিন্না য়ুম পানবা ঙম্নবা হোৎনজে। মপুরোইবনা তলব চাবি হায়দুনসু লেম্না খক লৈথোক্কে, শুবা য়াবা নোম্বা য়াবা নোমশিল্লি। নোংমা মপুরোইবনা য়াহৌবগা ময়ুমদগী ফি শেৎতুনা থোকখিগে তৌরকপদা হংখি,

— অসুক ঙন্না কদায়দা চৎপিগদোইনো ?

— ঐখোয় সাহেবনা কৌরি। অঙাং স্কুলদা থিল্লু নত্তগা গ্যাস লৌরু হাযববা অমদি হায়রক্কদবা মাল্লি, য়ৌরগা খঙবা হায়দুনি।

— কৈনোনে ! ওফিসকী থবক্তা নত্তনা য়ুমগীসু হায়রকপবনে ?

শাওনিংবা অমা য়াউনা মমাই ঙাংলপ তৌরকই। মপুরোইবদা ব্রারৌনা য়েংলকই। ইবোহল ইকাইরপ তৌই। মাগী নুপীদা মীৎচানন য়েংবা ঙমদে, তপ্না খুম্লুখি,

— মেট্রিকতুদং থাদোক্লম্লবদি কেরানী ফাওবদি ওইবা য়াদৌনি। অমুক্তং ফেল ওইবদা হেক তোকথোক্লুই। পীওন হায়বসিদি মীগী পাউখোল চৎপনিনে,..... তোনখ্রবা জাৎনিদা। ঐসুনে পারিক্ষাদু লব্রাইদা হায়থরগা প্রাইভেৎ ওইনা অমুক্তং থাদোকতুনা য়েংসিরা খল্লিবনি।

অহনবীগী মাইথোংদা পেঙ্গবগী মমি তারকই। ঙাইঙমদনা হায়রকই,

— হায়বসু হায়বনি, থাদোক্লবা অমুক্তা তৌশিরা ?

— য়েংবা হায়দুনি, ইমান্নবশিংদি নহান্না বি.এ. ফাইনেল লোইনা লোইনখ্রবনি। ইকত্তি ইকায়খ্রনিদা অঙাং মরক্তুদা।

অহনবীনা কন্না তকশিল্লকপনে, মশানসু হান্না পামজরম্বগা ওইবনে প্রাইভেৎ ওইনা পরীক্ষা ফম্নবা ফোম ফিল-অপ তৌশিনখ্রে, শেম শাবা হৌগৎখ্রে। অহনবীনসু অসুক্কী মতিক থৌনা হাপখি। ইবোহলনা অহিং তুমদনা লাইরিক হেক য়েংলিবা মখে তুমদবা ঙমই। করিগুম্বদা তুমথরুবা মতাং য়াউরবসু মপুরোইবনা অমুক্তং কৌরকপদা তাবনা হেক্তা হাল্লি। তুম্নীংবা ফনবনি হায়দুনা চা মনা থাতক তৌনা শেমদুনা লানশিল্লি। পরীক্ষা থাবা চৎকদবা নুমিৎকাসিদি অয়ুক গুন্তানা ইরু মাইথজদুনা লাইতিন খুরুমদুনা ঈশ্বরদা মঙ্গল নিংজে। ইবোহলসু স্বর পুংফম য়েংদুনা যাত্রা তৌখি। হল্লকপদা তমলৈ,

— ঐদি অঙাং মরক্তুদা ইকায়গদ্রা হায়না খল্লুবনি অদুগদি ঐখোয়গুম্বদি কৈশু ওইবমদ্রে। ঐখোয়গী ইথক অহল ওইর ওইববা য়াম্না য়াওরমই। থবক তৌবা মীসু য়াওরমই।

— ঐনা ইকায়ফম থোক্তে অফবা থবক তৌববু হায়জবদুনে। অদু কবমবু তৌরকপগে ?

অহনবীনা লাংতক্লনা হংজরকপনি।

— অসুক কন্না হোৎনরিবু, ফজনা খুল্লম্মীদা।

মদু তারগা অহনবী মোমোন তৌজে, মশামক্লা হেক পবীক্ষা ফমলিবগুম্না থবাই য়াউশিঞ্জে।

পবীক্ষা হায়দোরকপদা মাই পাক্লকখি। অনৌবা থৌনা অমা লাক্লদুনা ওফিসতা হেক শংবগা তাইপ ফুদুনা শান্নে, অহৈবশিংদা তাকহল্লি। পোষ্ট অহাংবা অমত্তং লাক্লবদি ইন্টরভিউ য়াউশিনগে হাযবা আশাদনি। হোৎনবা কনবনিনা ফনা ফজনা হৈবে। করিগুম্বদা নংনরক্তবা মতাংদা মঙোন্দা শীন্নদুনা শুহনবা মতাং ফাউবা য়াউরক্লে। মথক থোংবা শিংনা চানবীবদগী খুদোং চাবা লৈববদি প্রমোসন কাহনগনি হায়দুনা হেন্না নুংশিবীবা উৎলকই। বাহৈগী বাদনি পাক হেক ওইথোকপদি নংখিদে। মদুমক্লা মাগী থৌনা হলহনল্লা

ঙমখিদে। অহোইননা নাইট কলেজদা তমদুনা মখা তানা লাইরিক তমথখি। মাগী হৈশিংবা হোৎনবা কনবা অমদি তনদবা অসিনা লৈমিন-লৈমিন্নরুবা ওফিসারশিংনা য়াম্না থাজনা লোয়নৈ। মাগীসু খুদোং চাবা ফংদবসু নত্তে, তলবকী মথক্তা ওইজ ওইথক খরদি অসুম্মক ফংজে। য়াম্না কোম্না পানবা ঙমজরে, চাবা থকপা ব্রাৎতবা ইমুং অমদি ওইরক্লে।

অদুবু মতমগী খোংচৎ খঙহৌদে। ঙসিদি মহাক মচা অহুমগী মপা ওইররে। মচা নিপা অহল অদুদি ওল্লকপা চহিদা ক্লাস টেন থাগদবনি। মতম অসিদা মখোয় মঁতে মনাওনা আশা তৌজরিবসু মখোয়গী হাক্তক্তা ঙমখিদ্রবসু মচা হাক্তকসিদদি অব্রাংবা থাক্কী মঁহে মশিং তমহনগে হায়বসিনি। মচাশিংসু লোইনা ফৈ, ক্লাসতা মকোক মথং ওইদুনা চৎলি। নোংমা মাগী নুপীনা হৌদোরকই,

— হন্দক্তি ঐখোয়গী ইবুংঙোসু প্রাইভেৎ তমগে হায়রি। মমান্নবশিংদি অয়াম্বনা লন্নাই ওঝা লোইনা থম্লমাল্লে।

— অদুবুদি মতমসিগী চৎনবীনিনে। দবকাব লৈরবদি তমহনবা হায়বদুনি।

মচা নিপা মথন্তা য়াউবনি হায়দুনা কোইচেন চেন্দুনা থিন্দোক থিনজিনগা হোৎনদুনা অফবা ওঝা থি-থিদুনা তানহল্লি। য়াম্না কন্না হোৎনজবগী মঁহে ওইনা পরিক্ষাদা য়াম্না ব্রাংনা পাস তৌরকখি। মকোক মথং তারকপা তরাগী মনুং চল্লকখি। নুমিৎ অদুদা মহাক অসুক্কী মতিক পেঞ্জখি। মতম অদুদা মহাক হান্নগী পীওন অদু নত্তরে কেরানী ওইনা থবক পুরবনি। মখুত্তা শেল মরাং কায়না পায়রবনিনা মাগী সঙ্গসু ব্রাৎত্রে। লৈকাইদদি মচিন চৎচরবনি। লৈকাইগী মমান্নবা ময়াম্না মহাকপু থিরকখি। নুমিৎ অদুগী কাউঙল্লরোইদবা থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক অদু ঙসিসু মাগী মীৎতা শংশংনা উরক্লী ঃ

— ভাই ইবোহল লৈত্রো ?

মপান্দগী কৌরকপা তাখি। থোক্লুনা য়েংলুবদা লৈকাইগী মমান্নবা অহুম মরি শুমাংদা লেপতুনা লৈরম্মী। ওম্বোকনা ঙন্না খুৎপু শেল্লম্মী।

হুৎ-ফেৎ লুখোই, কদর ইবোতোম্বী, বোম্লাই মোন্দ্রং, কাহ্লাই পুকচাউ, নীলো ময়াইলেপ্পা অমত্তা চিথদরে। লৈকাইগী গ্রেট কারবা ঙাক্তনি, তৌগে হায়বদা ঙন্নবা।

— করিনো, পাউ নুংঙাইবা তারবা ফাউবদা তুমিন্না লৈশিল্লীবদু চুমব্রা ?

লুখোইনা হায়রকপনি। থকপা চাবা পামজল্লবা, মদুসু মী খ্বায়গুম্না অহাও-অথুম খবা চামিন্নরগা তোকসি হায়বা য়ারোইদবনি। মাগী হৌনবী শানৈ-য়ুনৈশি হায়রক্কদবনি। মাগী অপাম্বদু হেক কৎথোকখিদ্রিবর্মখে হন্না হায়বা য়াবরোইদবনি। মথন্তসু নক্লে, মাগী কাংবু লোইনা শুরে হায়বা য়ারে । উপায় লৈতে, নাম্থোকপা য়াররোই হায়বা খঙলদুনা তন্না তন্না খুমখি,

— কৈদৌসি হায়বনো ?

— খিৎ পঙশিন্নবনু খিলাইরো, ময়াম লোইনা লাকলিবসিনি।

— এ ! হোবেন নুমিদাং ওইনা তৌসি,ঐদি থবক কাগদবনি।

— হেরা, নোংমা ফাদোকসু ছুটি লৌথোকউদা। অসুক নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা নিবা তাহনগনু।

নীলোনা হায়বকপনি, হেক য়াদবদা শাওগৎলক্কদবনি। মানা হায়বা ঙাক্তো য়াউ, মানা খনবনা মচুমলে হায়না খনবা মীতানি ফনা লুরি। ঙাইহাক খল্লগা তপ্পা খুম্মি,

— নখোয়না য়াদ্রবনিনা তৌবা তারেদনা।

— হো ! অদুনি নথম্মোয়দা শেংউ। ঐখোয়দা নত্তদুনা তৌবনি, ঐখোয়দা থোক্লবদি হাপ্তা অমা চুপ্পা নুংঙাইবা ফোংদোক্কদবনি। শুমাং লীলা ফাউবা তৌথোক্লে হায়রিবনি।

ইবোতোম্বীনি, কন্দ্রং ওইনা হেক তৌরদনা ঈ পীবা হৈগ্রবা। মীগী পুখোরক্লো লোইশিল্লসি হেক্তা মহায়বা মশাগী ওইরবরা মমৈ হেক্তা কোনখিগদবা মীনা তৌবসু থানখিদ্রবা, মীনা খর্চ তৌগদৌরিবা অসি ফাউবদা করেম কথাইনরদনা ঙাং-শকলিবসিনি। ওম্থোকনা ককখায়জগ্রবা, মতম অসিগী চপ-চাবা মীওইনি।

— খরা থুজল্লসে, লাম্না চংনদ্রবসু অনকপদা ফংব্রা য়েংহৌসি মীনা লৌথোকখিদ্রিঙেদা।

বোয়াইনা হায়রকপনি। শোয়ররোই হায়বা খঙলক্ল বসিদা ঙসাইমখে তুমিন্না লৈরম্বা কাহ্লাইসু য়াউশিল্লকই। বোয়াই অমসুং কাহ্লাই মশক ইফ-হেক ফজনা মী লুবদা হায়নরিবনি। তশেংনা মীজাওনা লুরবদি কাচিন কোয়া য়ৌই হায়দুনি। কাহ্লাইনা মখা তারকই,

— ঙাঙোমগী মৈতৈ য়েন খরা য়োনগনি হায়বনি। ঐনা ঙসাইনা হংদোরক্লবনি।

— মখোয়গীদি মমল খরদি কনগনিবু, শেন্দোইচাবী নুপীদুগী হৌনবী পাম্মু পোংয়োন তৌরক্কদবনি। লিকপনা য়েরুমদুফাউবা মচাদা পীজদবখে য়োল্লীবনিদনা, বোয়াইনা ওক্লকই।

— শেনগীদি চিংনরুনু পুথোক্কদবা মীতাসি অব্রাংপা লৈবা জাং নত্তে। ঙসিদি ভারীগী থবক্লি তৌগদৌরিবসি।

হায়রক্লীবদু লুখোইনি, লৈখৎ-লৈখা শান্নবা হৈপ্লবা।

— লুপা কয়ানা য়াগদৌরিনো ?

ইবোহলনা ব্রা শমজিল্লকই। ইবোতোম্বীনা শং হেক্তা খুল্লকই। মঙোন্দগী পুথোক্কদবদু হেক মঙাই,

— চাম্মঙানা কাফি। শংকদবা লৈরবদি কোক হেক শংলো ঙাইবা ঙমদ্রবনি, মতম থেংখিনবনি।

নুমিৎ অদুমা ওফিসকা কাদবা মখৈ নুংঙাইবা ফোংদোকখি। পরীক্ষা পাস ওইরিবা অঙাংশিংদগী মমা মপানা হেন্না মখে লাংখি। অয়ুক্তা থকপা অদুনা পেন্দ্রদুনা হঞ্জিন্না নুমিদাং ফাউবদা শমথরকখি। নুমিদাং য়ৌরকপদদি নিশা পুবা ঙমদবা য়াওনরকখি। করিসু নত্তবা ব্রাফমদা মরৈ ওইনা য়েংনরকখি। শাউনরক্তুনা মথোং মরম অমত্তা খঙনরকখিদ্রে। নুপী অঙাং থোক্লরক্তুনা খামজিন্নবা হোংনবদা ভাব মেন তাহৌদনা ইবোহলগী মচা নিপাদু মাঙ্গোল দারিদগী লোংনা হায়থখি। জুরি মখাদা লুখম্না য়ৈশিন্দুনা তাশিনখি। খরা থিনা শোকখিমাল্লে, হোসপিতালদা পুখৎতুনা হোংনবদা ফনা কুইনা

জ্ঞান লাকখিদে। শিনিংচিংতা হিংহৌই। হিংহৌরে হায়বতনি মহাক্কী মহৌশাগী ফিভম অদু য়ৌনা হনজিনখিদ্রে। কোক্তা শোকখিবা অদুনা লাইরিক মখা অমুক তমথরুবা য়াখিদ্রে। য়েংবা য়াবা য়েংলবদসু থোইনা কান্নফম খঙখিদ্রে। ইবোহলগী শাগৎচরম্বা আশা পুম্বা মীৎকুপতা কায়খরে। চহি খরগী মতুংদা মহাক্কী থবকসু প্রমোসন অমুক্কসু লাকখি। মদুদা মহাক কা হেন্না নুংঙাইবা ফাওখিদ্রে।

— বাবা ! চা লৈরে। .... খবরসিদি পাররোইদরা ?

মচানুপীনা চা পীবে। হৌজিক্তদা ভাব তারকই। কয়াম কুইনা ৱাখলদা লুপলুরবা নিংশিংবা ঙমদে। হোকরনা লংশিল্লম্বা খবর অদু মাঙ্গোল নাকচিদা থুপচিন্দুনা তারি। ইবোহল খুমদে,মচা নিপা-রোমদা য়েংথোক্লুই। মতম অদু ফাউবদা মাগী লৈ মখোং শোম্বদু লোইরমদ্রি। থৱাই য়াওনা, য়াম্না পুক্লিং লুপশিন্না চহি তরামুক্তগী অঙাং মচাগুম শান্নবোই করিবোই মোন্দা অমদা থবক শুরি। ❑

## ব্রারেপ

নিংঙোল খুদিংমক নোংমদি য়ুম্নাক শাগে হোংদুনা অতোপ্পা শাগে অমদা তিল্লুগদবা ঙাক্তনি। মশানা ইখঙ খঙজদনা কমলাগীসু মতম অদু যৌবকলমলে। ঙসিদি মহাক্কী মপুবোইবা ওইগদৌবিবা মহাক অদুগী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। শক-চু চংখোল্লবী, চংনবা য়ানা মহৈ মশিং তল্লবী নিঙোলবু মচা মমৌ ওইনিংদবা ইমুং লৈবা হৌনদে। মহাকপুসু তরাম্না ওকপিখি শাগেদুনা। মদুমক্তা কমলাগী নুংদা চাক্লিবা পেন্দবা নিংবা থুংদবা অমদি থেংনগদবা অযেংপা মযাম অমগী খল্লুবদা নিংদোন পোমদবদি ঙমদবে।

নোং ঙাল্লে। নুপী ময়ুমদা অহল লম্মন চংতুনা হায়দোক্লুবে। লুহোংবগী ব্রাফম হৌদোক্লবক্লে। মতাং অসিব্রাইদনি মহাক্কী নুংদা থেংনবিবা ব্রাখলগী লাঞ্জাওসু। য়েংনবা খবদি থোক্লবা শোইদ্রবনি। নাকপাক অনি থোক্লবদা, নাকল অমখক্তনি মহাক্লা লেপকদৌরিবা। মাইথিহৌরবা মাইকে অদুমদি মাগী থোংজিন ককপ্পগদবনি পুন্সিগী ওইনা। ব্রাখল ময়াম অসিনা মহাকপু নুংবংনহল্লি। খনবা মখৈ খল্লগা মনেম ওইগদৌরিবী অদুগী মফমদা হৌদোক্লগে হায়না লেপলে। ওঙ্খোক্লা হঙ্গোয়না কিনা হৌদোক্লুই,

— ইমা, ... ঐখোয়গী ইমায়াই অমুক্তা কৌবিয়ু।

মনেম ওইগদৌবিবিদুনা ঙক্লা ম্লেংলগা চিংনবা অমা য়াওনা হংলকই।

— করিগীনো ? হোরেন মচিন হংবা লাকপদা উন্নবা য়াদবরনে ? নখোয়বু নশা নশা য়ান্নদুনা লাকপনি হায়বদায়নে ?

— মদুগী নত্তে ইমা।

— অদুদি .... ?

— ঐনা হায়জবদি ঐখোয়গী ইমাতোনবুনি।

— ৱাকমদো ঐঙোন্দা ময়েক শেংহল্লু। নং করি অমত্তা চিংনগনু, শেংনা হেক্তা হায়দোকউ। থবক খুদিংমক মখোঙ শেংনা তৌগদবনি।

— ইমা, ঐ ইপাগী য়ুমদগী লাকপা পামজবনি।

কুপ্পা হংলে। ৱাফম অদু মনেন্নসু য়ানিংই। খুদিংমক খঙলবা মতুংদা ৱাখল মুন্না তৌরগা হায়রকই।

— মতাংসিমক্তি নুপী ৱাদি ওইদরে, নংগী পাবুং ওইনা তানবনা ফরোইদ্রনে ?

— ইমায়াইগা হান্না তান্নহৌবনা ফগদবা মাল্লি।

— ফরে ফরে পাউ থাদ্রগে। মচিন হংবা লাক্লিঙৈদা হান্না উন্নহৌগে হায়বনিদনা ?

কমলানা পান্নীবসু মদুমক্কী, খুমদ্রবসু মনেমবোক্লা অদুমক ভাবনা লান্বা ফংখি। মখা তারমদনা থোকখি।

মমাতোনগী মমিং ইবেয়াইমা কৌই। মশানা ইমাতোন হায়বা মিংগৌসি হৈনদে হায়দুনা ইমায়াই হায়না কৌহনখিবনি। মপুবোইবা ওইরিবা মোহেন্দ্র নুপী থিরন্নবা নিপানি মচা নুপী অমা মমাগা লৈখি হায়বা ফাওবসু খঙলিবনি। তৌবতবু অতোপ্পা নিপা অমদা ময়ুম পানখিবগা ওইবনে অদুগীসু মথক্তা কলেজ অমত্তদা ওঝা ওইমিন্নবনিনা য়াম্না মুন্না খঙনৈ। নকশিন্নরকপদগী মশা-মশা য়ানরক্নুনা হায়না-শিংনরগা লুহোংদুনা লাকখিবনি। মতম অদুদা কমলা চহি মরি মঙারোম শুরন্নগনি। মমাগী মপামদা লৈরি। করিগুম্বা কান্দা মপু-মবেন্না উনিংই হায়দুনা লৌরুবসু য়াওই। মমাপোকপা মবেন্না হেক লৈখিদবদগীদি মমাগী মনাক্তা লৈখিবনি। ইবেয়াইমানা কমলাগী ইংবা তপ্পা মচিন-মখা নুংশিবদুদা য়াম্না লুনা তৌজে। তৌবগীদি মরাইবক্লা তন্নম্বা ওইবনরা মচা নিপা অনি পোক্লগা মখা তাখিদ্রে। মরাইবক্তা মচা নিংঙোল য়াও হায়না তন্নমদরে। মদুমক্লসু মমাতোননা কমলাবু

লুনা তৌবা ওইরম্বসু য়াই। মপুরোইবনদি হেক হেক ঙাংই,

– "কা হেন্না তোংশিন্নরগুমসি, হয়েং ব্রা চাওনববনি"।

– "নুপী মচানি। মরাইবক থিরিব্বনি মানা তৌরিবসে মসিদা মখোয় তাম্মোগী মরালসু য়াওরিবনি"।

মপুরোইবগী ব্রাঙাংদুদা য়ানিংদবা ফোংদোকই।

– "মখোয়গী কাংবুদো উন্ননিংদে হায়বগী ব্রানি, ইচাবু নুংশিদে হায়বগী ব্রা নত্তেনে"।

মপুরোইবগী পাউখুম অদুসু লানবদি নত্তে। অশেংবা অদুতা খুল্লকপনি। মপুরোইবগী মপুক্লিং মহাক্লসু মুন্না খঙই। কমলাগী শাজংতা মপাগী অচুম্ববু য়াম্না পামজবা ইশেংতা শেংজবা লৌথুপ লৌকোই লৈতবা মতৌ অদু য়াওরি। অসিনসু মহাক্না কমলাবু নুংশিবগী মরম ওইরি। মহৌশানা ব্রা কয়া ঙাংগন্দবা ওইবনা মখা তারুদে। মানা তৌগদবা অদুতমক তৌই। মৌপব্রাশিংগা খঙনহল্লি। কমলানা তম্লীবা স্কুলদা চংতুনা মরক মরক্তা য়েংশিনবী। কলেজ করকপদগীদি মাগী কলেজদা এদমিৎ তৌশিল্লে। নকশিন্নরকপসিদগীদি তশেংনা চেৎলবা থম্মোইগী কিশি অমনা অসুম পুন্সিল্লকখি। তশেংনা য়ুমদা পুন্না লৈমিন্নবগী ব্রাফমদি মপুরোইবদা খক হৌদোক্লুদে। য়ারক্কনি হায়নসু থাজরুদে। কমলা মশাদা হংলুবদসু মমানা য়ারক্কদবা মান্দে হায়না চম্না খুল্লকই। মৌপব্রাশিংনদি মখোয়না চাওরগা মখোয়গা লৈমিন্নগনি হায়না হায়জে। পোকমিন্নবা নত্তে হায়বা ভাব তারক্লবা ফাওবদা লিপুন অদু তংখিবদি লাইরদনা হেন্না চেৎশিল্লকখি। ঙসি মাবু উন্নজগে হায়রকপদা পম্বুরমদনা থুনা চংলুই। মপুরোইবদসু হংলম্মী। চংলু হায়না অদুমক হায়রকই। নিপা ময়ুম্নসু পাউ হায়দোকপদা মখোয়রোমদসু লাকখি। ইখঙ খঙনরবা ব্রাফমনি।

মহাক্লা চংখিবদা কমলা ব্রাখলদা উংদুনা লৈরম্মী। মহাক হেক উবদা য়াম্না কিনা "ইমায়াই" হায়না কৌরকই। ঙসিদি মহাক্ক মহৌশাগা মান্নরমদ্রে। নোকমি নোকমিদা তৌজবা মাইথোংদু ইমক মকশিল্লি। ইবেয়াইমানা য়াম্না নুংশিনা কৌরুই,

— নংবু উন্ননিংবনি। হেক্তা লাকপা য়াদবা অদুনা উপায় লৈতবা। কৈনো হায়রো ? অওং-অউনগীরনে ?

— অদুগী নত্তে ইমায়াই।

কমলা মপি ইরা চেল্লী। তশেংনা মাইথোংদু ৱাখলনা লাকহংখ্রে। হায়গদবা ৱাফমদু হেক হৌদোকপা ঙমদে। চিংনা য়েংদুনা তুমিন্না লৈথোকখ্রে।

— হায়রো, করিনো ঙসিদা খঙনবদৌনা .... ?

মতং মতং ওইনা খুমলকই। য়াম্না তপ্পা শোনবোই করিওই হায়রকপনি।

— ইমায়াই ! ঐ ইপাগী য়ুমদগী খোঙশানবা পাম্মী। ... পাবুংদা হায়বীয়ু।

ৱাহংদু তরাইদে। পাক হেক্তা খুমদোকপা ঙমদে। হংলক্লীবা মাইথোংদুদা য়েংবসু ঙমদ্রে। তুমিন্না খুমদনা লৈবদুদা মখা তারকই।

— য়ানিংদবরা ইমায়াই ?

হন্দক্তি কমলা মপি চান্ননা শিল্লরে। মপুক্লিং তশেংনা নুংশিরে। অদুবু অমুক্তংগদি হায়দুনা হংলকই।

— হা .... ইমায়াই ?

হন্দক্তি মমাযাইদু খুমদবা য়ারবোই হায়বা খঙলে। খঙহন্নীংদবা ৱাফম খরা হায়দোক্তবা য়ারক্তরে। ৱাহং ওইনা খুম্লকখি।

— মখোয় অশোমনা য়াগদরনে ? ... নংগী পাবুংনদি অশোমগী ৱা অমা ঙাইখিসি হায়হৌই। লৈমিন্নবা হায়বদু হেক থোকখিবসিদা ....।

— মদুমক হায়বরা ইমায়াই ?

হন্দক্তি কমলাদু থৌনা অমা লাক্লে। মকশিল্লম্বা মাইথোংদু মকা লাম্লক্লে।

— অশেংবনি। ঐবু কৈদৌঙে নংঙোম্দা মীনমগ্রবগে ?

— মখোয়গী ৱাদি ঐদি তারোই ইমায়াই। ঐবু মখোয়গা য়ুম্নাক মান্নবরা ? ঐনা মতম অসিখক্তং ঙাইরম্বনি।

মমা-মচা গাইহাক ঙক্ষিন্নরবা মতুংদা চংলমদাইদা হায়রম্মী, “ব্রাকমসে নংনা নিপা ময়ুমদা হায়রগা হৌদোকহল্লকউ। করি অমত্তা চিংনরুগনু। নংনা খঙগদবদি ঐসু নংগী শাগেদা তিল্লরবনি”।

মমায়াইগী অরোইবদা হায়রল্লীবা ব্রাহেশিং অদুনা য়েল্লা থৌনা অমা লাকখি। মচিন হংবা লাকপদা মমাদা ব্রাকম অসি হৌদোক্লুই। ইকাই নুংশি য়ান্নরবা মমানা শাওগংলকখি, ব্রায়ৌনা হংলকখি।

— নংনা হায়রিবা ব্রাদুগী অর্থ খঙদ্রবরা ?

— ইমা, ঐ লোয়না খঙই। য়াম্না খল্লবা মতুংদা হায়রবনি।

খুমহৌদবা য়াদে খন্না খুমখিবনি। মমানা য়ারক্লোই হায়বসু খঙই। য়ারোইদবগী মরমসু মহাক্লা কয়ারক হন্না নৈনদুনা য়েংলবনি। মমাসু অঙম তাল্লকই।

— নংবু চাওনবা য়োক্লগা লৈকাই মমাংদা চংহাৎ হাৎকে হায়বনিনে। ঐদি হায়রিবসিনি শুকয়া হেক য়ারোই। অদুক য়াম্না তৌবিমল খঙদবা, ঐমক্লা হেক পোকচবা ইচানবু।

কমলা খুমদে। তুমিন্না লৈ, ব্রা ওইনা তারুদে। মাগীদি হায়খিবনা লেংদ্রবনি। মমানা খোন ফাজিল্লগা শকফম কাইবা মখে মখা তারকই ,

— ঐনা হায়রিবসি হেক য়াদবদা ইমা-ইচা পুন্সিগী লোইনরবনি। নংগীদা খোঙ্গুল তারগনি হায়বদি নমঙদা ফাওবা মঙলুরনু। নংসু ঐগীদা চংলকপা য়ারোই।

— ইমা ! ঐবু চংনবীগী ব্রাংমদা পুথোকপিগনু, ঐবু শাগে জাৎ নাইদবীরা ?

তশেংনা মপুক্লিং নুংশিনা হায়রকপনি।

— নংগী শাগে ! ... অসুক কুইবসি মখোয় কৈদৌদনা লৈ। নংগী করি য়েংবিরে। নংবু মখোয়না খঙবিবরা ?

কমলা শাওগংতে ইংনা খুল্লকই।

— ইমানা ভাব তারোই। তানবসু হোৎনদ্রে। করিগীনো, ইমানা

অতোপ্পা শাঁগেগী মচা য়োকপিরম্নীবা ... ?

তপ্পা মখা অমুকসু তারকই,

— ঐগী শাঁগেনা খঙবিদ্রবসু ইম্বোক্লবসু করিসু কাইদে। অতোপ্পা শাঁগে অমগী য়ুমদগী শাঁগেদুমক্কী মচানুপী চাওবোক ওইনা খোংশাল্লক্লবা ঐগী থৌনা লৈজদে।

..... ইমা, ঐনা হায়বা য়াবিয়ু।

হায়ফেৎ চিনফেন ফবা গুর্নিলৈমনি। লৈকাইগী নুপী মরুপকী য়াম্না মচিন তোংবা সদস্যনি। মচা নুপীগী মমাংদা ব্রা মখা তাবা ঙমখিদে। হান্না শাওরম্বা অদুগুম্না শাওবগী থৌনা লৈখিদ্রে। লাকমিন্নরিবা ময়ামগী মমাংদা ইকাইখাংদগী হায়রম্মী,

"ফরে নংগী অপাম্বদু থুংলসনু। অদুগা নং - নমা ঐ লৈরি হায়বসিদি কাওথোকপ্রো", ফেৎ হায়দোক্লুনা চৎখি। লাকমিন্নরিবা নুপীশিংদু ব্রাফম অসিদা ত্থুমিন্না লৈবা নত্তনা করিসু হায়রুবা ঙমখিদ্রে, উপায় লৈতনা মরি মরি থোক্লখি।

মমানা চৎখিবদু পি শিন্থনা য়েংদুনা লৈহৌই। মিৎলুদা থুমহৎলক্লুনা চেন্থরকপদু তৈথোক্কে হায়বা ফাওবা খল্লুদ্রে। ❑

# জুরা

মখোয় অনিনা রেষ্টোরা অসিদা ফম্লক্লিবসি ফনা কুইরে। সনাহনবীদি তৌফম অমা খঙজিল্লক্লে। মখুদাংদা শিরিবা ঘড়িদুদা তোইনা তোইনা য়েংই। য়ুমদা অহল লমন্না চৈবম্লগনি হায়বগী নুংনাংবনা ফম্বা ঙমশিল্লক্লবনি। মায়োক্লনা ফমলিবা সুবজিৎনা লুকথদুনা র্জনেল অমা মুন্না পাদুনা লৈবদুদা করিনো খরা হায়নিংবগী মওংদা ফল্লপ ফল্লপ য়েংই। খৌদেমদুনা অমুক য়েংই কান্নদে। থৌ-ব্রা ইশা শাদবদুদা ব্রাকৎপোই কবিবোই হায়রুই,

— ইস ! কমহাইনা তৌদোইনো ? মখোয়সিদি হৌজিকফাউ হল্লক্লিবসিবু, ..... য়াম্না থেংলেমি।

সুরজিৎতু মঙক হায়গৎতুনা য়েংলকই। সনাহনবীগী মাইথোংদু উরুবদা ভাব তারকমাল্লে ঘড়িদা হায়কেৎ য়েংলুরগা ঙকপা অমা য়াওনা হায়রকই,

— আই ! মখোয় অনিসিদি ঙাওইদনা ! মসিগী স্টাইলসিদি অমুক্তসু থেংনখিদ্রি। ঐখোয়গী করি অমত্তা খনদ্রেদনা। মীগী হোটেল অসিদা মখোয় লাক্লিফাউবা ঙাইগে হায়না য়ারুরিবা ঐখোয় অনিমক অশিংবদি ওইদ্রে।

— মখোয়না পুংখাইমুক্তগী হেল্লক্লোই হায়রম্লীবা অদুদি ?

— অদু ওইরবসু হৌজিক্তি মখোয়না চৎপ্লিবসি পুং অনিরোমদি ফারম্লগনি। .... নংগী গাড়ীদু পুখিরমদ্রবসু ফগদৌবা। নংসু মীনা হায়রগা কোক হেক্তা পীথোকখি।

তৌবগীদি চুম্না তিননবগী খ্বাখক্তনি চৎখ্রিবা মখোয় অনিমক মখোয়গী মথক্কী লোন ঙাক্তনি। মখোয়না ঙমলিকসু কাগীনি হায়দুনা, "নখোয় অনি জুরা চাই, মরি লৈনরো" থক হেক্তা হায়জিন্দুনা লক্লবা ঙমই। মখোয় অনিনা ইকাইবা খাংলিঙৈ মরক্তা ঙাইহাক্তনি হায়দুনা চৎখিবনি। খাকা মখা তাবা ঙমহৌদবনি। খাকম অদুমক্তি কাগী ওইরবসু অরানবদি নত্তে। নিপা অমনি হায়বদা সুরজিৎতা অবাৎপা অমত্তা লৈতে, হেন্দোক পাথোক্লবনি। সনাহনবীসু অদুমঙাই ওম্থোক্লা ইংনা ফজবা শকফমনি। তশেংনা য়াম্না ফজরবা মীনা য়েংনগদবা জুরা অমদি ওইগনি।

— মখোয় অনিগা খঙনবদি কয়াম কুইরে ?

সনাহনবীনা খাখলদা উংবদুদা সুরজিৎনা মখা তানা হংলকপনি।

— ইচে প্রভাদি লৈকাই মচানি। তা কুমারদি নহান নোংমা তাম্মোগা লাকমিন্নবদুনা অহানবনি। মাবু তাম্মোগী ইমান্নবা নক্তনে ?

— উম, নত্তে হায়বমক্তি য়াদে। ঐসু খঙনবা কুইদরি। ঐদি মপান্দা ঙাক্তা অয়াম্বা লৈরকই। ছুটি থোক্লকপা নত্তনা ইম্ফালদা কয়া লৈরক্তে। নোংমা ত্রেন জর্নী অমদা থেংনবদগী খঙনখিবনি। মাগা প্রভাগা খঙনবদি কুইরবা মাল্লি, ..... মান্দ্রনে ?

— ওইরমগদবা মাল্লি। খঙদেদা মাদি নিপা য়াম্না লোইনমন্দুনা চৎমিন্নবা ফাওবা তনবা মতাং য়াওরবনি। ঐখোয় ইমানসু য়াম্না তোইনা চৎমিন্নরনু হায়রবনি। মানা হেক্তা হৌরকই।

— ঙসিসু মানা পুবিরকপা ওইরিনিনে ?

সনাহনবী নোকফেৎ তৌরকই। অহানবদা মহাক য়াদবনি। সুরজিৎনা মাবু য়াওহল্লক্তবা য়াদে হায়রকই হায়বদুদা য়ানিংখিবরা য়ানিংখিদবরা হায়বা ভাব মেন ইতা তাহৌদনা লাকখিবনি। নিংশিংলুবদা ইকাইরক্তুনা মমাই ঙাংশিল্লকই। লুকথরগা তপ্না খুম্লকই,

— ঐনা ঐগী গাড়ী য়াদ্রে হায়বনি মানা কন্না হায়মনবদুদা ঐখোয় ইনম্মগী পুরকপনি। ... ইস ! সুম লাক্রুদি ঐদি কম্মাইনা তৌনি।

— অদু ওইরগা ঐনা থিনবা তারেদনা।

— মুমদবু করি হায়না খুন্নুদোইনো ?

— ইচে প্রভানা পুথি হায়বত্তারেদনা। শক খঙনদবসু নত্তনা।

— মদু ওইরবদি চৈ চাবা শোইদ্রে, চৎমিন্নবা ফাওবা চৈরিবনি।

সনাহনবী মপি ইরা চেল্লকই, কপ্পীং কপ্পীং তৌনা খোঞ্জেল নিক্লা শোল্লকই, "ইচে প্রভাসিদি মী হাৎপা ঙমগদবা জাৎনি, পূরা বেরাগী মীনি"।

— হেক্তা কোইথি থিরুরসিরা ? মখোয়গীসিদি মী উশিত্তবা মানশিল্লক্নে।

সুরজিৎসু হায়রপ শাউগৎলকই।

— মফমসু খঙদনা ? ... ঙাইহাক্তুংগা য়েংখিসি।

— মসিদি পংখ্রেহে। মমশিল্লক্লগনা হেন্না ফররোই চৎনবা তৌসি। মতুংদি মখোয়সি তিন্নবা য়াবা মীতা নত্তে হায়বা খঙজিল্লগা লোইরে।

হায়রুবতদা সনাহনবী ফুক হেক্তা হৌগৎলকই। মপান্দা থোক্লক্লগদি মমলি মমলি তৌরম্লে, ঙসাইর্মখৈদি ট্যুব বলবকী মৈঙালদুনা খঙদবনি। সনাহনবী কপনিংলকপা ফাউবকই। মনুংদা সুরজিৎনা বিল শেংদোকপগী কোস্থৌবদু ফাউবা ঙাইবা ঙমদদুনা চংলকই। মহাক্কী ইপা পাখৎপদু উবদা পরপ পরপ থোরকমিন্নরকই।

— রিক্সো অমা ফারগা চৎপ্রগেরা ?

— হুম, ইথন্ত চৎপা ঙম্লরোই। ... সিদি অশ্বাই য়ৌবদা মল্লনি।

— লাকও।

খুৎলৈ থুনা গাড়ীদা কাখৎলগা ষ্টার্ট তৌই। সনাহনবীসু চংশিল্লগা তোংখৎলি। থৌবা হৌই।

— নখোয়গীদু লংথবাল হায়বা নত্ত্রা ?

— উম ! মখোয়গীসিবু .... উম।

— মখোয়গী ব্রা পল্লকনু য়াম্না চাউখৎতবা জাৎনি। ঙসাইনা ময়েক শেংনা হায়রম্বা য়াবনি। হৌজিকপু নুমিদাং ওইরবা কানসিদা মীগী মচা লৈশাবী অমবু ময়ুমদা থিনজিল্লুবা হায়সিবু অরায়বা ব্রারা ?

তুমিন তুমিন লৈনে। লম্বীসু মমশিল্লকপগী চিনবনা ব্রাহেং লৈকাই মশাংদা কৈশামপাং ফাউবা থৌরকপদুদা মিনিট তরামঙারোম চংথোকখ্রে। কৈশামথোং মপা য়ৌরকপদা অব্রাং পাংনা মী ময়াম অমা চেন্নরকই। গাড়ী থান্নগা হংলুবদা নোংমৈ কাপ্নরে হায়রম্মী। লাপ্তক্লা নোংমৈ মখোল খরা মখোয়সু তাখিবগুম তৌই। মখোয়না চংকদবা লম্বীমক্তনি। গাড়ী মমাই লৈরগা কৈশামথোং লাল্লগা মমাং পাংনা থৌগৎলকই অদুগা মখা পাংনা থৌথবা য়াবরা য়েঙ্গে হায়দুনা হোংনবসু শিংজমৈদা লম্বী থিংলে, আর্মিনা কোইশিন্দুনা লৈরে হায়নরকই। মোইরাংখোম কৈথেল মপা য়ৌরকপদদি মীয়াম অমা লাইন বস ফাউবা য়াওনা খামদুনা লৈনরম্মী।

— কমহাইনা তৌনি, চংপা য়াগদবা মান্দে ?

সনাহনবীনা উপাই লৈতনা তপ্পা শোল্লকই।

— ঐ ভাব অমা তাশিল্লক্লে। করিনো ঙসি ঐখোয়দা তৌরিসিবু।

ব্রা মখা তান্নদে। ঙাইহাক্কী মনুংদা লৈরম্বা মীয়ামদু তাকশিল্লকই। হাংলম্বা দুকানশিংসু থোং লোনশিন্নবা হৌরকই। সেক্যুরিটিগী গাড়ীসু ফনা য়ামলে হায়থখিবা অমত্তা হঙ্গৎলক্তে। সুরজিৎনা করিনো অমা হায়গে হায়না য়েংলুবদা সনাহনবীসু মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। মিৎচানবা ঙমদনা লুকথখিবদু উবদা হায়রকই,

— ঙাইহাক লৈরগদি লম্বী অমুক থারকপসু য়াই। লাইবক য়েংবিদা চংশিল্লুবদি অফবা ওইগদবা মান্দে। .... অনকপদা নখোয়গী মরি মতাকা লৈবরা ?

পাউখুম ফংদ্রবদুদা মখা তানা হংলুবগী কান্নদ্রে খন্দুনা গাড়ী মমাই লৈরগা অমুক থৌবা হৌরকই। চাউরাক্লা মিনিট তরারোম থৌরবা মতুংদা য়োংনা গেট পানবা চেক্কী ব্রাল খাবা বিলদিং অমগী থোঙ্গালদা খামলে। অহল অমা থোক্লক্লগা গেৎ হাংদোক্লে। শুমাং ফাউবা থৌজিল্লগা খান্নগা হায়রকই,

— ঐখোয়গী য়ুমনি। ফম্নগা জ্ঞান তানা খন্নরসি।

হায়নরুবা তৌদনা ব্রাইতিং রুমদা চংমিন্নদুনা ফমহল্লন্নগা থোকখি।

ঙাইহাক্কী মতুংদা অমুক চংলক্লগা হায়রে ,

— ঐখোয়গী ইমা লাক্লগা অহল থয়া য়াউরগা থিন্নবা তৌরগে। মমাংসিদা লুহোংবা অমা পোৎয়েং পীরুনি হায়দুনা চৎখিবনি, লাক্লনি পাউ থাপ্রে।

সনাহনবী খুমদে। কৈ ফত্তে হায়বা মত অমত্তা পীগে খনগ্রে। হায়ফমসু খণ্ডদে। মানা লাংতক্লরিবা হায়ববু য়ুমদা করি হায়না খুম্বা হায়বসিখক্তনি। হংলক্কদবা ব্রাহং ময়ামদু খল্লুবদা মংলা হারা ভাব অমা তাশিল্লক্লবনি। মখোয় অনিসু তশেংনা ফোংদোক্লদে হায়বতনি মনুংদদি তিল চংনরিবনি। অমসু সুরজিৎ য়াওরক্কনি হায়রকপদা লাকমিন্নরিবনি, অমসু থওইনা সনাহনবীগা লাকমিন্নহল্লু হায়না মচিন্না থোক্লা হায়রিবনি। লুরিবদি তকশিল্লক্কদবা নিপা মানা ফকচিনখিবসিনি। মান্নরিবা হায়ববু মখোয় অনিমক য়ুম কৈ পানবগী আশা তৌরুদ্রি,অঙাংগী ব্রাখলদা ইচম-চম্না লৈনরী হায়বসিখকনি।

মতম ইকান কান্নদনা সুরজিৎকী মমাদু অতোপ্পা নুপী অমগা চংমিন্নরকই। মখোয় অনিদা হায়ফেৎ য়েংলগা হায়রকই,

— হায়, নখোয়বু ঙাওরবরা ? কনাগীদনো নমান্নবগীদা নক্লগা ননেহোইদরা হান্না লৈরম্বা য়াদ্রা ?

খুম্বা নংদ্রিঙৈদা লাকমিন্নবী নুপী অদুনা হান্না মখা তারকই,

— ইচে, ঙাংবিরুরনু। হৌজিক্কি অঙাংশিংসিদি ওম্থোক্লা শমজিনখ্রবনি। ঐনা হায়বদুনে, মপান্দা ঙাক্তা থম্মন্দুনা ইম্ফালগী চৎনবী খণ্ডদনা তৌরিনি।

— অদুবু নুপী চেম্ববু অহল লমনগী অয়াবা য়াওদনা য়ুমদা হেক্তা পুশিন্নবরনে ?

অহল অনিদুগী মতৌদুদা মখোয় অনিমক খুমফম খণ্ডদনা চঙক মাইঙক্লনা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈরি। মমানা মখা তানা হংলকই,

— ইবেম্মা, নংদি কয়ুমনো ?

সুরজিৎনা করিনো অমা খুমগে খন্দুনা হৌরকই,

—ইমা..... আ..... ঐখোয় ...

মমানা চৈহৎলকই,

— হৈ ! নঙোন্দা নত্তে। নং অশ্বাইদা লৈরুচো, অসুক ইকায়বা খঙদবসিবু।

সুরজিৎ সনাহনবীদা য়েংলকই। মীৎ মরি চান্নে। নুংদা ব্রাহং খরা হংনৈ। মমানা অমুক মখা তানা চৈরকই, — "চৎলুনে কদায়দনো অমা লৈরুচোনে।"

সুরজিৎতু উপায় লৈতনা তুমিন্না থোকখি। মমাগা লাকমিন্নবীদুনা খান্নকই,

— ইচে, মশকসিবু য়াম্না নুংশিরি হায়মি, হান্না পংচৈদা চৈরবদি অঙাংদু মপুক্লিং নুংশিরনি। মহে মশিং তম্বা হায়রা লোইরে, য়ারেনা কৈনো।

সুরজিৎকী মমানা য়েংলকপদা সনাহনবীনা মপি ইরা চেনবা মখে পাখৎনা লৈরম্বদু উবদা থম্মোই নৌথোরকই। করিগীশু নুংশিদনি মচা নিপানা পুরকপনি। অদুগীসু মথক্তা মখোয়সু নিঙোল ওইনা হৌরকখিবনি। মশক্তু উরুবদা থকশি-খাশি য়াওদে হায়বগী শাউগৎলম্বা পুম্বা নেমথরকই। চংশিন্দুনা নুংশিনা হায়রকই,

— ইস ! মশক্লা ঈংলিদি, নংবু কয়ুমনোনে ?

— ব্রহ্মচারিময়ুম।

— অদুনিদনা ! জাৎ মান্নরে, শিমঙাইদনা।

লাকমিন্নবীদুনা বা তেনশিল্লকই, — "ইচে শুমাই তৌরশি, ঙসিসিদি ঐখোয়দা অঙাংশিংগা লৈমিন্নরসনু। মফি মরোলদুম হোংদোকহল্লসি।"

— ফরে ফরে, নুপীমচাশিংদো খরা থারকউ। চাক ঈশিংদি সিদা পুন্না তৌরসি, নংসু য়াওননিকো অদুগনে মখুরাদা নখোয় নতৈদো খরা থুনা হল্লকনবা ফোন তৌখো হায়য়ু।

অহল অনিনা হেক থোকখিবগা সুরজিৎ চংলকই। ঙশাইমখে ইকায়রমদবদু ঙাইহাকসিদা মিৎ চান্ননা য়েংবা ফাউবা ঙমখিদ্রে। সুরজিৎতি ওইরক্লিবা ফিভমসি খঙদ্রিবগুম ইপৌ পৌনা হংলকই,

— ইমানা করি হায়রম্মী ?

খুমদনা তুমিন্না খৌ-ব্না শাদনা লৈখোকখিবদুদা মখা তানা অমুকসু হংলকই,

— থিনবিগে হায়বরা ?

— হায়দে।

— থিনবিয়ু হায় য়াদ্রো ?

— কমহাইনা হায়দোইনো ?

— হায়বদি ?

পাক খুমদে। ভাব তামন্দবদুদা খোইদৌ শাউগৎনা অফিং অকাই ওইনা খুমদোকখি,

— সুম লৈহল্লনি হায়রে।

হায়ফেৎ ঙকচানরুরগা ভাবনা লাম্বা ফংলকলদুনা সুরজিৎতু নোকখোক্লকই।

— অদু ওইরদি ঙশাইর্মখে ঐবু অসুক য়াম্না ওৎলিদি করিগী ? য়ুমদা থিনগদবনি হায়রিদুদি ?

— অদুবু ঐনা হায়দৌরো ? চাওবং ওইনা তৌরদনা মী ওৎপদি হৈদৌরি। ❑

# চৈনাখোল

— ইমা থবক চৎলরোইদরা ?

মচানুপীনা হংলকপনি, খুল্লক্তবদুদা তুমিন্না থোকখি। ঙশাইমখৈ বাখলদা লুপতুনা লৈরম্বদগী ভাব খণ্ডতা তারকই। নুংতিগী থবক কাবা মতমদগী য়াম্না হেন্দোকখ্রে। নুমিৎ য়ুংগদবা মিনিট খরদা মঙাইরে। মপুক্লিংদা পোথারগে হায়না লেপ্লদুনা তেলিফোন পায়খৎতুনা মহাক্কা ফম্মিন্নবী সুনিতাদা মহাক কারক্করোই হায়না পাউ পিখ্রে।

তোম্বীসনা মশাগী চহি নিফু খরদং হেল্লকপদা লুপ্লাশিংদা চলহৌরে। মরাইবক থিরবী ওইহৌরবিনি। কুইদরি মপুরোইবনা লৈখিদবসু শুপ্পতগী চহি অনিরোমদমক মঙাইরি। কনাসু অময় নত্তে, মীওইপোক খুদিংমক নোংমদি সংসার থাদোক্কুনা চৎলগদবা ঙাক্তনি। মহাক্কুম্না মপুরোইবা কায়নরবী কয়াসু লৈরমগনি। মপুরোইবা কায়নবদা মঙোন্দা ফাওখিবা নিংঙমহৌদবা অসিগুম্বা থৌদোক্তি পাক হেক ওইথোক্করোই। মপুরোইবনা মহাকপু বারৌখি। পুন্সিগী কোক্করোইদবা চৈনাখোল অমা পীরমখি। শাউনদবা, খৎনদবা মতৌ-মনাও লৈরপ্লোই। অদুবু মপুরোইবগী অরোইবা পুংজাদা পীরম্লীবা চৈনা অসিদি কনানসু পুঙল্লোই।

মপুরোইবনা হেক লৈখিদঙৈদগী মপুরোইবগী ওইরম্বা কা অসিদা মহাক য়ারিবমখৈ চংলুদে। চংদবা য়াদদুনা চংলুরবসু পম্বরুবা তৌদনা থুনা থোক্লকপা ঙাক্তনি। তশেংনা পম্বরুনবগী থৌনাসু লৈতবনি। চৈরাওবা নুমিৎ নোংমা নিনিংখক্তা ঙায়শিল্লকপদুদা মচাশিংদা শেংদোক্লবা হায়দুনা ফনা য়াম্না

হায়রবা ফাউবদা কয়া থওই ব্রাওইদনা লৈথোকখিবসিদা মশামক্রা হেক্তা শেংদোক্লগে খন্দুনা চংলুবনি। ঙসি ফাউবা মপুরোইবগী খুৎফম থোইনা কাইদনা কা অদুদা থল্লম্বা পোৎ চৈ অয়াম্বা লৈরি। ফকলাংদা থেৎলিবা মপুরোইবগী ফোটো অদুদা য়েংখৎলুবদা মঙোন্দা ব্রারৌনা য়েংলগা হায়রকপগুম্না মনাকোংদা তারকখি,

—" নংদি অশুক কুইবসি ঐঙোন্দা মীনম্লল্লিবা ওইরে! ঙসিদি অশেংবদু খঙলবনিনা নংনা ঐগী ইনাক্তা চংলকপগী হক লৈত্রে। পুন্সি অসিমগী লোইনরবনি, মদু খঙনা চৎনবা হোৎনজৌ"।

মমাংঙৈগী ব্রাহৈশিং অদুমক্রী। মনাকোংদা হন্না হন্না তারকখি। হঞ্জিন হঞ্জিন ঙংদুনা লৈখি। লেপ্পা ঙমশিল্লক্তদুনা ফমথদুনা খাংখি। য়াম্না ব্রানা থোক্লক্তুনা মশাগী কাদা লাক্লগা ফমুংদা হিপথদুনা চৈনা খাংবা হোৎনখি।

তোম্বীসনা য়াম্না ইং-তপচবা কয়া মোং হাদবা মীতানি। শাউগন্দে, মীনা থিনা হায়রক্লবা ফাউবদা ফাথবা ঙম্মী, মপুন্সিদা মীগী মবুক নাগদবা ব্রাঙাং শাঙাং খক শীজিন্নদে। অদুবু মরাইবক্তা সুম থোকউ হায়না তমখিবনি হায়বা তারে, য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদারকপা মতমদদি চরক চহিং খরদি নাইখি। মরাইবক ফক্তবরা হায়রবসু মীনা সরকারগী থবক মচা অমত্তং ফংনবা হোৎনবদা ব্রানরবা মতম অদুদা শেল থুম ইতিং তিংলুদনা থবক ফংখি। ওফিস অদুদা থবক তৌমিন্নবী মৌনহা অফাওবী খরগী থৌইনশিন্দগী ওফিস অদুমক্তদা থবক তৌমিন্নবা নন্দকুমার কৌবা নিপা অমগা মরি লৈনরকখি।

নন্দকুমার য়ুমকৈ পাল্লবা মীওইনি হায়বসি হান্না খঙহৌদে। মরি লৈনরবা মতুংদা য়ুম পাল্লম্লবনি নুপী খায়নখিবনি হায়বা খঙলকখি। মহাক মশানা থিজিনবা ব্রাৎপনি হায়বা ঙাকসু নত্তে। থবক তৌমিন্নরীবা ময়ামদুনা লান্না পাউ শন্দোকই মদুদি, —" মাগী নুপীদু কয়া মথোং হুক্তবা জাৎনি খায়নদুনা ব্রা লোইনত্রে, মপোৎ মচৈ ফাউবা লৌথোকল্লবনি"। নন্দকুমারনসু য়ারিবা মখৈ থুনা মখুৎ চনশিন্নবা হোৎনরকখি। চেল্লনি হায়বা শুকখন হেক খল্লুদনা কোইরুশি হায়না পুবিরগা নমদুনা হেক্তা মশানা ইয়া য়ানিংদনা চেন্দবা য়াদদুনা চেনখিবনি। চেল্লবা মতুংদদি নুপী অহল অদুগী কাংবুনা হৌরক্তুনা

উপায় লৈখিদে, থামদোক্লবা তাখি। অসুম্না অমকপা অমত্তা লৈতনা হৌজরকখিবা মপুন্সিদু লম্মখাংদগী কোক্লরোইদবা অমুবা দাগকম অমা লৈহনখি।

চেল্লুরবিনি হায়বা মিংথোল হেক ফংখিবদগীদি নিংঙোল ওইবিশিংগী লেমজনিংঙাই করি অমুক লৈখিগনি। ঙায়োনবীগী লুকমাইদা হারিবা মশা নারবা ঙাগী পাংথক্লী। লৈগে লাকলিবশিংদা অয়োনবনা, " অফবনি, লৈনিংদ্রগা তোকউ" হায়জবগী ৱাতনি মমলবু লৈরিব্রনে ? ফিভম অসিমক তোম্বীসনাগী মরাইবক্তসু থোকখি। অহল লমন্না শীনবীদুনা মপুরোইবা ওইগদৌরিবা চন্দ্রহাসকা চেলহনখি। অসুম্না য়ুম্বাল লম্বীদা থোংদারকখি।

মপুরোইবা চন্দ্রহাস পুকচেল শেংবা মবুক মপাউ ফবা মীতানি। থবক খুদিংমক অফবা ওইনা ঙাক্তা থল্লি। মদুমক্লবু মহাক্কী নুপীবু মহাক্লা হান্না চেল্লুবা নিপা অমগা ওফিস অমত্তদা থবক তৌমিন্নরি হায়বগী করি থোইনা চিংনদবা ঙম্লীবনি। অদুমকপু মপুরোইবনা হায়খিবা ৱাফম হায়ববু, " মীগী মীনোক চংহনগনু। অশেংবা অচুম্বা হায়বসিদি থক মাংহনবা ঙমদবনি। ওইজনবনি হায়দুনা মীনমগে থক থনগনু। অরানবা অমা কুপশিন্নবা হোৎনবদা অরানবা ময়াম অমা তৌবা তারক্কনি" হায়বসিনি। মহাক্লসু মপুরোইববু কৈদৌঙেদা নমথাক তৌখিদে। তৌগে হায়নসু থক থনখিদে।

তোম্বীসনানা ময়ুম পানথ্রবা মতুংদা নন্দকুমারসু ইকায়-থাংদগী ট্রান্সফার তৌখি। করিগুম্বা মতমদা হেড-ওফিসতা লাক্লবসু মতম থরদি কৌনবদি লাইরদুনা থেদোক্লবা ঙাক্তনি। অদুমকপু নন্দকুমার অরায়বা মীতাদি নত্তে, মতমসিগী চপ-চাবা মীওইনি। ইকায়বগী মহুত্তা নোকশিন্নদুনা ৱা ঙাংননবা হোৎনরকই। মাগী মী ম্বাম্না উশিত্তবা মওংদুদা তোম্বীসনানা মপুক্লিংদা, "ঐনা নিপা ওইরমদুনা ইমান ইমান্নবা ওইরম্লবদি নং থঙগদবনি" হায়না তকশি শোলহৌবা নত্তনা করিদি উপায় লৈগনি। মপুরোইবদা ৱাফম অদু হৌদোক্লুরগা ওন্ননা থনখিগদ্রা চিংনবদগী হৌদোক্লুবা ঙমখিদ্রে।



অসুম্না চহি তরামুক ইংনা হৌগ্রে। মচা নাওরোন অনি-অহুম কাগ্রে। মশানা মরাল লৈবনিনা মপুরোইববু চেংনা ফাজিন্নবা হোৎনদুনা মহাকপু য়াম্না থাজহনবা ওমখি। মপুরোইবগী মপুকচেল শেংবা মীবু থাজগনবগী খুদোংচাবা অদু লৌরগা মহাক্কী মরাল খুদিং কুপশিন্দুনা নন্দকুমারবু মরাল লৈবা তাহন্দুনা মহাক্না ইপাম পামজদনা মহাকপু ফাবিখিবা ওইনা থাজহনখি। য়াই থারবা শামু লমশাওুম পুমতে তেগ্রে, তোম্বীসনাগী ঈজিং অমদা সরকসকী কুম্মে তৌনবা থম্বদু ওাইরে, চুম্না মরি লৈনরম্বা ফাওবদা কদাইনো হায়নরিবদা চেল্লুরবা, নোংমা নিনিবু ফাদোক্কনবা লোংমিন্নরুরবা নিপা অমগী নিংশিং মমিবু নিঙোল থম্মোয় লকানুংদগী তরাইনা হেক্তা মুৎথৎপা য়াগনি হায়না থাজহনবা ওমগ্রে।

পুম্নমক ফরবা মতম অসিদা ইথা থাজরুদনা নন্দকুমারসু হেড-ওফিসতা অমুক পোস্টিং হল্লকখি। পাউ অসি মপুরোইবদা তমখি। মহাক্কী পোস্টিং হোংদোক্লবা হোৎনসি হায়না ফাওবা হৌদোক্লুখি। মপুরোইবনা, "হৌজিকপু করি চিংননিংঙাই লৈবিবগে" হায়দুনা ৱা ওইনা লৌখিদে। মহাক্লসু মখা তানা অমুক হৌদোক্লুদ্রে। মপুরোইবনা ৱা ওইনা লৌদবগী মতিক নন্দকুমাবদি কারন তাবা হেঞ্জিল্লক্লি। মরম ইবে হেক লৈতনা মখোয়গী কাদগা চংশিল্লক্কুনা ময়াম মরক্তা ফম্না য়াওশিল্লে। কৌরকপা ফাওবদি মহাক্না খুমদে খওবনা ময়াম মমাংদদি অফবা শাশিন্নদুনা লৈ। অদুমকপু মহাক্না লৈবা মফমদা শুক শুরু নৈশিন্দুনা লৈনবদি ওম্বোক্না কন্না হোৎনগ্নবনি। মাগী শাজৎতুদা তোম্বীসনাগী থম্মোয়দদি মশক্কু উবদা তিনবী কাংলবনি। অদুবু মমায় থাগ্রবা কৈথেল মনগুম্বনবু ইকায়বা খওবা হৌনদে, হামু হামু হায়বদুনি। মমৈদদি থোইনা খনজিল্লুদবনা নক্তগা শাওবা ফরক্লিবা হায়বদুন্না নন্দকুমারনা তৌবা ফাগীদা নোকপা ওল্লক্লে।

নোংমা চহি অমরোমগী মতুংদনি, নুমিৎ অদু ওফিসতা থবক খরা চিনবদগী খরসু থেংদোকগ্রে। মহাক্না হেক হেক হনমীন্নবী মমান্নবী সনাতোম্বীসু ছুটি লৌখিদুনা মথন্তা মাগী লুনা মোপেদ অদু থৌরগা থেংগ্রে খন্দুনা হাথু হাথু হঞ্জরকপনি। কুমগা লাইগা পাবা হায়দুনি মফম মরাং খওহৌদনা মাগী গাড়ীদু ষ্টার্ট হেক মুৎথোকখি। কিলোমিটর অনি-অহুম

ইন্নগা চংকদবদুগী খল্লুবদা মখোয়দোঁ শাউগাংপদি লোইরে। কপনিংবা হায়বদু য়ৌরবনি। তুংলোমদগী স্কুটর অমা থান্নকপগী শহুম কংবদুদা লকক তৌরগা য়েংথোক্লুবনি। নন্দকুমারনি, য়াম্না চম্বা শারদুনা হংলকই,

— গাড়ী য়াদ্রবরা ?

তোম্বীসনা খুমদে গাড়ী ইন্দুনা চৎপা হৌই।

নন্দকুমারনা অনম কনশিল্লকই,

— ঐ অমুক্তা য়েংজগে।

— য়ারনি।

থৎপোই করিওই তৌশিল্লপদুদা মীনা উরগা ফজদ্রে খন্দুনা য়েংহম্বনা ফরমাল্লে খন্দুনা লেপ্লে। নন্দকুমারনা প্লক নুং, শেংদোক্লগা ষ্টার্ট তৌদুনা য়েংবদা য়ারক্তুনা যুম ফাউবা হল্লকখি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাং থেংনা মপুরোইবা হল্লকখি। য়ুসু ফজনা ঙাওরে। নিশা শিজিন্নখিদবা য়াম্না কুইখ্রবনি। মহাক্লা হেক লাকপদগী মহাক্কী পামজদবদু উবদা তোকখ্রবনি। নোংমা ফাদোক য়াওরক্লবসু শীজিন্নদ্রবগুম্বনি। ঙসিগীসি ফিভম অমনি খন্দুনা তুমিন্না করিসু হায়রকদবনি। মমাংঙৈদদি নিংঙাই খরদি অদুম্মক তৌখিবা ঙাক্তনি। ফি হোংদোক্লবা খুঁদে লানশিল্লুবদা অদুম্মক হৌরকখি। মপুরোইবগী মাইথোংদা অসুক ব্বারৌনা শাউবা খক থেংনখিদ্রি।

— হৈ, নং ঐগী পোৎ শোক্কনু।

ময়েক শেংনা ফাউবা হায়রক্তে, য়ারক্তা ঙংবনি। স্বর মপি হোল্লি। মতৎ মতৎ ওইনা করিনো খরা হায়রকই। করি হায়রিবনো ভাব তাবা ঙমদে।

— করিনো, অদুক শাউবিরিবদুবু ভাব তানা .....।

কিনা কিনা হায়রুবনি, লোইফাৎত্রিঙৈদা লাউখৎলকই,

—হৈ, নং ব্বা ঙাংলক্কনুকো ... নংগী হান্নগী নব্বাদু কাউবা ঙমদ্রগা চৎমিন্নশ্রোদনা, করিগী হঙিল্লক্লি ?

হৌজিক্তা ভাব তারকই, ঙসাইগী ব্রাফম অদুগীনি হায়বসি। তুমিন্না লৈরসিরা খল্বনি অদুবু অচুম্বদুদি হায়গে খন্দুনা খুন্নুখি,

— চুম্মা গাড়ী য়াদবদু শেম্বীরম্বনি, সিবু করি কায়বগে ?

— কায়বা কায়দবা হায়বদি ? নখোয় কৌবা ফাওবা কৌনদে হায়বদাই ? নংদি অসুক কুইবশি ঐঙোন্দা মীনম্লম্লীবা ওইরে... ।

— ঐ মীনমদে। ঐবু থাজবিয়ু।

মহাক্না হায়রিবদু মপুরোইবনা ব্রা ওইনা তাদে। ষিভম হোংখ্রে অঙাওবগুমখ্রে। মরুম মরুম শোল্লি,

— নংনা ঐঙোন্দা মী..নম..লবা। ... অ... রোনবা শাজৎ... উম... চৎ...ল....বা।

করি হায়রিবনো হায়বা ময়েক লৌবা ঋাই। ঙাংথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না ঋাবা মাল্লি। মমিৎ মনা লংখৎলকই। মীৎয়েংদু মমাংদা লেপলিবা মাবু উদবগুম তৌরকই। লোংনা হাইথরকখি। ঙাক্কে হোৎনবনি ঙমহৌখিদে। ময়াম চংদুনা হোসপিতালদা থুনা পুখৎতুনা হোৎনখি। উপায় লৈখিদে। নোং-ঙাল্লকপদা অরোইবা নিংশা হোনখি।

তোম্বীসনা কপখিদে। ঋাখলনা ফুম্বংনখি। শোরাং লোইবা ফাউবা মীরোল ঙাংনবা য়াখিদে হায়। ভাব তারক্লবদা মহাক হিংনিংবা পোকত্রবনি অদুবু মচাশিংগী য়েংদুনা হিংবা তাখি। ঙসিদি মহাক খুদিংমক খাংজিনবা ঙমলে। কনাদসু দোশ তৌরুদ্রে, মরাইবক্কীনি হায়না খন্দোক্লবা হোৎনরে। চৎস্রবা মপুরোইবগীদি অঋাবা লোইখ্রে, হিংহৌরিবা মহাক্তি পুন্সিগী ওইনা কোক্লরোইদবা চৈনাখোল অমা খাংবা তারি। ❑

# মখৈ ফংবা

ওফিসতা থবক খরগা চিনবনে অদুগী মথক্তা ময়াম ঙাইহাক অমুক ফমথরকপনে, কোকশি ঙাওফিং ঙাওফিং চাক চাবা হৌগৎলকপদা ঐখোয়গী য়ুম্বুরেনবীনা হংলকই, — "মখোয় তাম্মোচৌদি তাবিদ্রিবরা ? তাম্মো রূপচন্দ্রদো মৌ হল্লকপী অমা পুরক্লে হায়রে। মচাসু লৈবা ওইরমাল্লে।"

"তাবদা, ঙক্না থোক্কে, হান্নসু মশাদা য়াম্না তোইনা হায়বিবনি, নং নোংমদি চোপ্পা শোইদনা নঙনি খর-খিৎ হেনমল্লে" হায়দনা। অদুমকপু অশেংবা অমদি খঙদোক্লগে হায়দুনা হংলুই।

— "করি লমদগীনি হায়নে ?"

— "খাংখৈদগীনি হায়মাল্লে। খায়নদুনা লৈবনি হায়রে। খরদি ঙস্মল্লবা হায়দুনি মচা মশু লৈতবসু নত্তে"। হায়ফেৎ শাওনিংনা মমাইকাদু ঙাংখৎলদনা খুল্লকপনি।

— "এ ! নখোয়সু য়াওনা নুপীদা তাইনরবদি য়াররোইনে। নিপা ফত্তবা থেংনরুরবদি মশানা তাবনি। ঐদি ফৎলরোই, মাঙজল্লগে হায়বা নুপী জগৎতা লৈবা হৌনদে। মরিন চুমদবা নিপা খরনা মাইকৈ কয়াদগী থৎচিনবিরগা লুখাক কোমদা চিংথবিবা ঙাক্তনিনে।"

ঐনা হায়রিবদু য়ানিংলিবরা, বা মখা তাবা তল্লবরা ঐঙোন্দা ফল্লপ য়েংলল্লগা থোকখি। ঐনা শেৎলুবা ফি-শিংদু কহোক্লগা থুপচিন্দুনা অলমিরাদা হাপচিনবা মখোল তাই। চাবা থকপদা পুক্লিং লুপশিনগে লাকনৈ য়াদে। ব্রাখলসিদা মমাংগী থৌদোক ময়াম অমা মথং মথং উরকই। রূপচন্দ্র ঐগা

পিক্রিঁওেদগী ভিমরক্রবনি মাগী শাজং ঐনা মুমা খঙই। চা-চুরুপ নত্তনা নিশা অমতা শিজিন্নদে। য়ু থক্তে, খার শান্নদে, হৈতে। লাইরিকসু কয়া পাংদে। হয়ার সেকেন্দরিগী এলেবেন পাশতু ওম্বোক্লা য়ানা লানথ্রবনি। সরকারগী থবক তৌদে, থিকা মচা মচা তৌই, চাবা ফাওবদি য়াদনা চাই। মখোঙ মরি পানবা গাড়িকাসু অদুম তোংই। মদুসু কারবারদা অদুমক শিজিন্নে, হায়বদি শান্দোক শাঞ্জিন তৌদুনা শেল তাল্লি।

হৌদোং তুমিন লৈবনা চক্ষু ওন্মি হায়বদুনি মানা অসুম তৌরক্কনি হায়বসি ওম্বোক্লা থাজরুদে। য়াম্না তপ্না উই, মশা নাল্লি, শাওগনদে। মীনা থিনা হায়রবা ফাওবদা নোক্কুনা তাথোকপা ওন্মী। অদুবু য়ুম পাল্লবা মতুংদগীদি খংহোং হোংলে। নুপী নহাদগা সঙ্গ ওইম্লে। হায়নবী হায়বা জাৎতুমখৈ মাগা হেক্তা খঙনরম্মী। য়াংখৈদগীনি মচাসু লৈ হায়রিবসি চন্দ্রশখি হায়বীদু শোইদনা ওইরমগনি। নোংমা মাগী য়ারিসি ঐঙোন্দা তৌরম্মী। চহি অমরোমগী মমাংগী য়ানী নুমিত্তু মহাক ঐগী ওফিসতা লাকখি।

— "নহান নংগী স্কুটর অকোল্লদুগী মনিংদা পুখিবদুনা কনানো ?" ঐনা ফাগী ওইনা হংখিবনি।

— "নং খঙলগা কৈদৌগে হায়রিনো ? নুংঙাইনা পোংথামিন্নগে হায়দনা মফম থিবা চৎলিবনিদনা"।

— " নং খরদি হাকমল্লেকো, অমুক্তং চোম্নদি শোয়দবনি। য়িকলিদা ফোটোকা হাপলদনা মরুকোকপ্লে কা হায়বদো পামল্লাও ? নত্তে ! কদাইয়াইদগীনো চৎনবা য়ারি হায়য়ানি, মরিল চুম্বা জাৎলো ? ঙমগদবা ওইরগা য়ুমদা পুশিল্লোদনা।" মহাক খুমদে নোকশিন্নে, মদু মাগী হৈনবীনি । ঙাইহাক লৈরগা মখা তারকই, —"মদুমা খল্লুবা য়াদ্রে, নিপা লৈরিগোংনী, ... য়াংখৈদগীনি। লোন অমা তান্নরি ডি-আই-সি দা, অদুগী চৎমিন্নরিবনি। অদু নংবু মখোয়গী জেনেরেল মেনেজরদু য়াম্না চান্নে হায়বদাই, মাগী লোনগীসিমতা হায়নবিয়ুদনা "।

— " মাগী নিপাদুদা চেলহল্লুদনা, নথৌ লৈতনা থৌ-থিরুনু।

— "এ ! শোইরে শোইরে প্রান-বন্ধু, মাগী নিপাদুননে ঐনা ফনবা শীল্লো হায়দনা তৌরিবনিদা। অদুগুম্বগা হৈনবা জাৎ নত্তেদা, ওঝানে চমজন্নবা।"

— "লোন তাম্নবিরগা শেন্দোইনা নং চাগে সিনিনে। নংগী য়াম্না চাওখৎত্তবা শাজৎতুনি ঐনা য়ানিংঙ্গিবসে। ওইজনা ঙাওশিন্নবগী য়াশি তোক্লসি।"

চুম্না হায়খিবগী য়াদনি, মানা হায়বদো ঐ অদুম্মক য়াখি। মাগী লোনদুসু ফংখি। অৱামল ঐগী মরুপনা চাওনা লৌখি। মদুগী য়াকয়সি ঐঙোন্দা তন্নকপদা মতুংদদি নংগী লম্বী করুবনি হায়না চৈখি। নোকমি নোকমি মতুং তৌররোই অদুম হায়।

থা অনি অহুমগী মতুংদা ঐগী ওফিসতা অমুক লাকলম্মী। ভারা শানবা য়ুম অমা থিদবা য়াদরে, শেল য়াওরবদি লুপা চনি চহুমদা পিম্নু হায়রম্মী। শেলবুদি য়াওরিনে শিংদি শিংঙকউকো হায়রগা পিখি। শেল হেক ফংবগা চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলকই।

—"কেনো চাকা থকখিসিদনা। হান্না হেক্তা চেনগে তৌরিসিবু কুইনশু উন্নরুদ্রগা! য়ুম ভারা থিরিবনা কনাগীনো? শেল চিল্লিবনা করিগীনো হায়রম্মু ?"

— "অদুবুরো লোটরি ফাওরে। চন্দ্রশখিদো হল্লক্তনা লৈরেদনা। মখোয়গীদুদা য়াম্না তোইনা চংবসি কয়া নুংঙাইতে অদুনা ভারা অমা লৌবগা থল্লবদি ঐঙোন্দা অয়েৎপা লৈত্রেদনা।"

— "এ ! মদুদি ফত্তেহে। নং খর লাপথোকউ নংগী য়াহৌদগী খায়নবা ওইরিনিনে ? কয়াদি শুজরে নংনা থুগায়রিবা মীগী ইমুংসে। নংদা চংবিরুনু ইংথনরক্লগা মরাইনা হঞ্জিন্নজখিনি। মচা মশু য়াওদ্রবদি কৈ অদুসু নত্তে।" তাল্লকসিদা এল.ডি.সি. স্নাতোম্বীদু ফাইল অমা পুরগা চংলকই। মী অমা ফমলিবদু করিসু থওইদনা ঐগী নাকল ফাওবা চংশিল্লক্লগা ফাইলদু ফাক্তোক ফাক্তোকনা মরৈদু কোল্লদুনা হায়রকই।

— "তাম্মো, ফিয়ার দ্রাফ হায়বদু লোইরে।"

— "শোই তৌবা য়ারদ্রাও ? কদাই মুন্না চেক তৌরবা নত্রা ?"

— "য়াম্না কুপ্না পাদুনা য়েংজরবনিদা।"

ঐগী নাক্তা কয়াসু নক্লা চংশিল্লকত্রে, মশাদা চাইরক্লীবা মনম মহাদু নাতোন্দা ফাওরকই। শেংলিবা শারিদুনা আ-চনিংদা য়াল্লে, লিংলিবা

ফুরিংতুনা পারিবা, ঙকশমদুনা কয়াসু লাওনা কোংখ্রে, শেংলি চারিবদুগী অর্থবু থোইনা লৈতবগুমলে। ঐসু খরা থুনা থাদোকপ্লগা লোইরে হায়দুনা মানা হায়বা মপা মপাদুদা শোই তৌশিল্লি। ফাইলদু খুমজিল্লগা সুল্লাই পায়শিল্লগা ঘম ঘম থোকখি।

ম্লাতোম্বী থোকপ্পবা মতুংদা হায়ফেং য়েংলুববু মমিংতু লংখংলকই অদুগা চৈরকই।

– "হৌদোং লম্বোইবা, নংনা তৌরিবদুনা করিনো ? ঐঙোন্দদি ঙাংলিনে, মনাক্তনা ফুগাইনা শাংপী ময়াম অমা থমজিল্লগা সাধুকা শারদনা। চংলগে—ঐ" হায়রল্লগা চা থকখিসি হায়বকা য়াদনা থেংলে হায়দুনা অদুমক চংখরে।

ঐনা খরা ঙাংখিবদুগী মতুংদা ফনা কুইনা উন্নদে। কুইনা উনমল্রে হায়দুনা নোংমা নুমিদাং ব্রাইরম অমা মখোয়দা চংলুই। ঐবু উবদা হরাওনা হায়রকই, — "বন্ধু নং লাকপা ফরেদা উননিংদুনা লৈরল্লবনি। নহানগী পৈশাদুসু পিথোকহৌরগে"। ঐনা শিংলক্তনু হায়বদু থওইনা তাদে ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা মাগী নুপীদা তানবা লাওই,

– "চা খরা লোল্লকউ মী অচৌ অশাং সাহেব, গমলা মপু লাকই হৈ, খরা হাওনা শেল্লকউ।"

– "চাদো থক্তবসু য়ারে। অম্বাইফাও ব্রাকিং ওইনা সুম চংথোক্লসিনা।"

– "য়াই, অদুবু চাদি থক্লগা চংসি।"

চা থকমিন্নরবা মতুংদা থোকমিন্নরক্লে। লম্বীদা চংনা চংনা হংলকই,

– "ভায়, নহানগী নম্বী এসিষ্টেন্ট অদুদি ফৈহে। কয়াম কুইরে শান্নবদি ?"

– "হেরা ! মী মাংবা ব্রা ঙাংগনু। মীনা তারগা ঐবু য়াম্না মোরেল য়াওদবা ওইনা উরনিনে।"

ঐনা শাওরুপ খুমখি।

– "হায়জৌ হায়জৌ, য়েংবদা অদুম খংলবদুবু। নংনা ওফিসতা

রোমান্স ঐনা লমদা থরা ঙাওজবা, সিদা করিবু খেন্নরিবগে হায়বা ? নংনা গমলাদা থারগা হেকপা, ঐনা লল্লক্তা শাংগা ময়াম অমা হেকপগী ব্রাদনি ।"

— "কান্নদে বদনাম পিশিল্লক্কনু । অদু, নংগী ব্রাংখৈগীদুবু কমদৌগ্রগে ? মাগী নিপাদুগা হনজিন্নগ্ররা, করম তৌগ্রে ?"

— "হঞ্জিন্নদ্রে, মপামদা লৈরগা থরা ফগগ্রা হায়রগা হেন্না দশা তারে । মবুং মৌপরা ময়ামদুনা চংহল্লক্কনু হায়রে হায়য়ে ।"

— "অদুদি উনদ্রবা নত্রাও ? য়াম্না ফরে লাপথোক্লহৌরেদনা ?"

— "হেরা ওহ্লোক ওহ্লোকপা, অশাংগা লৈবু চিন্দনা তোক্কদ্রা ? নুমিৎ থানরগা লাপ্পা চৎলগা উনবা হায়সি ঙাইদনা । ফনবু নুংঙাইহৈরি, পাখং লৈশাবী ওইহৈরিঙৈ থেংনহৌদবগী বাকি শিকি লাকখৎলিবনি ।"

— "য়াম্না ফরে, নোংমা মরাইনা চোপচনি, মখৈ ফংবদো হেক ঙাইরো ।"

ঐনা শাওরপ তৌবদুদা নোকফেৎ তৌবগা হায়বকই,— " পাক হেক চোপ্পা য়াবা নত্তেদা । হৈ-শিংনা চৎলগা লোইরে ।" ঐ শাওরে হায়বা খঙলমাল্লে ব্রা মখা তাবকখিদ্রে । ঙাইহাক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎমিন্নবগা য়ুম য়ুমদা হন্নরকখি ।

মতুংদা ঐখোয় অনি ফনা কুইনা উনখিদে । মরুপ মপাংশিংনদি মাগী মবমদা য়াম্না ফত্তনা ঙাংনবা হেনগৎলকখি । মৌ হল্লকপী অমত্তং থেংনবদা রুপচন্দ্রদা খবা তাকপিয়ু হায়না ফাগী তৌনে । মানা থুগায়রিবা য়ুমশু য়াল্লে, মানবু খরা তোইনা চংলবদি ইমুং মহি হেক্তা লাংনরকই । ময়াম ফাগি তৌনবদা হায়নরকপা য়াওই "ঐখোয়দি ইশা লৈত্রিঙৈদা মাবু লেংশিল্লক্রবদি ফিদা থারুনু হায়রবনি" । তিন্নরুবনিনা মরমচৎ ফত্তে হায়দুনসু সিফাওবদি হায়হন্নীংদবনি । করিদি উপায় লৈরী শুম তাশিনবা নত্তনা ।

মতুংদা থৌদোক্কুগী মরমদা থিজিন্নুবদা ব্রাফমসি হায়দোকপদা কয়া ফজবদি ওইরমদ্রে । মাগী থিকাগী খোলা অমদা মখোয় অনিদা ফিভম কায়না লৈমিন্নরিঙৈদা লৈকাইগী নহারোলনা ফাব্রা ওইরমাল্লে ।

মতম খরদি মাগী মমা মপাওসি তাখিদে। হন্দক্কীসিদি তাবদা ওহ্নোক্রা থাজরক্দে। অদুবু খরা অমুক লৈরগা পাও অমা অমুক মরুপ মপাংশিংদগী তারকই। মদুদি, মাগী নুপী বীলাশিনিদুসু থোঙালদা পান দুকান তৌরে, য়াম্না ফাওরে হায়নৈ। মতমচুপ্পা নিপা নহা পাখং মচাশিংগা হেক্তো হেক্তো য়েংবদা মিং য়াম্না নারমাল্লে। মাগী নিপাগা শিংনরিবা হায়দু ওইরমাল্লে । মাগী নিপাসু মখৈ ফংগ্রে, মহাকসু মখৈ ফংবা ঙাইহরিবা হায়বদু ওইরমাল্লে। খণ্ডদে, মরাইবক্তা করি অমলিগাবা। □

## মঙ কংশিল্লক্রবা উপাল

অহল মতম ওইরক্রবা অসিদা মশাগী মপাঙ্গল হম্বুরকপদা নত্তনা ঝাফম অমতং হৌদোক্লবদা মবা লৌবিদবা, চুম্না মশুশিংদা থরদং ঙাং শক্লুরবসু মচা মমৌশিংনা মচা-মচাগী মীচং চংখিদুনা অহন্থংদা ঝা ঙাংমল্লি, খুন্নুরবসু ঝাকাই ঙাংলে হায়দুনা হেক্তা ওনখৎতুনা চৈশিল্লকপা ময়াম অসি খাংবা য়াবা খাংলক্লি। ঙসিদি অহল অসিগী খাংবা ঙন্বগী পংখৈ মাংখিবগুম তৌরকই। মপুক্লিং ফাথবা ঙল্লক্তে। অদুবু, উপায়সু উরক্তে ঈশ্বরগী মফমদা লৌশিনবীরো হায়না নিজবা নত্তনা। ঝাহৌ হায়ববু করিসু নত্তে, মচা নিপাদা ইচম চম্না, — "হন্দক মরক্তি নপাবুংদু মং-হাদা তোহ্নিা উবগুম তৌই, চহিগী দিন অসিদি নপাবুংগা তিন্নজরম্বা অহল অমা অনিদং য়াওহল্লগা উৎসব মচা অমতং কৎনিংই " অসিখক্তং হায়রক্লবনি।

— "করি কান্নবা থবক চাউথোক্লুদনা বামনদা লুপা য়াংখৈদং হেক পিম্লগা কৎলু হায়ল্লগা লোইরে।"

মচানিপানা খুম্বা নংগ্রিঙৈদা মমৌনুপীনা ইমুংদগী ফৎ হাইদোরক্লুনা শৌ শৌ লাউনা খুন্নকপনি। মমৌনুপীগী ঈঙ্গিত ফংবদা মচানিপাসু, —"মদুনা ফরনি, ঐসু থবক য়াম্না চিনগদৌরি" হায়না হেক্তা য়াখিদবনি।

শেলগীদমক্তি মপুরোইবগী থবক তৌরম্বগী পেন্সিন ফংলিবনি। মদুসু মহাক্না লৌরুবা নত্তে মচা নিপানা শীজিন্নরিবনি। মাগীদি খুৎশী শোইখক্তনি তৌগ্রিবা। শীনবা লাংবা হায়রবসু মহাক মথক্তনা শীনবদা ওইশিংপা নত্তে। রেংলুগদবসু মমাই পাক্লোইদবনিনা মখা তারুদে, মপুক্লিংদি

ওন্থোকনা লেনখিদে। য়ারৌরবসু, মশানা মপুক মপাউ ফবা, মলোম থমগন্দবা মীতা ওইবনা খুদিংমক মরাইবক্তা তাইশিঞ্জদুনা অশাওবা ফাথনবা হোংনজে। ঙাইহাক্কী মতুংদদি মশানা তুমিন্না লৈথোকপা হৈনজদবা মীতানিনা মোরোক খরা থারিবদু মখোং থিনগে খন্দুনা মশুনুপী অতোনবীদা থৌদারুই।

— "ইবেম্মা, থাংজৌদো অমুক্তা লৌথোক্লু, মোরোকশিংসে মখোং অমুক্তা থিন্দোক্কে। নহান্না মতম হেন্দোক্লবনি"।

— "ঙম্মোই হনুবী"।

তথি তথি খুন্নন্নগা, য়াওইদনা চংখি। পাউখুমদুদা নেমথরুরবা অশাউবদু অমুক কাংখৎলকই। শাউবা হেনমনখিদুনা চৈরুখি।

— "হৈ, নমা-নপানদি য়ারক্লুবনিনা থকশি খাশি অমত্তা য়াওদ্রেনে। মসিবু উনা উনা অদুম্মক য়েংদুনা লৈবসিবু ...."।

— "করিনো ? ... ইমানা অসুক য়াম্না মী পক্কুনা ঙাংনিংলিবসিবু। উৎসব কংসি হায়বা য়াদবগী খৎনবা হৌরিবা ওইরিনিনে ?"

য়াহে লোইবা নংদ্রিঙৈদা মমৌ নুপীনা হান্না খুন্নকপনি। করিনো খুন্নুগদবা ! মমৌ নুপীগী মবুক করিগী খঙদনি, চহি লীনা লৈশাদুনা ময়ুম পানবা খঙদ্রকান্দা মখাগী অঙাং ফারগা লৈশিল্লকপনি। ফনা কুইনা মচা য়াওরয়োইদ্রা হায়না পাখত্তুনা লাইফম শুনা নিরবা কান্দা, ডাক্তর ময়াম তান্নরবা মতুংদা চহি ওন্দ-ওন্দনা মনম মনম পোকশিল্লকখিবনি। মচা নুংশিবদি অঙাওবীনা মচা নুংশি হায়বদুগা চপ হেক মান্নে। সনাহল, সনায়াইমা, সনাতোম্বী অসিনচিংবনি। মশানসু মাগী মচাদি সনাঙাক্তনি হায়জে। মীগী মচাবুনা মমাংদা তুবৎ চৎলবা ফাওবদা য়েংবদি লাইরদুনা লৈথোক্কুনা লৈবা ঙম্মী। মচাগী য়া ওইরবা শগোল নাহেবদৌনা মরোল ইশম শম্নদবমখে নোক্লদুনা মীঙোন্দা পাউ হেক তন্বদা মীনা তানিংলমগনি তানিংলম্লোই খঙদে। মচা লক্লবসু ইকাই শেঙ্গোই হাংই, ইমুংদা অহল-লমন লৈরি হায়বা খঙদবা মখে ঙাংনিংবতা ঙাংই। মশাদা থকশি খাশি খরা য়াংলি, মতম চুপ্পদা এনা মহেল্লে হায়বা নাপল অমা শাগোম্লে। লুহোংলকপা হেক নোংঙাম্বদা চাকখুম তোঙাঞ্জরবসু পুন্না লৈমিন্নরিবা মচানিপা অহলগী ফাউবা "ইচে, ইতে হায়দনা মীগী ইমুং হায়বা য়াহে শীজিন্নবা ঙমগ্রবনি।

তুমিন্না ঝা মথা তাক্কদনা লৈবা তাখি। খুন্নুনবগী থৌনাসু লৈত্রবনি। মপুরোইবনা লৈরিঙৈ মতমদদি খুদিংমক মশানা শীঞ্জরমবনি। ঙসিদি মশাগী ময়ুম অসিমক্তদা মীতোপ থুংলবগা পাংথক ওইরে, কনানসু মাগী মবা লৌবিদ্রে। মচা পিবা অনি, নিঙোল অহম পোকচববু কনাসু লৈজদ্রবগুম ওহোক্লা তরক তরক্কে। মচানিপা অহলসু তোঙাল্লা লৈদ্রে। মচানিঙোল মখৈসু ঙম্মা ময়ুম পানদ্রে। মহাক্লা ময়ামদগী হেল্লী খঞ্জরুবা খাইদগী লুনা তৌবা মচানিপাগা লৈমিন্নগনি হায়বা ঝারেপ মশানা লৌজখিবনি, মপুরোইবগী অপাম্বগী মায়োক্তা। মহাক্লা খঞ্জখিবা খুদিংমক তায়োন্ননা থোক্করে। তশেংনা অঝাবগী মশক ফংনা নিংবা কায়দ্রে। অদুমক ওইদুনসু মপুরোইবনা অরোইবা স্বর হোনখিবা মফম অসিদা মহাক্কী পুন্সিনা লোম্বা কাউবদি লেনগ্রগে হায়বা ঝাথলদা পেন্দবা কয়া খাংদুনা লাকলি।

নোংমা নিনিগী মতুংদা মচানিপা অহলনা অমুক্তা চংবিরকউ হায়বদগী চংলুই। হেক চংখিবদা হায়রকই, —"ইমা, পাবুংগী দিন য়ৌরক্লম্লগনি করম তৌবিগে খল্লিবা"?

— "হুন্দক্তি লাইদা সিধা অমত্তং থিল্লগা তোক্লগে খল্লিবনি। ... হুন্দক্লা লোইগদবসু নত্তে।"

লৈমিন্নরিবা মচা মমৌগী য়াকা য়েংলগা খুমখিবনি। নুংদদি মথম্মোই পুঙমদবমখৈ চৈনা ফাওরি।

— "ইমানা শুম কৈ হায়বদু অদুম্মক তৌসি। ঐদি পুংশম হেক শমজিনখিবদি পামদবনি। চহি য়াম্মা কুইখিবসু নত্তে, ... নিংঙোল মখৈনবু য়ারক্কদ্রনে ?

— "ননাওনিপাসু থবক খরা চিনমাল্লে"।

— " অদুগীদি গোবিন্দগীদা নত্তগা রামজীপ্রভুগীদা কংলবসু য়াগনি। ... হনুমান ঠাকুরগীদসু য়ারে হায়বগুমসু তৌই। ঐনা হেক পামজবদি পাবুংগা লুনা তিন্নজরম্বা অহল অমা-অনিদং হায়নিংবনি। ঐগীসিদা তৌগে হায়বসু ঝা য়াম্নরক্কনিদো ...।"

— " ইবুংঙোচৌবা, হুন্দক্তি তোক্লসি, ইমানা য়ানা লেপ্পবনি "।

— "বোবোক চা "।

মশুনুপী অহনলি। চা লৌরগা নাকন্দা থম্মী। নুংশিনা য়েংলগা নোক্রদুনা হায়রকই,

— "ইশুনা লোনবা চাশি হাওগ্রবনিদা"।

পিক্লিঁঙেদদি মশু-মবেন পুন্না হিপমিন্নরম্বনি। ইহান হান্না ফগুজবা মশুনিনা ওহোক্রসু নুংশিজগ্রবনি। ইংখোল অমত্তদা লৈমিন্নে হায়দুনসু ঙসিদি কয়াদা লাপ্পরবা। মপুক্লিং খংনুং নুংশিরক্লুনা মপি ইরা চেপ্পকই। মচানিশা উখিনি খন্দুনা ফিজিনা মমাই নাম্ভোকপা শাদুনা লোম্না তৈথোকই। মমাগী বারেপ অসি মনুংদা বাফম খরা লৈবরা হায়না মচানিপানসু চিংনদবদি নত্তে অদুবু মনাও নিপাগা খন্নরবা মতুংদা লেপ্পবা ওইরমগনি হায়না খল্লদুনা য়েংলুদরে। মমানা মনাও নিপাবু কা হেন্না লুনা তৌই হায়বা খঙলিবনি। মমানা ফোংনা মীচং চংমম্বদগী মীচং মীখায় নাই হায়দুনা বারৌখিবদগী মমাগী বাফম অমতং লাকপদা মনাওনিপানা অপাম্বদা তৌগ্রসনু হায়না বারেপ লৌখ্রবনি। মপাবুংনা লৈখিদ্রবা মতুংদা হোংলক্লিবা ময়াম অসি মহাকতি খঙদবনিনা মহৌশা মহৌশাগুম মখা তানা য়েংলকখিদ্রে।

বাহৌ অদু মতাং অদুবাইদা লোইশিনবা য়াখিদে। লৈমিন্নরিবা মচানিপা অমসুং মমৌনুপীনা মখোয়বু ফত্তবা তাহল্লি হায়দুনা য়াম্না ইশৌ লাংখি। মমৌনুপীনা, — "মীগী মমাংদা য়োনগদবা ওইরবদি অশোমলোমদা লৈগ্রো" হায়না ফাউবা পন্দুনা ঙাংখি। তুমিন্না লৈহৌবা নত্তনা মমৌ নুপীদা খুম্নুনবগী থৌনা লৈখিদ্রে। মচানিপাদা হৌদোক্লুগদবসু মমৌনুপীদা বাহে অমা ফাওবা হায়জবা ঙমদ্রবা মীতানি খন্দুনা আশা তৌরুদ্রে। মহাক্লবু লৈগে খল্লবদি লৈফমগী অবাৎপা নত্তে। মচানিঙোলশিংনসু মখোয়গা লৈরসি হায়না কয়ারক হায়খ্রবনি। মপুরোইবনা পুন্সি মতোন লোম্বা ফাউবা লৈখিবা মফম অসিদা পুন্সি খমল্লগে হায়বা বাশক অমনা পুন্দুনা থমখিবনি। মমৌনুপীনা নিংথি নুংঙাইনা তৌদবসিনা মশুশিংনসু মহাকপু উশিৎপিদরে। পাখোন অমতং হায়রুবদা করেম কথাইনরদুনা লক্লরবা ফাউবদা তুমিন্না অশাউবা ফাজিন্দুনা লৈরক্লবনি।

হাওা কাংদনা থোকলিবা পুক্লিং নুংশিবা থৌদোক ময়াম অসিনা মহাক্লী থম্মোই অশুক্লী মতিক শোকহনখি। হিংনিংবগী অপাম্বা অমুক

লৈরক্নে। থা অমা অনিসিদা মশা খংশোক শোকচিনগ্নে। ৱাখলনা নুংঙাইত্রবদা পাক্লনা কয়াম্ন কুইনা খাজনি মঙ শোক্লবা উপালগুমলে তশেংনা শোল্লবী হায়বদু ওইরক্লে। শোঙিল্লক্লবা মতম অসিদা মপুরোইববু তোইনা নিংশিংলকই। মতম অমদা মপুরোইবনা হায়খি, — " অঙৌবী, নংননে ইচাশিং ফাওবা অচান মীরাই হেক খায়। নুংশিবা হায়বসিদি থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমনি। চিন্দা হায়বদি অরাইবনি, নুংদা লৈরিবদুনি উনবা হোৎনগদবদি"।

মপুরোইবনা হায়রল্লীবদু কয়াদা চুল্লল্লবা, মতম অমদা মাবু য়াম্না নিংবা মান্না উহন্নবা ঙাংস্ত্রিবা শকস্ত্রিবা ময়াম অদু লোইনা চিরোল ওইরল্লে। খুদিংমক মরাইবক্তা তাইনজদুনা মচা মমৌবু ঙাকপীনবা হোৎনরকই। করিগুম্বদা খাংবা ঙল্লক্তদুনা শাপ-নুং তৌরুগদ্রা হায়না চিংনজবদগী য়ারিবা মখৈ অশাউবা ফাজিন্নবা হোৎনৈ।

ৱাখল নুংঙাইতবা ময়াম অমা খন্দুনতা লৈবসিনা হন্দক মরক্তি য়াম্না তোইনা কোক চিকপা হৌবগুম তৌরকই, চানিং থক্লিংদবা ফাউই। চানিংদে হায়রুরগা তোপ তাদুনা নাবসু নত্তবনিনা মরাল পীশিন্দুনা খৎনবা হৌরক্লনি খন্দুনা ঙমদ-ঙমদনা ঈরুজরুবনি। নিংথম চনবগুম তৌরকপদুদা নুংশাদা শুমাংদা ফল্লগা মখুৎ অনিনা মচুবা অনিদু কন্না পায়শিন্দুনা মকোক চিকপা খাংলগা মমৌ নুপীদা হায়রুবনি,

—" নুপীমচা, ঐগী চন্দল লুবাক্তু অমুক্তা কনাদনো পুথোকহল্লকউ, ইমাবু ... "।

খংপ্রেক খংই। মমৌনুপীনা লুতোন্দা লাক্তুনা লাউহংলকই।

—" করিনো ? ... অহল ওইবগী চুম্না চুম্না হায়বা য়াদ্রা, খুৎকা লোন্নরদুনা তৌরিবদুবু ? ... ইমাগী মঙংশিদি য়াম্না হেনমনগ্নে। মীনুখাং ওইনা হেক তৌরদনা।"

ভাব তারকই, কোক চিকপা খাংবগী চুবাদা মেৎলম্বা খুৎ অনি অদু মমাংদা মাই মপাদা থম্বদুদা খুৎ লোন্নরগা হায়রক্লবনি হায়না লৌদুনা মরাল পীরিবনি।

করিনো খুন্নুগদবা, অদুক য়াম্না পুকচেল কত্তনা খনগ্নবদা ? খুমগে খনখিদ্রে। তুমিন্না লুকথদুনা লৈখি। খুন্নুরবসু হেন্না হেন্না মখুৎও মশাও চোংশিল্লক্কুনা কৈরোই লৈকাইনা কুম্মে ওইনরগনি। লুহোংবা নুমিৎকী মনেম্না কোন্দুনা পুশিল্লকপগী ওয়্যোক্লা নুংশিপ্রবা তানফম অদুমক্তসু মঙোন্দগী হান্না থোংজিন কানশিন্নবা হোৎনবদা মখোংগা লোইনা নেৎখাইরল্লিবনি। পোৎলোইদুগা করিগা চোংশিল্লকপা ফিভমদু ব্রারিনপ্লবনি।

ঙাইহাক তুমিন্না লুকথদুনা মীৎ উইশিন্দুনা অশাউবা থাংলুরগা তপ্না ঙক হাইগৎলক্কুনা অহাংবা অতিয়াদা য়েংলুরগা লৈথরক্কুনা অকোইবদা হৌরিবা উপাল ব্রাপালদা তাম্না য়েংলুই। নাকেম্ভাগী লোইরমদাইনি, মরু ইকোক কোক্লম্মী। হিংলিবরা নত্তগা শিরবরা অমত্তসু খেন্নদনা উরি। খল্লকই, হিংনা হিংনা শিরবা মাগী পুন্সিগা করিদা খেন্নরিবগে ? উপালশিংগীদি য়েন্নিংথানা লাক্লগা অনৌবা য়েন্নিং হুল্লনি, মহাক্কী পুন্সিদি কংশিল্লক্লিবা উপালনি, অরোইবা পম্বুংদনি তাল্লিবা। মখা তানা খম্বুবা ঙল্লক্কে, মকোক ঙাউরকই মমিৎ তন্দন পাইরকই। শুমাং ময়াইদুদা লোংনা হায়থরকই।

জ্ঞান তারকপদা মচা মশু ময়াম্না ইকোই কোইনা ফমশেন্নদুনা লৈরমই। কয়াম কুইনা ব্রাখল মাংলুরবা নিংশিংবা ঙমদে।

— " ইমা খরা ফরবরা ?"

কনানা হংবনো লাকশিনবা ঙমদে। মচা নুপীশিংলা মমৌনুপীরা অমা ওইরমগনি। শোন্না য়াম্না ব্রানা খুন্নবা হোৎনখি।

— " উম "।

মচা মশুশিংগী মাইথোংদা নুংঙাইবগী মমি তারকই। কোইলে লৈদুনা মচানিপা অহলগা মমৌনুপীগা থিরকই। লাগুক্লা লেপলিবদু উরকই, মমৌনুপীদি মচা নিংঙোলশিংগা মনাক্তা নক্লা লৈরম্মী। মচানিপাগী মাইথোংদা মুন্না য়েংলুই। মমৌনুপী অহলগী মাইথোংদা অমুকসু য়েংলুই। মখোয় অনিগী মাইথোংনা ময়ামদগী তোঙাল্লি। চুম্মী, মপুরোইবনা হায়রম্বা, "নুংশিবা হায়বসিদি থম্মোয়গী ওইবা ব্রাফমনি। চিন্দা ঙাংবদি অয়াইবনি, নুংদা লৈরিবদুনি উনবা হোৎনগদবদি।" ❑

# অতেবা ষঞ্জাওদুনা মচি ফেংলক্রবদা

মমাংদা তাদুনা লৈরিবা ফাইল অদু কয়ারক হল্লা য়েংলে। থোইদোকপা অশোই-অরাক, চিথ-নাম্বুহৌবা লৈত্রে। ইখংলক্লীবা নোটশিং অদু হঞ্জিন হঞ্জিন পাবদা চিস্ফা পুরে হায়বা য়ারে। এপ্রুবেল হেক পীখিবদা লোইরে ক্লোজ তৌশিনখ্রগদবনি। পেন্দবগী হায়রুরবদি ফাইল অসি মাঙহনখিবনা মতিক চপ হেক চাবনি হায়না মবুক্তদি ফাউরি। খনবা মখে খল্লগা ফাইল অদু শুমজিল্লগা ইস্থোক্লুনা থমখি। চৌক্রিগী নমঙাদা ঙাথরগা মমিং উইশিন্দুনা অশাংবা নিংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোকখি।

কিশোরচান্দ হন্দক্তা মেনেজিং ডাইরেক্তরগী ফম অসিদা কারকপনি। ওফিসার মচা অমা ওইনা চংলকখিবনি, ঙসিদি ডিপার্টমেন্ট অসিগী মকোক ওইররে। য়াম্না নৌনা চঙলকখিবনি, য়াম্না মশা খিংনা থবক শুবা পামজবা শেঞ্জা থুমজা পামজদবা অচুম্বা চৎচবা মীওই ওইরকই। অশেংবা অচুম্ববু পামজবা মীওইদি মতম অসিদদি অতোন অত্তা মীচং লৈজদবা কাংবুগী মরুপ ওইবা তাবনি অমরোমদা লাম্না শক্তি পায়নিংবা খরগীদি য়েক্লবা ওইনা লৌবা হায়বসি মহৌশানি। মদুমক কিশোরচান্দগী পুন্সিদসু থোকখি। মহাক্কি থৌনা লৈনা, মথৌ মশক খঙনা থবক শুজবা অসিবু লাম্না উহন্নবা হোৎনবা, মহাক্কী অশোইবা থিদুনা ঙাংবা মীওই খরসু থবক তৌমিন্নরিবা মরক্তা থোরকই। মখোয় ময়াম অদুগা খুৎপু শেমগৎলক্লিবনা মহাক্কী হেক মথক্তা লৈরম্বা ডিপুতি ডাইরেক্তর বীরমনিনা ওইরম্মী। চহি অমরোমগী মমাংদা মহাকসু মতম খরা মেনেজিং ডাইরেক্তর ওইনা চার্জ পুরম্লগা থবক্তগী

পোংথাপ্রে। মহাক্না ডাইরেক্তর ওইনা প্রয়োসন কাল্লবা কাউবদা কিশোরচান্দবু ডিপুটি ডাইরেক্তর ওইনা চার্জ পীখিদে। মদুদে হেন্দোকুনা অশোয়বা থিদুনা মরাল শীনবা কল্লা হোৎনরকপা উবদগী শাউনিংদুনা থবক্তগী পোত্থারগে হায়না খল্লকপা মিংকুপ কয়া য়াউখিবনি। মহাকপু নুংশিবা কাংবুনা কল্লা খাম্মনবদগী তোকহৌদবনি। ওসিদি বীরমনিগী থবক তোক্তিকৈঙদা লৈহৌবা এরিয়ারগী শেনকম মচিং খরা ফংবা য়াবগী মতাং অমা লাকপসিদা মখুত্তা তাররে। মহাক্কী কাইল অসি নমশিন্দুনা থমজিনবা নত্তগা অশোয়বা থিদুনা য়াম্না খোইদৌ শাউগংহনবা য়ারবনি। মীনা ফংলমক্রগা ঐসু হেক্তা তৌরগদ্রা, হৌনদবা থবক্তি হায়বা ব্রাখল অসিতনা পুম্দুনা খুৎ থাদনা লৈরকপনি।

মমাংদা থবক্তগী পোত্থাখিবা কর্ম্মচারী খরসু যেংনম্রে, মখোয়দি য়াম্না চিংলেম্না ময়ামদগী বিদায় লৌরগা পুক্রিংগী অব্রাবা ঈহল খুদিংমক লোংশিল্লগা চংখিবা ওক্তি। মহাক্কীদি মদু নত্তে, ওহ্নোক্তা চংনিংদনা চহি অসি খরদং নৌথোকপা য়ারল্লবদিকো হায়না তকশি শোন্দুনা চংখিবনি। ফিয়ারবেল মিটিংদা অফবা শারদুনা হায়রকপা, "অশোয়বা কয়া লৈখিরল্লবসু ময়াম্না ব্রারৌবিনু" হায়বা ব্রাফম অদু তাবদা য়াম্না নোকনিংখি। ফনগৎলম্বা মশোং অদু তুকথরদুনা মীনুংশিনা থল্লবা অশেম্বা মীনোক অমদি ব্রাঙাং কয়ানা লৈতেংলদুনা সীমপেথি নিরকপদুদি, তৌশিন্নবদু লোংপা ওমখিদ্রে। ময়াম্না মচিন খুমদুনা নোক্লখি। মশাদি খওজরমদবসু য়াই।

নোংমা লুহোংকম অমদা কিশোরচান্দগা থেংনবদা হায়ফেৎ পল্লকখি, —"ইবুংঙো, ঐগী এরিয়ার মচিং খরা ফঙগদবা লৈবদু খরা থুনা পামপ্রেদা। ঐবু হুন্দক্তি শেল চিনমনখিবনা তৌফম অমা খঙদ্রেনে"।

— ফনি, য়েংজরক্কে। ঐঙোন্দা য়ৌরক্লিনে, কনাদা নমশিন্দুনা থমলিবনো অমুক্তা থিগৎখিগে।

মবুক্তদি নংবু মীগী খোইদৌ শিক্লগা য়াম্না পেনখিবদায়নে হায়না খল্লি। বীরমনিনা মখা তারকই,

— ওফিসতি নিংথিনা চংথরিদনা, হান্নগী প্রোজেকশিং নিংথিনা মখা চংথরিকো ?

কিশোরচান্দগী মবুক্তা য়াম্না হৈনিংদবা ফাওই, অদুমকপু খাঙজিন্নগা খুমখি,

— লোয়নমক চংথরি, মপানগী ফন্দ থরসু ফঙগদবা নৈরে। তাম্মোখোয়দি ফক্কসনকাসি অমত্তা লেংবিরকখিদ্রে, শংলবদি থরসু য়াওবিয়ু। ঐখোয়দি পেন্দযকা লৈম্নবজাংলা হায়না খঞ্জরিবনি।

অশেংবদি ইনভাইত য়ৌহল্লদবনি। খঙজিন্নদনা হংবনি।

— ইনভাইত তৌরক্তবগী ঐদি শাউরিবনিনে। নংনা থরা শেন্নরগা য়ৌহল্লক্লবা শীল্লকউ। নংনা খঙলিবদুনি অঙাংশিংদুদি য়াম্না চেকশিন্দবনিনে।

— ফনি মতুংদি ঐ য়েংশিঞ্জরক্লগে। তৌবগীদি খুরাইবুংঙো বীরমনিগা তাম্মোগদি মিংসু য়ুম্নাকসু মান্নবসিদা পুল্লপ পীশিল্লম্বগুম অমা তৌরম্লগনি।

— অদু ইবুংঙো লম্বী বাদি ওইরে, হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রে হায়নসু খনগনু ইয়াম্বগী এরিয়ার মচিং খজিক্তং লৈহৌবদু নত্তবদি উপায় লৈত্রে হন্দক্তি নয়াম্বা শেল ওম্বোক্লা চিল্লে।

— ইহে, ওম্বোক্লা বারৌরম্বা তারে। তাম্মোগী ফাইলদু উবদি উপ্লবনি, কনাদা নমশিল্লীবনো হায়না অমুক্তা থিখিগে। নহান্না ঐঙোন্দা হেক নিংশিংবিরক্লম্লবদি ফদৌনি।

অশেংবগীদি মাগী তেবলদা তাদুনা লৈরক্লীবসি কুইরবনি। ফাইল নমশিনগনবা ওফিসারসু নত্তে। হন্দক্নী মতাংসিদদি তৌগে হায়বা অমা য়াওনা নমশিনবনি। মাগী পাউখুম অদু তাবদা হরাও হরাও লৈহৌই। কিশোরচান্দদি ওফিসতা অমুক্তং হল্লুদবা য়াদ্রে হায়দুনা পোৎয়েং পীথোক্লম্লগা থুনা হল্লকখি।

হাপ্তা অমরোমগী মতুংদনি, একাউন্টেন্টনা থওইনা চংলক্লুনা ফাইল অদুগী মতাংদা হৌদোরকই। একাউন্টেন্ট চন্দ্রগা মখোয় অনিদি য়াম্না য়ানরম্বনি, শেল থুমগী মতাংদা হৱী জাবী য়াম্না হৈনবা মশেন্নি। মতম অদুদদি চন্দ্রসু কেশিয়ার ওইরম্বনি। মখোয় অনি মায়-মায়দুনা শেল পীথোক পীশিন্দা খুজুরু মুজুরু থম্না লৈখিবনি। মপুক্তদি খল্লি, "নুংশিদা মাগী গুরুনিনা

হংলরিবনিদো।" কাইল অদু থাদেক্লগে খল্লস্বদু মমাংগী থৌদোক অমা হেক নিংশিংলক্লুনা খংতন হেক তম্বুরকই।

নোংমা করিনো ফক্কসন অমগী শীজিন্নগদবা শেনকম অমগী মতাংদনি। এমাউন্ত খরা পে ওয়দরগা লোইননা পিওন থাদুনা লৌহন্নুবনি। পীথোকপ্রে হায়রকপদুদা শাউনিংদুনা মাগী কাদা কৌয়গা হংখি,

— চন্দ্রবাবু পে ওরদরদি ঐঙোন্দা লৈরে, করম্না পেমেন্ট তৌবীরিবনো ?

— ডিপুটিনা দ্রো তৌখিবনি, ঐনা করি হায়রুনি।

করিসু থওইদনা খুল্লকপনি। অচৌবনা চাল্লবনি হায়বগী ৱাওই থৌওইদবদু লোৎশিনবা ঙমদে।

— অদুদি পে ওরদর য়াওব্রবসু পীথোকখিবা তারেনে ?

— খঙদ্রে হায়নবিয়ো অচৌবা মশেল।

য়াম্না থৌ-ৱা শাদনা খুল্লকই। কিশোরচান্দ অশাউবা ফাথবা ওন্নক্তে।

— হুম ! পে ওরদর য়াউই য়াওদে অদুখক্তা হায়য়ু ?

— ঐখোয়দি ওরদর ইনবনিনা ...।

— ফরে মতুংদদি কনানা দিল্ট তৌগদবনো হায়বা খঙনা তৌবিয়ু। অদোমসু সেক্কসন ওরদর কপি ফঙলমগনি।

— ঐখোয়দি ওরদর ইন্দবা ঙমজদে। সারনা হায়নবিরুরো।

মুক্লুনা থোকখি। মখোয়গী সেকসন্দা হেক চঙখিবগা ময়াম ৱা লাউনা নোক্লকই। পাউ তম্বরগা করেম কথাইনদুনা নোকপা ওইরমগনি। মখোয়গী মমিত্তা নিয়ম হায়বদু অমত্তা উবা ঙমদে। অচৌবগা য়ানরি হায়বা ৱাফম অসিমতং চিনফা ওইনা পুই। ময়েক্কী হায়রুরবদি সার্ভিস রুল চেকশিন্না ইনগদবদি একাউন্ত সেকসন ওইগদবনি। মদুগীদমক ট্রেনিং ফঙলবা মীওই ঙাক্তনা মপুংওইনা থল্লীবনি। শেল খরগীদমক মথক থোংবা ওফিসারনি

হায়বা ফাউবা কাউদ্রে। শেল অরেম্বা খরা অদুগী য়াম্না চোম্না হোংনরকপদুদা শাউনিংবদি লাইরদুনা নোক্লিংবা অমা ফাউরকই। ফাইনানসিয়েল ইয়ারগী একাউন্ট ক্লোজিংগী মতমদা কিশোরচান্দনা থেংনগদবা পেমেন্ত খরদি নমশিন্দুনা থম্লগা নংহন্দবা হায়বসি চহি অমগী অমুক্তং য়াউদ্রবদি মখোয় লৈফম খঙদে। অসিগুম্বা থৌদোকসি য়াম্না তোইনা থোকমল্লদুনা মমৈদদি হৈনরকখি। মান্নরুদুনা কান্নদে খল্লদুনা মতুংদদি শক মান্নরুদ্রে।

থা অনিমুক্কী মতুংদা নোংমা চন্দ্রদা হংলুই,

— তাম্মো বীরমনিগী এরিয়ারদুবু পীথোকখিদ্রিবা নত্রা ?

— পীখিদ্রি। নারুবদগী পেরালাইজ তৌরে হায়বগুম তৌই। চংথোক খোংতোকপা ঙমগদবা মান্দ্রে হায়না তাই।

— কমদৌবা জাৎনোনে ! ওম্বোকনা নুংঙাইত্রেদা নোংমতং হংলুসিরা ?

— বি.পি. স্ত্রোক ওইরমাল্লে। মচাশিংগসু পংখত্তা খৎনরমাল্লে। মচাদি নিংথিনা শেমদ্রবনিনা অফবা অমত্তসু য়াওদ্রে। ওম্বোক্না নুংঙাইতনা লৈরমাল্লে। খৎনবগী বাহৌসু মচানিপা অতোম্বদুনা মোটর বাইক লৈদবগী ওইরমাল্লে।

— খঙদেদা হৌজিকালগী অঙাংশিংসিনা মপাগী ষষ্টীদা ঙাম্বক য়েনবা ঙাক্তা ওইনা তৌরদনা। মখোয়না হায়বা ঙাক্তনা অচুম্বনি হায়রবা অসিদদি মমা মপা ওইবশিংদি মৈথক্তা ঙৌবগা চপ মান্নরবনি। হায়দা হায়জিল্লুরগা য়ুম থাদোক্নুনা চৎপ্রগে, লালহৌবা য়াওপ্রগে হেক্তা হায়বসিদা তৌফম অমা খঙনদ্রবনি। ... অদু অহলগীদু অমুক্তা লোইশিনখিসি।

— ফনি। হৌজিক ফাউবা পেন্সিনসু য়ানদ্রিমাল্লে।

— তৌরমগনি, মাগী পীথোকপা হৈনদবদুনা — লোইশিন্দবা ওইরমগনি। ঐহাকসু মানা য়াম্না থিনা লাক্লরম্বদুনা খরা হেক থওইরুদ্রে। নংসু খঙলিবদুনি, ঐনবু হায়রবদি য়েংলগে হায়দুনা মতম চুপ্পদা লৈম্লবনি হায়বা ? শাওরোই হায়বসি ঙমখিদ্রবনি। মাগী শাজংতা ঙমই হায়বগী মতাগুম তুহংপা অমা য়াউখিবনিনে।

— অদুবুদি চুন্নবসু, মীঙোন্দা শাউরগা ঐখোয় সান্নদি ঐঙোন্দা ফাউবা য়াউরবরা খঙ্জিনবনি।

খুদোংচাবা লৌরগা চন্দ্রসু মশাগী বাফম য়াউশিল্লকই। কিশোরচান্দনা মবুক্তদি খল্লি, “ওম্বোক্রা থুনা তেরেদা, নংনা মুঙ্মুনা খোকখিবদু কুইহ্রিদা”। অশাংবা নিংশা অমা চিংশিল্লগা তপ্না হায়রকই,

— নখোয়দদি করিগী শাউরনি। মীনা মীবু দন্দি পীবা হৌনদে ওমগদবমক লৈরবসু। মদুদি ঈশ্বরগী ওইসনু।

একাউন্টেন্ট চন্দ্রনা খোকশ্রবা মতুংদা বাখলদা লুপতুনা লৈহৌই। কনশিল্লস্বা থম্মোই নৌথোরকই। ❑

# পুন্সি অমগী য়াচংলকপা

নুংশা মরক্তুদা য়ানা হনজিল্লকপনি। থোংজিন হেক কানশিনখিবদা সুনিতানা য়াম্না লাংতক্লনা হংলকই,

— করম তৌরে মখোয় তাম্মো, য়াওদি য়াওহৌদ্রবা নত্তা ?

— উম, অশিবা মরক্তুদদি য়াওদ্রে।

— ফবেদা, অদুদি মখায়োমগী ইনেদা অদুমহায়না তন্নুরগে। ঙশাইমখে মখোয় তাম্মো লাকপা য়াম্না ঙাইহনবনি। চৎখিবদা ঙাইহ্নিবনি। ঙরাং নুমিদাংদগী হৌজিক ফাওবা চারা হেল্লিবা ওইরমাল্লে। চা লোনগে থকখো হায়বা ফাওবা য়াদবনি।

— খঙদ্রেদা তৌদৌরিসি, অমুক্তা হায়বিরু য়াম্না য়ারম্লনি। অমুক নারক য়েক্লক্তুনা তোক্লরনি। ঐসু ওফিসতা ঙাইহাক চংলুরে। অমুক হন্না চৎতবা য়ানবা ঙাইহাক লৈথরক্লবনি, অথুবা লৈরগা য়ুমদা পাউ শীরক্লবা শীন্নরম্লগা লাক্লবনি।

সুনিতাদু পরপ পরপ থোক্লুরগা, শৎ হঞ্জিল্লক্লগা, “ ঈরুজবিরম্মো, শেৎলুবা ফি-রোলদু বাথ রুমদা অদুম্মক থমবিরম্মু ” হায়রম্লগা ফিংনা অমুক চেম্থোকখি। ঐনা, “ ঐদি ঙশাই ঈরুজরগা চৎপনি, কুইরক্তনু ঐগী চাক শীল্লনবা তৌ ” হায়খিবদু তাখিবরা তাখিদবরা খঙদে চেনখিবনা হাল্লি। ভাব তারকই, ঐ মোগতা চৎলুরবনি, অমাং অশেং কনজম্লবা ! হেক ঈরুজদ্রিবখেদি ঙাংনবা য়ারোইদৌরি।

ইনে য়াথে ঐখোয়গা য়ুমলোন্নবনি। মচা নিপাঙাক্তা অনি পোকই, মপাদি তিন্নদে। ইনে, য়াথেগী পুন্সিগী ইতিহাসকী অঙনবা তাঙক্তী মচু মমেন কয়া থোক্লা য়েকপিরমদে, অমুবা দাগফম মচেং মচেং হাপ্পীরম্মী। হকপান্নরিবা মপুরোইবা অদুগী ময়ুমমক্তগী লল্লানবা নিপা অমগী মতুং ইল্লকখিবনি হায়নৈ। ঐনা পোকত্রিঙৈগী থৌদোক্লীনা কুপ্না খঙলুদে। মচা নিপা অহল অদুসু মহাক্কী মনাক্তা পিক্লিঙৈদগী অদুম্মক লৈরক্লে, ঐঙোন্দগী নাউরোন অমা খরা কল্লপ তৌনা হল্লি। ঐবু য়াম্না লুনা তৌজে, মনাওদা মনাওগুম শেন্নবিরকই। মনাও নিপা অদুদি য়াম্না অঙাংনি, ঐনা চহি তরামুক হনগনি অদুবু ঐনা ইথন্তা পোকপা ওইবনা মচিন মনাও অনি অসিবু ঐগী ইচিন ইনাওগুম্না লোয়নরকই।

তাদদু মশা মউ য়াম্না ফৈ, লাক্ল-ফানবা য়াম্না পামই, হৈবসু য়াম্না হৈ। মমান্নবা অয়াম্বনা মাবু হঙোয়নবা ঙাক্তনি। অদুবু করিগুম্বদা মমান্নবা মশেল খংনবদা "চেল্লকপা মচা" হায়না হেক পল্লক্লবদি খঙশোন শোহুখি। মখুৎ হল্লুবদি লাইরদুনা মমিংত্তা ইরা চেনবা মখৈ লুকথদুনা হল্লকই। মতম অদুদদি ব্রাহে অদুগী অর্থ ঐ খঙলমদে। ঙসিদি খঙলে, ব্রাহেশিং অদুনা কয়াগী মতিক তাদগী থম্মোয় শোকহনলমগদবা! করিসু খঙজদ্রিবা, মরাল লৈজদ্রবা অঙাং অমদা কয়াদা হক্লবা দন্দিনো ? চৈনা অদু কয়াদা ব্রানা খাঙলমগবা!

তাদসি লাইরিকসু য়াম্না ফৈ। ক্লাসতা মকোক মথং তাদুনা চৎলি। মানা পাখঙ মচা ফারকপগী মতাং অদুব্রাইদা ইনে রাথেগী মচানিপা অতোন্নবা ইমোচাসি পোকপনি। তাদগী পুন্সিদা ওহোক্লা হৈনখিদ্রবা থৌদোক্লী। অদুবু মায়াগী সংসারনি, তপ্না তপ্না মনাওগী নুংশিবগী লীপুন্না পুনশিল্লকখি। ঐখোয় অহমগী তোঙানবা সংসার অমা লৈরকখি।

কুইখিদে মনাও নিপা ইমোচা অসিনা চহি মঙা-তরুক হায়রকপদা মাম্মদো নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মঙলাক্লবনি হায়দুনা ফমুংদা শিদুনা লৈরমখি। মতম অসিদগীদি তাদগী মহে মশিং তম্বগী পুন্সি লোইশিনবা তারকখি। মাম্মদু উ শুবনা শিনফম ওইরম্মী লোয়নননা মৈতে লাইনিং অসিসু

য়াম্না পাম্না চৎলম্মী। মশম খাকপা বামন চৈবা ময়াম অমা মাপী সঙ্গনি। লৈকাইগী অঙাংশিংনা করিগুম্বা মতমদা "মাইফরে" হায়না লক্লবসু য়াওই। মদুদা খোইদোক্লা শাউরুদে, করিসু খল্লুদবগুম অদুম্মক লৈহৌই। করিগুম্বদা লৈকাইগী দেব-কর্ম্মগী বার্ত্তন লাকপদা পাংগা হিন্দুগী নিয়মদা লৈজবা কাংবু অদুবু চৈ থাংদুনা ঙাংই। মসিদি খরা তোইনা খোকপা থৌদোক্লী, নোংমগী বামন অমুক্তং পন্দুনা চৈথৌদ্রবদি চাক চংলক্লোই হায়বমক য়ারবনি। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী পাবুংগা হেক হেক মরৈ য়েৎনরকপসু য়াওই, চুম্না ফাগী ওইনা হংই, " অঙৌবা, নংনা অরিবা চৎনবী হায়রিবসিবু কয়া য়াম্না লীরবা চৎনবীনোনে ? করম্বা মতমদুনো নংনা হায়রিবসিবু ?"

মাম্মনা শকফমগা হনজিল্লদুনা খুল্লকই,

— ইপা ইপুনা চৎনরম্বদো, অদুনিদনা।

— অদুদি ঐখোয়গী পাবুংসু, ইবুধৌসু ঐনা চৎলিবা ধর্ম্মসি অদুম্মক চৎখিনা। নংনা হায়রিবসিবু আ-মথাই থাইনা ফি শেৎত্রিঙৈগী অঙম অঙম হাংনবীদুরনে ?

মাহংসিগী পাউখুম মাম্মনা অমুক্তসু পীবা ঙমখিদে। শাওনিংনা, "— তাদগীদুদি মরৈনি" হায়না খুম্বদগী হেন্দে।

পাবুংনসু শাওরে হায়বা খঙলদুনা মখা তানা খক হংলুদে। মখা তানরুদ্রবসু মাম্মদু মশানা মাইথিরে হায়না য়াজখিমাল্লে, মরমদি অহল অনিদু নুমিদাংমাইরমদদি ইভিনিং মাকিং অদুম্মক চৎমিন্নখি, খোইনা শাওনবগী মওং উৎনদে।

অসুম্না তাদদো ইমুং পুদবা য়াদবনিনা, লাইব্রেরি লাইশু তম্বা তোকখ্রে। চিংদা থবক শুবা চৎলিবনি হায়দুনা য়াম্না কুইনা হেক হেক চৎলি। থোক্লকপদা ইনেদা শেল থুম খরা পীরম্লগা অমুক হেক্তা চঙখি। ইনে মাথেসু কৈথেলদা মনা মশিং য়োন্দুনা হিংনবা হোৎনরকই। মচানুপা ইমোচাবু লাইব্রেরি লাইশু তমহল্লি। উচিন-নাচিন্না কলেজ ফাওবদি কারে। মনাও নিপা ইমোচা অসিদি তাদগা য়াম্না মাম্লদে। তাদগী য়াম্না চমজবা পুকচেল অদু মচেৎ অমত্তা য়াওদে, কা হেন্না কল্লক খমবন চাওই। ঐগী মীগী মাম্না খায়,

মানা ঙমহ্রিমখৈ য়াদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী লৈত্রগা মমান্নবগী মপোং মচৈ অদু শীজিন্নমিন্নবগী য়াফম মঙোন্দা য়াওদে, মীগী মপোং অদু করম্না থুগায়দুনা মাঙহনশিগে হায়দুনা খন্দুনা লৈবা মীওই ওইনা তৌই। পীক্লীঙৈদগী হৌনা মমান্নবগী শান্নপোং অসি মীনা উহ্রিঙৈদা নাপী শিংলক্তা খরা হুনজিন, ঈশিংদা লংথবনচিংবা য়াম্না তৌরকই। মহাক চাওরকঙৈদগী অদুক নুংশিননা লৈমিন্নরমম্রবা ঐখোয়গী ইমুংদা ফাওবা শিংনবা হৌরকই। তুংদা ঐখোয়বু ফাওবা করেম্নদুনা ঙাং-শকপা মীনা য়াম্না তল্লকই, ঐখোয়গী ইমুংনা য়া ওইনা তারুদবগী য়ানি। মমা লুপ্ত্রাবীনা য়ানা মনা-মশিং য়োন্দুনা থাক্লে, অদুগা মানা মী অমত্তা থানদবা মখৈ - ঐ মঙাইরে হায়না পংমুক্তা মুকই। হৌজিক মতমগী কলেজগী ছাত্র অমনা কয়া য়াম্নবু খঙগদৌরিবনো ? চৎনবী ওইনা মখোয়গী য়াখলদা চহি কুনবু লাল্লবদি অহল-লমন থানদবী মখোয়না মখঙলবনি, মখোয়না হায়বনা মচুম্নবনি হায়না খঞ্জবা মখোয়দুগদা সঙ্গ ওইগ্রে। ঐনা পুক্তদি খনখি মসিগী অঙাংসি মহাদা শোয়দনা মাঙবা তারেদো।

ঐনা খল্লম্না অদুমক থোক্লরে, ইমোচাদু মরক মরক্তা কুইনা কুইনা ময়ুমদা হঞ্জিল্লক্তবা হৌরক্লে। মশাকাদি য়াম্না নাল্লে, হেক য়েংবদা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা মশুকা মাল্লি, লাইরিক লাইশুকা য়াম্না তল্লবা মীওইবু মাল্লিনে। ঙাংথোরকপদসু ওহ্থোক্লা চুম্না চৎচম্রবা, মীয়ামগী খঞ্জবা, মপুন্সিদা অরানবা হায়বদো মশক্তা খঙদ্রবা মীওই অমনি হায়বগুম্বা খোহ্থোক অমা য়াওখৎলক্লে। মতম খরগী মমাংদা ময়ুমদা এঙাং হাওতবগী মমানা লৈত-লৈত থোংজবদু কাউথায়বা ঙম্লীবনি। মথিবোং য়ু তপ তানা থকচিল্লুরগা য়েন্নখাদা চুম্না ফমজবা ঙমদবা মখৈ হন্দোকপদু ঙরাং নহান্তনি। মদু নোংমা ফাদোক্কী য়াফম নত্তে, য়াম্না তোইনা থোকম্রবা থৌদোক্লী।

খরা লৈরগা তারকই, ইমোচাদু নহারোল নোংমৈ পায়বশিংগা সঙ্গ ওইরে হায়দুনা নোংমা পুলিস লাক্লুনা থিরম্মী। অদুদগীদি মহাক ময়ুমদা হঞ্জিল্লকখিদ্রে। ঐনদি খল্লি, মাগী শাজৎতুনা অশেংবা কাংবুগা তিন্নবা য়ারমগদবা মান্দে, অশাবা কাংবু ওইরমদনা তোক্লরনি। মরক মরক্তা অহিং

অথোংবদা ময়ুমদা চংলক্কুনা চাক চারবসু য়াওমাল্লে। মদুসু নোং ঙান্দ্রিংৈঙদা চংখিবা ঙাক্কনি।

ইমোচাগী হোংলক্লীবা শাজং অসিদগী ইনে য়াথেদু ঙসিদি য়েংবা য়াদ্রে ফিভম য়াম্না শোকচিনগ্রে। য়াখলনা লাকহৎখিদুনা অনা-শকপুনগ্রে, অহলসু খঙওই ওইশিনগ্রে। রেডিওদা নত্তুগা খবরদা অশি অনাগী থৌদোক, মোর্গতা অশিবা লৈরে, অদুদা নহারোলগা খুৎ থোক্লগ্রে নত্তুগা নোংমৈ কাপ্নখ্রে হায়বা হেক তাবগা অঙাওবীগা চপ মান্নে। ঐঙোন্দা অশেংবা অমত্তা খঙদোক্লুচো হায়বসিদা ঐসু য়াওনা অসুম্মক চেন্নদুনা লৈরিবনি।

"মখোয় তাম্মো, চাক চান্নবা তৌরসিরা ?"

সুনিতানা হংলকপনি। মহাক হল্লকখিবা ঐ উরুদে। ঙসাই মখৈ হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক ময়াম অমদা তাওদুনা লৈরুরে হায়বসি হৌজিক্তদা খঙলকই।

— উম ! .... ঙাইখো, ইনেদো খরা ইংথহৌরবরা ?

— অং, অদুবু অসুম্না সুম তৌরবদি কয়াদি মথোং চাররোইদবা জাৎনি। নোংমদি ঙাওদুনা চৎলকপা শোইদবনি। মনিং মমাং শম্নদবা য়াকাসু য়াম্না ঙাংই।

— অদুবু তাম্মোদুবু পাউ-ই অমত্তা তাখিদ্রবরা ? শেল থুম হেক হেক থারক্লম্বদুসু তোকপ্রমাল্লেনে ?

— থোক্লক্লরোইদা ! চহিমুক্কী মমাংদা থোক্লক্লম্বা অদুদা মচিন মনাও খোন খরা কন্নখিমাল্লে। ইমোচানা মীতোপ চংলক্কনু হায়রুরমাল্লে। কোনসম ইমুংদা অতোপ্পা শাগেনা চয়েংনররনু হায়রুই হায়ব্রা করিনো, ইতেদো য়া মখা তারমদনা অদুম্মক চংখিবা ওইরমাল্লে। লাক্লমই হায়বা ফাওবা তাক্লমদে, কোন্না ইনেনা ঐঙোন্দা কপতুনা তন্নকপনি।

— ওহোকপনিদা ! ওহোক্রো ফজদেদা, মথক থোংববু ইকায়খুম্নদ্রবা, মমামক্কী অয়াবা ফাউবা উবা ঙমদ্রবা মানসু মীনি হায়দুনা ময়ামগী মরক্তা তিল্লুরিবদুনি ঐনা ঙকলিবদি। মমা অসিনদি মপুক্কগী তাবা মচানিনা মাগী য়াখলদা তুম্বা চাবা চংদরি।

—হৈয়া ! ঙি ঋাওবা হোৎদোকপিগ্রিমাল্লে। .... ইরুজবা হায়দো কাওনিকো।

ঐনা খুমদনা তুমিন লৈবদুদা মথা তারমদনা চাকশংলোমদা চংখি। মখোয়গী ঋাফমশিংসিদা কাউথোক্লগে হোৎনরুরগা হেন্না হেন্না ঋাখলনা লুমথরকখি। ওহ্বোক্লা খিনা তন্নক্লবা মরাইবক হায়বদুনি, মীনোক মৈশা লাংনা লেল্লক্লবদা করম্বা নোংদম অমা অমুক তম্বীরমদৌরিবা পুন্সিগী য়াচংলক্লবা মতমসিদা। ❑

# থেঙনা লাকপা য়েম্বিংথা

গাড়ী খান্নগা খবর লৌগে খন্দুনা পেপর স্টোল লোমদা মাই ওনশিন্নদা ঙাইরি। তুংদা লাকহৌবা রিক্সোদুনা গাড়ীগী নাকচেপতা থেংবোই ঙাবোই তৌখি। দাগ অমত্তা লৈত্রিবা সাইত অদুদা খরা খোগায়বদু উবদা শাওনিংমনশ্লদুনা রিক্সো দ্রাইভরদুগী মঙকশম মপাগী ফুরিৎতু শুপ্লাই পাইশিল্লগা খুৎপাক্লা থাজিনগে হায়দুনা খুৎ অসি থাঙ্গৎলুরবনি। মমাই অদু ফিনা য়েংশিন্দুনা মশক লোৎনবা হোৎনরবসু য়েংলকলিবা মমিৎ অনি অদু ঐনা খঙই, শকফম অমা চোংথোরকলি। তশেংনা শকফম লাকশিনবা ঙমদ্রবসু,মমাংদা কয়ারক হন্না থেংনশ্লবা মীওই নত্তে হায়না চিংনদবা ঙমখিদে। ঐনা ম্না মচেং অমত্তা ঙাংলমদনা তপ্পা হন্দোরকপা অদুদা য়েংহৌরিবা মিং অনি অদুদা ঙাকপিয়ু, মাইথিরে হায়বথক নত্তনা তরংদা মংলানগুম্না চমম্লনা উপায় লৈতনা য়েংলকপা অদুনা তুমিন্না পুক্লিং ফাজিন্দুনা হল্লকহনখিবনি।

য়াম্না ম্বানা কোইথি থিরবা মতুংদা মাগী লৈফমনি হায়বা অমদা থুংলুই। রিক্সো দ্রাইভর ময়ামগী ভারাদা লৈফম ওইনা তৌবা মহাবলি কবুই খুনগী মতাই অমদনি। ওম্বোক্লা মওং তারমখিদ্রে। লৈথোকপা য়াবা মফম ওইরবদি মহাক শোইদনা লোৎকনি, ঐহাক্লা উনদনবা হোৎনগনি। ঐনা, "মী লৈরবদি অমত্তা থোকপিরকউ" হায়না কৌবদুদা মহাক থোক্লকপনি। ঐনা "ভায়" হায়না কৌবদুদা মহাকসু তপলপ্লা "ভায়" হায়না খুম্লকই। ঐখোয় অনি মিং কৌনদে ভায় হায়না অহল লমম্না কৌনহনখিবনি। ইমুংদা

চংলুরগা য়োরা অমনবা অমা পুখোয়রক্তুনা ঐগীদমক থাই। চংশিন্দুনা ফমলুই, মহাক্তী অদুম্মক লেপলি।

— কয়াম কুইরে শীনফম অসিদা চংবদি ?

পাক হেক খুন্নক্তে। য়াম্না তপ্পা অশাংবা স্বর অমা হোন্দোক্লগা খুন্নকই।

— চহি তরামুক শুরম্নগনি।

— ইমা পাজিদি কমদৌরি ? ... নংবু কদায়দনো লম্বাইদা হোংথরুরে হায়বদায়নে ?

— অনিমক লৈখিদ্রে।

— ও ! অদুফাওবা তাকলকখিদ্রবা। ... ঐঙোন্দা য়ারৌবা লৈব্রা ?

" হুম !" মহৌশাগুম মখুত্তু থাঙ্জত্তুনা নোককেং তৌরগা খাম্বদু তৌরকই। পুম্নমক হোংশ্রবসু মসিম্নদি হোংদনা লৈরম্মী।

— নংনা করি লানখিদুনা য়ারৌগদৌরিবা, ঙম্ম ঙম্মবা হোংনবদা হাইদোক্লবা মতম লৈতেদা। ... অদুদা নত্তনা ঐগী পোকফমনি হায়দুনা মফমদুদা লাক্কদবসি থম্মোয়সি পুবা ঙমদে।

নিংশা ফুইনা হোল্লী। মখা তারকই।

— হৌজিক ফাওবদা ঐদি করিগুম্বা মংদকা য়ুম কৈ উরবদি থাইনগী ঐখোয়গী ই গী য়ুম অমদি ইংখোলদু হেক্তা উই।

— অঙাংদি কয়ানো ?

— মঙা ... নিপা অনিদং শুজরবদি হায়দুনা তানবদা য়ামথোকপ্লে। লৈখিদবসু য়াওপ্লে। হৌজিক অহুম লৈরি। ... চা অমতংদি পিথক্লীংইদা ... নখোয়বু তারিবরা চা খরা লৈহল্লুনবা তৌশি।

— হুম, য়ারে চাদি থক্লক্লবনি তোক্লসি য়ানবনি।

ঙাইহাক তুমিন লৈনে। ঐখোয় অনিমক য়াখল তোঙান তোঙানবা অমমমদা উংনরম্বা য়াই। মাগীদি খঙলুদ্রে ঐদি মাগী মতেং করম্না পাংবা য়াগদগে হায়বরোমদনি। হিংবা হায়বদুদি অরায়বনি, অর্থ লৈনা হিংবনা অমনি। মাগী পুন্সি মরেল অসিদা পেছোক্লবদি ওইথোক্তে, হংলুই।

— ভায়, নংবু বি.এ. লোইশিনখিগ্রম তৌবদাই ?

— লোইশিনখি। সার্তিফিকেৎ তু মৈ থাদোক্লগে তৌবনি। মদু পায়রুবননি ঐনা অসি য়ৌস্লিবসি। ননাওনুপীনা মদুতদি তৌবিনু হায়দুনা মুলহৌবনি।

— য়াম্না ফয়ে অদুদি। ঐঙোন্দা পীরো থবক মচা অমা য়েংলসি।

কয়া থওইদনা করেম্না নোক্লগা হায়রকই।

— বা ! নুংঙাইহে। শেল পীনিংঙাই লৈতে, হৌরক্কনু।

মাগী নোকক্রেম হাগ্রেম্নবা অদুদা শাওনিংলুই। মাইথোংদা তান্নিবা পেন্দবগী মমি অদু উরুবদা শাওবা ঙম্লুদে।

— ভায়, নং য়াম্না হোংলে মহৌশাগা করি অমত্তা মান্নদ্রে। অদুমকপু ঐবু ফাওবদি শেমদোক্লবা শকফম ওইনা য়েংনবা হোৎনগনু।

— শাওরিরো ? নখোয় এরিস্টোকেত কাংবুদি মীগী অন্নাবা য়েংবা পাম্বদাইনে।

ঐ ন্না মখা তারুদে। খুমফমসু খঙদে। মসিবু ঐগী থাইনগী শাওবা হৈত্রবা ইংজল্লবা, ঐনা শোঙ্লু হায়না লক্লরম্বা ঐনা থরা শাওগনবদুদা শাওদনবদা হোৎনজরম্বা নিপাদুনিকো ! মহাক্লা ঐঙোন্দগী থা অমা অনিরোম হল্লি। মখোয় ইমানা "রাম-কৃষ্ণ" ফজল্লবা জুরানি হায়দুনা ঐখোয় অনিবু ওম্বোক্লা লুনা তৌজল্লবনি। ঐনা মখা তাদনা তুমিন্না লৈখিবদুদা মহাক ইংথরকই।

— ফয়ে নংনা হায়বদা ঐনা য়াখিদবা অমত্তা লৈখিদ্রি, অদুবু (শাওগৎলকই) লক্লবা, ফাগি তাহনবদি য়ারোই। ঐঙোন্দা হোৎনরি য়াদে। য়েংনা লোনবা শো ওইনা চিংঙগা য়েংইদনা, ... মদু তৌহৌদদুনা ঙসি ঐগী ফিভমসে ... উরেদনা ?

ঐ তশেংনা ঙকখি। মতম অমদা ঐখোয় অনি হকচাং তোঙানজরবসু থবায় অমত্তগুম্না লোইনরম্বনি। ঙসিদি ঐনা হায়বা ফাওবদা থাজদবগুম তৌরি। মতাংদুদা ইমুংদগী ইমোৎ মোংপা নুপী অমা থোক্লকই। মশম মনা

ইফা ফাই, তশেংনা মফমদুগী ঈশিং নুংশিংকা চান্নে। ও! অথিবা শকফমদি ওইরোই, অনালবা ফিজোল শেৎতুনা শক-নুং শেন্নবদি। মী অমা ফমলি হায়বগী থোইনা খোয়জংলুদনা শুমাংদগী ঈশিং য়াওবা এলুমিনিয়মগী বালতিনদু পুরগা চংখি।

— য়েংউ ঐগী হেমামালিনী .... বু ওমজরবী লাইরবী।

অহানবগী ৱাহৈশিংনা হৌনা হায়রগা মখা তারকপদি তপ্পা হায়রকপনি। মাগী মচিন্দগী অসুম্না ফাগি তৌরক্নি হায়বা থাজরুদে। মাদি ফাগি হৈতবনি। ঐ নোক্তবা ওমখিদে।

— ভায়।

করিনো অমা হায়গে তৌরম্লগা তুমিন্না লৈখি। ঐনা য়েংলুবদা নোকফেৎ তৌরগা মখা তারকই।

— ভায়! ... ইচাশিংবুদি লাইরিক তম্বা চৎলিব্রা হায়না ফাওবা য়েংশিল্লুদে। মীগী মচাবুদি স্কুলদা থিনবা মতম ওইরক্লে। ... ঐসিবু হিংলিবা হায়দুরা ভাব অমা তাশিল্লক্লে।

— নংগী চৎথোক্কদবা মতম ওইরে হায়বরা? ..... ফরে ঐসু চৎনবা তৌরগে। ঐনা হায়বা সার্তিফিকেৎতু পীরো। পাসপোর্ট ফোটো অমা অনিগা য়াউশিল্লকউ।

— হুম, হৌজিক তোক্লসি। ঐ কোন্না থিল্লকে।

— শোয়দ্রেকো?

মহাক শুম্লক্তে। ঐনা হৌগৎতুনা থোক্লকপদা লম্বী ফাওবা থিন্দোরকই।



হায়নখিবা মতুং ইন্না মহাক ঐনা হায়রম্বা চে-চাং খুদিংমক থিল্লকখি। উচিন নাচিন্না সবসটিট্যুৎ ওইনা এল.দি.সি. গী পোস্ট অমদা মহাকপু হাপচিনখ্রে। থা খরগী মতুংদা রিগুলার তাবা মানবগী খুদোং চাবসু ফংখি। মহাক মরক মরক্তা ঐগীদা হেক হেক লাকই মাগী হোৎনকলিবা

মরাইখক্তী মরমদা হরাওনা পাউ তমলকই। হৌজিকতি মহাক মশাগী ইংখোল মচেং অমা কোনুং মমাংদা লৈয়ে নোংমা অমুক্তা লাক্কুনা য়েংলো হায়রমই। ঐসু হোই লাককে হায়খি, চংপদি খক চংলুদ্রে।

ফনা কুইনা ঐখোয় অনি উনখিদে। ঐদি থবক খরগা চিনবগা মাগী মরমদা থোইনবু নিংশিংলুদ্রে। নোংমা মহাক্তী মচা ইতোন তোনবদুগী মনাহৎকনি হায়দুনা বার্ত্তন তৌরকখি। বার্ত্তন কাদু য়াম্না ফজনা নম্মী, মী য়াম্না তাক্কমগদবা মাল্লি। ঐদি ছুটি নুমিৎকা নত্তবনে চংখিদে। ঐদি মহৌশানা কয়াসু চংকন্দবনি। ঐগী হৈনবীনি। মরুপ মপাংগী থৌদোক হ্বাখোক্কাসি অশি অনাগী ওইরবদি শোয়দনা চংলি অদুগা মরম চাদনা কা হেন্না চাওথোকপা থৌদোকশিংদি কয়া চংকনদে। নিনিশুবা নুমিংতা ওফিসতা লাক্লগা মদুগী য়াম্না শাওনা হ্বাকংলমই। ভিজিতর ঙাইহাক লৈতনা লাকপদুদা কুইনা লৈরমদে, নোংমত্তংদি লাক্লবা হায়রল্লগা হ্বারৌরপ চংখি। মপুক্লিং নুংশিখিবদু উবদা মতুং নুমিৎ নিনি শুবদা করিনো ছুটি নুমিৎ অমসু ওই মখোয়রোমদা চংলুই। ঐবু উবদা হরাওনা চেম্বোরক্লুনা ওকলৈ। ঙাইহাক ফম্মীল্লরগা মতুংদা মহাক্লা হৌদোরকই।

— ভাই, ঐগী ইংখোলসি য়েংহন্নিংবগী হ্বানি, তৌবগীদি নখোয় অচৌ অশাংনা ঐখোয় কেরানী মচা মশুগা তিন্ননিংবা হৌনদে অদুনা নংনা অঙাং মনা হুৎপা লাক্তবগীদি শাওনিংবা পোক্কেদা।

— নশাগী ঙাক য়েংগনু খুদোং চাদবগীসু খল্লো, মীগী মরাল খক্তা থিবা হৌনদে।

— ফরে তোক্লসি, ঐনা নংঙোন্দা হংগে খনবা হ্বাফম খরা লৈরি। ঙসিদি ছুটি নুমিৎনিনা খরা কুইনা ফম্মিন্নগে খল্লি।

— করি হ্বাফমনো ?

— ঐখোয় অনি উনখিদবসি ঐখোয়না পি,ইয়ু, পাস হেক তৌবা মতুংদা নত্রা ? ঐনা চহি অমরোম্নগী মতুংদা য়ুমদা থোক্লকপদা নংদি লৱাইদা য়ুম হোংথরমলে। ঐসু থিরক্তে হায়বদি খনখি, ঙমখিদে। করিগীনো অদুক থুনা হোংলম্লীবদুবু ?

হৌখিবা থৌদোকশিংদু পল্লুবদা মঙোন্দা থোইনা নিঙমদবগী মমি তাবা উদে। ফাগিদুম তৌশিল্লকই।

— ঐবু তম্নদরনে , উনরকান্দদা খঙনিংবা মীতাসিদা।

খোঙ্ছোক্লা হোংলদনা লীলাগী দাইলোগ ঙাংবদৌনা হায়রকপনি। ঐনা পুক্তা খল্লি, মহাক লাইরবগী শেল থুমগী অবাবা চৈথেং অদুদি কোকপ্রেদনা।

— কোক হেক তম্লকউ, ঐখোয়বু অঙাং মচারো ?

ঐনা শাওরংননা চৈহৎলুই। মহাক্লা শকফম হঞ্জিল্লুরগা নোকমি নোকমি হায়রকই।

— নংগী শাওগনবদুদি হন্দ্রিদনা ! নংদি অঙাং ওইরিঁঙদসু শান্নমিন্নবা ফাওবদা ঐখোয়না থোইহিমখে য়াই। মীনা হেক থোইপ্রবদি মীচং মশেন্দা ওনশিন্দুনা শাওজিনবা ঙম্লীবনিদনা।

— নংগী ব্রারেমদো খিৎ তৌরনু, তম্মীংদ্রগা তোক্লসি।

— নংসিবু ডিপার্টমেন্ট অমগী ডাইরেক্তরনিকো, নখা থাবা ইমপ্লোয়ি ময়ামদুদি করম্না খাংলিনি।

— ওফিসনা ওফিসনি, য়ুম্না য়ুমনি চমফুৎ।

— লাল্লে, মদুমদি শুপওই ওইদ্রে। মীরু হায়য়ু। ঙসিদি নংগী ভায় লমহুইগুম্না পংলবা, কনাবুসু থাজবা লৈত্রবা কলিগী লম্লোইবনে। ঐগী লাইনিংদি শেলতনা অখোইবনি হায়বসিনি। শেল ফঙ্গদবা থবক্তু ঐঙোন্দদি পুণ্যগী মশক্লী, শেংলবা কর্ম্মনি।

— ফরে তোক্লসি নঙোন্দা সেরিয়সনেস হায়বসি লৈত্রে। পুন্সিবু ফাগিরো ? তানিংদবা লৌবা য়াদ্রবা ওইররোইদবা বা ঙাক্তা হেক ঙাংলদনা।

ঐ তশেংনা শাওরে হায়বা খঙলদুনা শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই।

— অদুদি শম্না তাও, ঐনা কাওথোকপ্রগে পল্লুবা থৌদোকশিংদো নিংশিংহনবা পাল্লবনিনা, .... লাইয়রপ তৌবা খুৎলাইদুনা চাবা ইমুং অমদা য়ুম্নুরেম্বা অমসুং য়ুম্নুরেম্বী পুন্না নারকখি। মচানিপা অহল মমুম পানবগা

নুপী মপাম্দা য়াওং ইনখি। মদুতা নত্তনা মাগী ইংখোল শরুক ফাওবা থাইদোক্কুনা য়েম্থোকখি। মচানুপী লৈশাবী পুন্সিগী ওইনা পুনশিন্নবা য়ারয়োইদবা ফুরুপ অমগী মৌ ওইখি। লেমহৌরিবা মচানুপানা মানা হোৎনদুনা হিংনবা লাক্লরকই। শেন্দোননা খ্বাং কোইরবা নংথরক্লবা ইমুং,ময়ুম ইংখোল য়োল্লম লবাই খোংদাখি।

— য়ুম হোংবা নত্তনা উপায় ইরেমক লৈখিদে হায়বা ?

— মদুনঙাক নত্তে। মচানিপাদু হনবা লৈতনা হোৎনখি। অদুবু পাখংদুগী খোয়দাজবী, চান্নজরম্বী অদুসু মহাকপু নম্থাক তৌরম ইনক নক্লা লৈকাইদুনা ওংশিল্লখি। মতাং অসিদদি পাখংদু ঘৌনা হল্লকখি।

— কনানোনে! করম কান্দা খঙনক্লরিনোনে ? চহি অমগী মনুংদবু হাকমল্লেহে, মদুদি হায়জিনবা মাল্লি।

— থম্মোয়গী মাফম নংনা খঙলোই। মিৎকুপ্তা নুংশিবা য়াই থাইনগী মী নত্তবসু।

য়াম্না শকফমগা হঞ্জিল্লগা হায়রকপনি। ঐনা মরক থৎলগা হায়রুই।

— হৌদোঙ তুমিন লৈবনা চফু গুমই হায়বদুনি। হোই, য়াহল্লসি মখা তারক্লো।

— লমাইদা মানা লৌ-শিং উদুনা হিংলে। উপায় ওইগদ্রা খন্দুনা মথন্তা পোকপী লৈশাবী অমগা অউন লৌ লৌরাকতু পাম্বদগীরা নত্তগা লৈশাবীদুবু পাম্নুরিবরা খঙদনা য়ুম পানশিল্লুরে।

— অদুদগীদি ?

— নুপীদো পান্নবা মতুং থাগী খোংকাপ অমুক ফাওবা লাক্লমদনা মশা মাই শংখিদে। ... নং ভাব তারিকো ?

— তারি, মখা চংঘৌ। অদুগুম্বা ঘৌদোকসু ওইথোকপা য়াই।

— য়াদে, নঙনা খঙদ্রে। থা ফারকপদা চেক অপ চংলুবদা ডাক্তরগী মোং মতুং ইন্না কনসিপ তৌখিবা থা অহুম ফারমলে।

ঐখোয় অনিমক তুমিন লৈনে। ঐনা হংখি।

— হৌজিক লৈমিন্নরিবসিরা ?

—নত্তে, মমা মচা অনিমক লোইশিনখি, মীরানচাদুনা গর্ভদগী মপান থোক্লক্লিঙে।

করম্না ?

— অয়োনবা কয়া মকা ফোংলকপা তারক্লবদা ...... উপায় হায়ববু সুইসাইদ হায়বসিঙাইদনা, ... ঐ কনাদসু নম্থাক তৌদে। তৌগেসু খন্দে। ঐঙোন্দা নমথাক তৌরবদি লেম্না থাকম থোক্কে।

ঐনা তুমিন্না লৈখিবদুদা ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি য়েংলগা মখা তারকই।

—মদুনা মতমদুগী ব্রানি। ঙসিদি ঐসু সোসাইতি অসিদা এদাপ্ট তৌবে, খুদিংমক ঙম্লে য়াবা যাদবা, চংনবা চংনদবা হায়বা ব্রাকম অমুক থম্লুদ্রে। খুদিংমক ঙম্লে।

— হৌজিক লৈমিন্নবিসিনা ?

— মাগী ব্রারীনা, অমনি। ... নংবু থাইনদি চা যাম্না পাম্বদাই। মাইনর রোলশিং, সপ্লোটিং বোল ময়াম অমা লোইশিল্লমদনা মখা তাবা য়াবা হৌনদে। চা অমুক্তা হায়খিগে ?

— উম।

মহাক হৌগংতুনা ইমুং ফাওবা চংলুই, থুনা থোক্লকই। ফমথবগা মখা তাবকই।

— মখাদি অনা অয়েক ময়ামদুগী মথং মথং শিজিল্লকপগী কর্ম্ম ময়াম পাংথোক্লবা হোংনবদা লৌ ইংখোল য়োল্লগা পাংথোকপা তাখি। ইন্ফালদা হায়গংলক্লে রিক্সো থৌদুনা লমফেল সনা কৈথেলদা লৈরম্মী। মফমদুদা নুপীসিগা থেংনবনি। ইমান্নবা রিক্সো থৌবা অমগী নুপীনি। কছারদগীনি, ভারা থংননা লৈমিন্নবদগী খঙনরকপনি। ঐগী মরুপ শাবদুনা নোংমা নিনি ময়ুমদা চংলিবনি হায়দুনা চংশ্রগা নুপী থিরে হায়দুনা থোক্লকপদা, য়াওবকই। য়াই লৈরম্বা মাগীসু তোঙানবা ইতিহাস অমা, খঙলুদবনা ফরে খন্দুনা ঐ হংলুদ্রে।

— অচ্চা ! নংদি য়ৌনা কুমথরেনা ?

— কুমথবা নত্তে, নেংথখিবনি। নুপাদুনা হন্দোকপিরম্বনি। নোংমা-নিনি য়েংদবা য়াদদুনা য়েংশিনখিবনি অদুবু সোসাইতিসিনা নিপা নুপী চম্না তিন্নবা য়াদে হায়রে। মখাদি খঙলেব্দনা ?

— হয়ে য়াহল্লসি। পুক্লিংনবু য়ারবদি করিসু কায়দে। মখাদি ?

— মখাদি নংগা থেংনরেদনা।

— নংগীদু শমজিনমল্লি। বা লোংকনু ভায়।

— করি অমুক বাংলিবগেনে ? .... ঐগী ইংখোল য়োনবগী অরেম্বা খরগা বানা তুংখৎচবা খরগা শাগৎচদুনা লুপা লিশিং কুম্মামুক্কি শেনফম অমসু থবকী বানোমশেল ওইনা মাঙগ্রবনি। থবক ওইরবনিনা হন্দোক্লো হায়রুববু শিজিন্নখোকপ্রে হায়না ইরাই লাইনা খুন্নকই। মীওইবসে শা ঙাদগী হেন্না তোল্লবা জাৎনিদা অঙম অঙম হাৎনরবা ....।

— মদু নিংশিংলুরনুদা খোইদৌ শাওগৎনবনি নংনা শাওরোই হায়রবদি বাফম অমগা খঙনিংলি।

— নংনা খঙনিংলিবদু হায়রবসু ঐ খঙলে। ঐগী ইফমদদি য়াদবা হায়বা বাফম অমা অমুক ঐঙোন্দা থমদ্রে। ঙসিদি ঐগী মিত্তা অশেংবা অচুম্বা অমত্তা উরদ্রে, সমাজসিদা চেল্লিবা অমোংপা য়ানশিল্লবা ঈচেল অসিদমক উরে হায়গ্রেনা।

— অঙাং অহমসি নংগী ঙাক্তরা ? মীচাপোক য়োকপা লুই হায়নরিবনিকো।

মহাক নোকখোরকই। য়াম্না মকা লাম্না নোক্কুরগা হায়রকই।

— মদুমদি ঈশ্বরনা কনবীরে। ঐগী ঙাক্তনি। ভায় নং ওথাক শিংইকো, অদুনবু আই, এস, ফংলিবনিদনা। মরক্তা বা খরা লোৎপ্রে হায়বা খঙদুনা হায়দোক্লবা নৌনিনে ?

ঐ খুমদে। মানা মখা তারকই।

— মতমদুদা মহাক মশা বাই শংলমদে। ঐসু কোম্না খঙলকপনি। মাগী নুপাদু মযুমদা নোংমখক্তনি হায়দুনা চৎপ্রগা হেক্তা লাকখিদবনি। লাকমল্লবদুদা ঐনা মহাকসু চৎখিনবা ভারা পীগে চৎপ্রো হায়বদা মহাক য়াদবা

তৌখিদে, মহাকনসু মবুংদা মবুংগুম্না খনখিবরা খল্লি। অদুবু করম্বা শরক্তা কনাদগী লৌরক্দুনা চারুরিবা তেবলেটনো খঙদে, ঐনা মুমিদাং হনজিনখিবদা ল্লিদিং তৌরে হায়দুনা লৈরম্মী। উপায় লৈতবনিনা ঐনা হোসপিতালদা পুখৎতুনা হোৎনখি। শিনিংচিংতা হিংহৌখি। মশা কয়ক্রবদা ঐনা চংখিনবা য়াকম হৌদোকপদা মহাক পাওখুম অমত্তা পীদে। কন্না হায়জিল্লুরগা শিরম লাক্লরগা দশা তাদুনা তোক্লগদরা হায়দুনা তকশিল্লুস্রে।

ঐনা মখা তানা খঙনিংবগী মওংদুদা, মহাক নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই।

— মখাগী সিনেমাগী বারীগুম্বদুদি ভাবনা শাজিল্লো। মানা ঐবু ঈশ্বরগুম্না উরি। মতৌ মনাওগী মরিদদি মসি অবাংবা থাক্কীনি হায়বা। ঙসিদি লাক্লে ঐগীসু য়েন্নিংথা।

মসি হায়রগা থবাই তানা নোকই।

— মীনুংশি হায়বা মশক অসি মাঙহন্দবা ঙম্লীবা থম্মোয়দু ঐনা ইকায় খুম্নজে।

ঐখোয় অনিমক নোকমিন্নে। মতাং অসিদা মাগী নুপীনা চা পীরে। ঙসিদি শকফম য়াম্না ওনলমলে। ফজবা শকফমলোমদা য়াম্না নকশিল্লে। তুমিন্না চংখিগে তৌবদা মহাক্না ঙাইখো হায়না থাম্লগা হায়রকই।

— নংনা হেক হেক হংবা, ঐগী মরুপ হায়বদো মহাকসিনি।
— অদুদি ঙশাইনা তাকপিরকপা য়াদরা ?

— মী অশেংবা থিবা য়ারবা মতমসিদা মমল খরা কাউখৎহন্দবা য়াদে, ... নত্তনে ভায় ?

ঐখোয় অহুম পুন্না নোকমিন্নে। □

# পামজরে ঐদি অমম্বা

মখুত্তা পায়রিবা চৈশুদুনা ঙাকলৌ পীরগা লময়ায়দুদা হঙ্গৎ হুন্দা চৎতুনা শাজেল তৌই। চোকথরক্লদুনা কাদুগী মতায়দা থারিবা ফমুংদা চংশিন্দুনা ফমথে। মখোং অনিমক মাংলোমদা শাংনা তিংঘোক্লুনা ঙাইহাক অমুক লৈ। স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা, শোকখিবা কুইদ্রিবা মখোঙ ওইদু তপ্না কোনশিন্দুনা অশোকপা মফমদু য়েংই। মপান্দদি মপুং ফানা ওইশিল্লে, মুকপা খোৎপদা চিং চিং লাউনা নাবা ফাউরিবা অদুদি মহাক মশা মথন্তুনা খঙজবনি। মপুক্তা খল্লকই, —"ঐগীসিবু শিংলি শোকপা জাংলনে! ডাক্তরনা হায়বদুবু থা খরগী মতুংদা হান্নগুম্না থবক পায়বা য়াগনি অসিনি।.... ফিভম অসিদদি থা অনি অহুম ফাউবা থবক শুবা য়াগদবা মানদে ?"

থৌনা হল্লকপগুম তৌরকই। তৌফম খঙদ্রদুনা মোন ময়াদগী বেরী মৈখেৎ মারগা লৌথোরকই।

—এ!' শিসু মচৈ অমত্তা ঙাইরমলেনা। মমল য়াম্লপোৎনিকো! নাইতোম তারবা পুন্সিগী মমলদি ...?

চন্নগা অমুক্তং শাংনা খোয়দানা চিংই। থবক শুবা চৎখিবা মাগী নুপীবু নিংশিংলকই। মৈখুদু শাংনা মথক্তা কামখৎলগা ভাব মেন তাদনা মচিন্দা শোন্দোকখি,

— করিনো! মসিগী নুপীসিসু খোকপু খোকপ্লবদি কোক হেক হল্লকলোইদবনি।

হৌগৎতুনা ফকলাং ময়াদা চংশিন্দুনা ইলেক্ট্রিক সুইচ অদু টেক লাউনা ওন থোই। মৈ লাক্লমদে।

— আই ! মৈসিসু লাক্তেনে। ভারা মপুনেনা তৌরিসিনা ভাড়ানা য়াম্লা পামলিবা, থোংনাউ অসিদা খরা লাউনা ফাৎকে হায়দে। নোং মংলবদি অহিংগা চপ মান্নগ্রে। ... অস ! কাওনা মরোল অমা নুংথিলদসু চান্স য়েংলকইনে।

মথা তানা খম্বুরকই, —" সহরদদি অহিং নুংথিল হায়বা অমুক খায়দে। অহিং চাক্তাবা কাংবুসু য়াৎতে"।

খম্বুরুরগা হেন্না হেন্না শোম্বুরকপগুম তৌরকই।

কোক — কোক — কোক, করিনো ! থোং লোনলিসিবু ? ..... তাপীশক .... তাপীশক .... !

য়াখলদা লুপলুবমান্নে। থোং হাংদোক্লুবদা মাগী নুপী ওইবম্মী। মীগী নুং-লৈঙোই হোঞ্জিনগনি হায়দুনা চৎপ্রগা, মশা মউ তনান-তনান লৈরম্বদুদা ওক্লা হংলুই,

— নং ! থবক শুবা য়াওরুম্রবরা ?

— করিগী য়াউদনি ! ... য়ামদেদা লৈঙোই গাড়ী মপোৎ অমতনি, ওন্তানা অদুম লোইরে।

— অদুদি করিগী অদুক কুইরক্লিবা ?

মাগী নুপীনা হয়াওনা, মখুৎও-মশাও তন্নকই,

— ইচে তোম্বীনা হায়ম্রনে ? ঐদি অয়াংগী ইচেম্মনা চংলকখো হায়বদুদা চংলুরবা। ফি-শুবা খরা য়াওরম্মু হায়বা ওইরম্মী, য়াওবিরম্নে। লুপা য়াংথৈ পীরকই, লৌরোই য়াদে। ঈরু মাইথরগা চাকসু চাথোক্লক্লে, ... তাপীশকপু চাম্রিবরা ?

খুম্লিংথিদে। চানিংবসু ফাউম্রবোই নিংই। চাকতি মাগী নুপীনা ওন্তানা থোংদুনা থম্লম্লবনি। পুন্না চামিন্নরমে খন্দুনা ওাইরম্বনি। হৈনিংদনা খুমথি,

— চাবু চানিংম্রেদা।

অদুমকপু, মাগী নুপীনা চাক থাংদোক্লকপদা খোইনা য়েংলুদনা চাবা হৌই। শকমচানা ঙাইহাক্লুদা য়াম্না ঙাইঙমদনা হংলকই,

— ইচেম্মনা, মরক মরক্তা ফিশু ফিজাম তৌবিমু হায়রি, ... থা অমদা লুপা চামঙা পীগে হায়খ্রোই।

মহাক্না হোই-মাই হায়দ্রবদুদা অমুক মখা তারকই,

— হাপ্তা অমদা অহন্নক্তনি হায়বদুদা য়াথোক্লমলে ...।

— ফরে, কৈদৌরগে !

মীরোল লৈজদবা ইমুংনি। মতৌ মনাওতনি লৈরিবা। মচানিপা অমতং য়াওবদুসু মপান্দা লাইরিক তম্বা থাদোকপ্রে। চেকপন্না পুমকোই কোইশিনরা, কৈরোই লৈকাইগা শম্নদবা মখে লৈরিবা ইমুংদুদা চহি নৌরিবী মাগী নুপীবু থাজিনবা হায়বসিদা মহাক্না য়ানিংখিবা নত্তগা য়ানিংখিদবা হায়বদুদি মহাক্কী থম্মোয়তনা খঙগনি।



থা অনিরোম হৌপ্রে। ঙসিসু পীশকতি অকনবা শীনফম পায়বা ঙমদ্রি। শেম্লোক্কীদমক্তি, মচা মশু য়াওদবনিনা শকমচানা খরা পুশিল্লকপা খরনা বাদনা চারি। মীনা মুনবিহৌরবা ময়ুম ইংখোলদুতং হন্দোকচগে খন্দুনা তুংখৎচবা শেনফমদি চপ লেপতুনা লৈপ্রে। ভারাগী য়ুমদুদা মথন্তা তরক তরক, তাঙ্কক কয়াদনি। লৈমিন্নরিবা অয়াম্বদি, মচা মশুশিংগী কুম্মেদা ঙাইহাকসু অবা পোত্থানবা ঙাক্তনি। করিগুম্বদা ঈশ্বরদা বারৌনা বাকৎপসু য়াওরকই, "— নাইতোম তাবা পুন্সি অসি নত্তবদি লৈত্রবরা "!!

মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈগী খুঙ্গংগী পুন্সিগী তাঙ্কক অমা নিংশিংলকখি। খুনগী মতাইদা চেল্লিবা তুরেল অদুগী ঈচেন্দা অঙাং ময়াম ঈরোইদুনা শান্নরি। অমুকসু তোর্ব্বানগী অঙম্বদা নাম্বদুনা শান্নে। চমজপ্লবা খুঙ্গংগী অঙাংগী পুন্সিনি, খুদৈ মতৎ অমমমগা, শেৎপোই শেৎতবোই। পেঞ্জখিবনা হেলবনি। সহরগী অঙাংদি ঙ্কি-থোংদবদি লাইরদনা অনৈবা ঈশিংদা ফাউবা শান্নরুদে। কনালো, মমান্নবা অমদা হায়রকখিবনি,

— এ ! মাগীসে পীকত্রা ?

খন্না চাউবা অঙাং অমনা কাগি ওইনা খুন্নকই,

— অদুনবু ব্রাংলবসু পীশক কৌরিনে।

ময়াম ব্রা লাউনা নোকই। মহাক্তি ইকায়খিবনা শিনিংবা হায়বদু য়ৌখি। শান্নবা তোকথোকুনা শাউনিংনা ময়ুমদা হল্লকখি।

মখোয় অনিনা য়ুম পানখিন্নরকপা চহি তরেৎ-নিপাল শুজিল্লক্রবসিদা, গুসি ফাউবদা মমিত্তা মচা উড্রি। মমান্নবশিংদি মচা নাওরোন কানগ্রে। ব্রাখলদা, মথন্ত হেক হেক হংজরকই, —"ঐবু ইমিত্তা ইচা হায়দু উদবা তারবরা"?

ব্রাখল মফাং মফাং অঙাং য়োকপা, নুপী লোনবা ফাউবা য়ৌনা খঙ্খ্রুরে। খংনিং নিংশিংলকই, নোংমা শকমচানা তল্লকপা পাউ অমা, — "ইনম্মা ইবেহাইবীদো মচা নিপা অমা পোকখ্রে হায়রে"।

— ইনম্মা হায়দি ?

— হো - মখারোমগী তাচৌ থাবলনা লৌরন্নগা মচা পোক্তে হায়দুনা খায়নখিবদো .... ?

— ও ! নিপা অমদা অমুক ময়ুম পানগ্রে হায়বদুরা ?

— অং ... মাস্রে। অদুসু অতোনবী ওইরমাল্লে। নুপীনা অহানবা খোঙফম শোইপ্লদবু কয়াম ব্রাইওং চারুগবনো।

মহাক মখা তানা খুমখিদে। তৌবগীদি মহাক মশা মথন্তা অকিবা ফাউখিবগুমখি। ব্রাফমশিং অসি নিংশিংলুল্লগা, হৌজিক ওইরিবা পুন্সি মরেলগা অমুক চাংদম্লরকই, শকমচাগী মরমদা খঙ্খ্রকই,

— " অহোংবা নাইবা পুন্সিদনি, মাসু হোংলব্রা " ?

— " হোংলমাল্লে ! হোংদ্রনে ? ... অকে অদৌ য়াম্না পামখৎলক্রেদা ...."।

— " মচেম শাবী ইনাকখুম্বীদুনা মরোল অমা, শেংন-ইন্নবা ফি ময়াম অমা হেক পীশিল্লকই, .... শক শেল্লবসু য়াওনা ! ঙাইহাক শংবদা হেক্তা চংখি, মৈরানবীনা মৈরিদা ঙাওবীশিঙাই ! "

— " চুম্না নুংশিদুনা পীবা ওইরম্লবনি " ?

— " মীওইবগী থম্মোয়দি, ওয়েক্লা মনিং তম্মী " !

— " শকমচাবু ফজন্ত্রনে " ?

— " ফজে হায়বদি হায়নখিদে " ।

— " ওসিদি য়ান্না ফজরেদা । ... শাবানসু য়ান্না হোংলে, ... নিংজোলগী শরুকসি কা হেন্না মপুং ফাগংলদ্রা ! .... ঐগী ভাবনরনে " ?

য়াখলনা লুমথরকই । নমহংতুনা চম্না খন্দোক্লবা লাক্লরকই । চুম্না মচন-মচা ওইনা লুনা তৌজবা ওইরিনি হায়না খন্দোক্লবা হোংনরকই । মাগী থবক ফাউবা হাপ্পীরনি, থবক্কী মীনিনা মালি ওইহল্লনি হায়রি । তলবসু লুপা লিশিং অনি অহুম ফংগনি, হাপ্তাসিগী মনুংদা ওর্দর পীরনি হায়রিবা মীওই অম্বু লান্না খনবা হৌনদে হায়না মপুক্লিং ফাজিন্নবা হোংনরকই । অদুবু লমফৈ হেক্তা থল্লকই । মাগী মরুপ, খুজং অমত্তদগী মহাকুম্না ইমুং হুপ্পা থবক শুদুনা লৈমিন্নবা চাউবাগী বাহৈশিং কাওবা ঙমদে ।

— "ভায়, নখোয়গী শকমচাশিনা ইনাক খুনবগী য়ুমদা লৈবসি তোইমল্লি । মসিগী ওফিসারসি নুপী নহাদা য়ান্না কারন তাই হায়নবনিকো"।

মহাক্না মপুক্লিংদা ফাউরিবা অকিবদু লোংশিল্লগা খুমখি,

— "কদায়দগী ! মচন-মচাদৌনা চম্না লুনা তৌজবনিদা "।

— "নংনবু য়ারবদি ফৈ, .... হনু-হনাসু নত্তে, চহি নিফু হেল্লবা মানা থবক অৱাবা শুদবনিনা ঐখোয়দগী হেন্না নৌনা উরিবসিনিদনা ? ... চেকশিনবা ফৈ হায়বনিদা, ফত্তনসু খল্লুনু।"

মাগী মরুপকী য়াফমদু তরাইনা লৌবসু য়াদ্রি, অশোনবা নুপীগী থম্মোয়বু লাইনা শুজ্ঝংপা ঙম্বা ময়াই অমা নিপা অদুদা য়াওরি ।

য়াফম অসি শকমচাদা হৌদোক্লবদা, মবুক ফত্তে হায়না শাউগংলকই । "শৌগংপিরিবা মীবু হল্লানবা হৌনদে, ঐখোয়গী ফগংলকপা উবদা হিগায়রবা তৌরকইবনি" হায়না খুন্নবসু মমাই ঙাংলপ তৌনা লৈথোকপ্পিবদু চিংনদবসু ঙমখিদে।

য়া মখা তানদনা তুমিন তুম্মিন লৈনখিদি হায়ববু, থম্মোয়দদি

অনিমক ইপেন পোন্নখিদে।



মতম খরা হৌগ্রে। পীশক সরকারগী থবক তৌরে, তলব চারে। মহৌশাগুম থবক শুবা অমুক চৎত্রে। মাগী থবকসু মালি ওইবনিনা অমুক ওস্তা চৎলুরগা নুংথিলগী মতমদি য়ুমদা অয়াম্বা মতমদা লৈ। মরক মরক্তা ওফিস অব্রারদা কাবসু অদুম্মক ময়াউই।

ওসিদি সেকেণ্ড সটরডেগী ছুটিনি হায়দুনা য়ুমদা লৈ। শকমচাসু, মচেম্মানা থবক খরা লৈ হায়দুনা চৎখিবনি। য়ুম অদুদা মহাক মথন্তমক লৈ। অসিগুম্বা তাঞ্জাসিনি মানা য়াম্না হৈনেন্ত্রিবসু, করি করিনো পংখন্দা হেক্তা খল্লকই। নোংমা নিনিগী মমাংদা শকমচাসু থা লেপখ্রে। শোইদ্রবনি, মেদিকেল চ্যেক ফাউবা তৌরবনি। শকমচাদি মচাগী ৱাখন্দা পংহাদা হরাওজে। ওন্নতৈনবদা, মহাক্তি পোত্থাফম খঙদবা ৱাখল অমনা হেক হেক কুপশিল্লকই। মমি শামিরম্বদগী অসুম অসুম ময়েক শেংগৎলকই ... ঃ

ঈশিং থক্লবা পুরকউ হায়বদুদা পিগে চংলুবনি। মী ফমফম কাদা লৈরমদে, বেদরুমদা ফমুংদা মখোং য়াম্বদুনা ফল্লম্মী। ওম্থোক্লা মর্য়োলৈনা য়েংলকখ্রে, নুং-পান ফাউনা উপ্রদবোই হেক খল্লকই। হম্বনা মশাদা অশোয়বা য়াউরব্রা হায়না য়েংথরুই।

ঈশিং অদু সাইদ তেবলদা থমগে খনবনি, লৌগে হায়না তিংথোরক্লীবা খুৎতুদা উপায় লৈতনা পীরুখি। খুৎথেংননা লৌবদুদা পাখৎপা অমা ফাউই। চাউগ্লবা য়ুমদুদা কনাসু লৈতে, মখোয় অনি নত্তনা!

—"ফম্মুনে ৱা হংগদবা লৈ"।

লাপতক্লা ড্রেশিং তেবল মমাংদা থাল্লিবা মুরা অৱাংবা অদুদা ফমথে। য়াম্না হজোয়না মচিদা নপতুনা [illegible] মাগী নুপীদা শীজিন্নগদবা খোম্থোক্তা হংলকই,

— "পীশককী অশোকপদুদি ফরবরা"?

— "... নোংমা নিনিসিদা থবক পায়বা ওল্লনি"।

— "ওফিসতা মালিগী থবক হাপপিরগেদনা ? তলব লুপা লিশিং অনি-অহ্মদি ফঙগনি । ... নোংমা নিনিসিদা হেক্তা কাহল্লগদবনি, ... মাবু ঙমখিরোইদ্রনে" ?

নুংঙাইবনা, থুক্কৎপা অমা য়াওল্লে । পাউখুম পীনি হায়বা ফাউবা খঙখিদ্রে । হৌগংলক্লুনা ঈশিংদু খরা থক্লগা মনাক্তা চংশিল্লকপদু মহাক খঙলুদে । দ্রেশিং তেবলদা গ্লাসদু থম্লগা, মরেংজুমদা পায়রকপদা য়াখল লাকই । কম্থোক্লগা হৌগংকে খনবনি ঙমখিদ্রে, হেন্না খুৎপায় চেংশিল্লকই ।

চেনফম লৈতে । চেন্দুনসু হিংলরোই । নোং মংদনা অখাক অরাউ তারকই, লৈজরম্বা পাঙ্গল পুম্বা মাঙল্লে । মশাপুম্বা মহু পুরবা মশিং থিঙমদ্রবা লিলহানা য়েংশিল্লক্লুনা মফম কয়া থোক্লা য়াখুল লৈনা চিকথ্রবোই নিংলকই । লবাই শাংনা চৈনা ফাউরকই । কয়াৎ শীন্না কুপশিল্লক্লিবা হুগীসু মহাও লৈরকপগুম তৌবকখি । য়াখল লাকপদা, পাক্লবা দবল বেদ অদুদা ফি থোংদ্রবা, কোগোক কোক্লবা হকচাং অনি চেৎ পক্লনা তাদুনা লৈরমলি ।

—" মঙাল ! নং মাঙখ্রো... মাঙখ্রো..., পামজরে ঐদি অমম্বা !"

মংলান্দা তাউরম্বদগী, পীশক খোঞ্জেল থোক্লা তাইবংদা হল্লকই । নিংশা ফুইনা হোল্লি, তৌফম খঙলক্তে । মমিত্তা উরকই, "অক্লবা ঈচেল অদু, ঈতিনশিল্লকপা অনৈবা ঈচেলনা নৈখায়রক্লি । শংবানরবা অতিয়া অসুম অসুম নেমথরক্লি । তাইবংনা থিরিবা মঙাল অদুনা অসুম অসুম ঙানখৎলক্লুনা অশোনববু চাকথেকলি । মশক উদবা অমম্বা অমনা মহাকপু অসুম অসুম য়োংশিল্লক্লি" । ❑

# মীচেন

ইম্ফালদা নুপী লাল মেমোরিয়েল কমপ্লেক্স শাগ্রে। নুপী লাল মূর্ত্তি খিন্দুনা ইমাশিংবু ইকায় খুম্নগ্রে। মণিপুরগী রাজ্যপালনা মাইখুম হাংদোকখি। টি.ভি দা কভরেজ তৌরকপদুদা য়েংবদগী হেন্না, বার্ত্তন ফঙলবসু চৎপদি চৎলুদ্রে। পুক্নিংদা অমুক্তং চঙদুনা য়েংলুগে হায়বা ফাউবদি খনখিবনি। ঙসি ফাউবা ঙমদ্রি।

কমপ্লেক্স অসি লম্বী মপানসু ওইবনিনা কয়ারক হন্না মপা অসি লান্দুনা চৎগ্রে। পুক্নিংদা ঈথিল অমদি পীবগুম হেক হেক তৌই। ঙাইহাক্তি, ৱাখলনা মতম অদুগী ওইরমগদবা দৃশ্য অমা হেক-হেক শাগৎলি। অমুকসু, মতম অসিগী মৈরা পায়বী ইমা ইবেলশিংগা চাংদম্নদুনকাসু য়েংলুই। অসুম্না চহি অমা অনি হৌজিনপ্রবা অসি ফাউবদা চংশিন্দুনা য়েংবদি য়েংলুদ্রি।

হৌজিক্তি চহি খুদিংগী নুপী লাল ডে হায়দুনা ষ্টেট হোলিডে ওইরি। ঙসিসু ছুটিনি হায়দুনা য়ুমদা লৈ। ঙন্তানা মরুপ মপাংশিংনা কোইথোকলুসি হায়না হৌবা লাক্লম্নবনি, ঐনা ঙসিদি পোখারগে খন্দুনা হকচাং কয়া নুংঙাইতে হায়দুনা লৈথহৌরবনি। ইথন্তা চিক্লা সুম লৈবদুদা নুপী লালগী মরমদা হায়ফেৎ নিংশিংলুই। চুম্না সুম অহল লমন খরা নিংশিংলকপদা অঙাং ওইরিঙৈ স্কুল তন্নীঙৈগী থৌদোক অমা হেক মীংতা উরকখি :

মতম অদু ঐহাক্না চহি তরানিথোইগুম্বগা শুরন্নগনি। পুমকক চাউজরবনি। রাম লাল পাল হাইস্কুলদা ক্লাস সেভেনদা তমলি। য়ুমদগী চাউরাক্না কিলো মিটর অনিরোম খোঙনা চৎলগা লৈবা স্কুলনি। মতম অদুদা

কৈশামথোং ম্রিদজ অসি ঙগী অমা লৈরম্মী, পাকাগী অসি শাম্রি। থোংগী মনিংথংবা নাকন্দা কৈথেল মচা অমদি লৈজরগসু হৌজিক্কুম্না চাউম্রি, মীসু কা হেন্না তিনদে। থোংগী মনিং থংবা নাকনগী ওই থংবদা পোৎফম খরা পরেং নাইনা কচা ওইনা শঙ শাদুনা মমাই মথা ওন্দুনা ফম্মী। মরুওইনা পোৎফমশিং অদুদা হৈগ্রে অকংবা য়াম্না য়োল্লী। মহাওসু ওম্থোক্লা লৈস্রে ! পামজরুবনরা খঙদে।

স্কুলগী হাফ থারকপদা ঐখোয় ইমান্নবা অমা অনি হেক হেক হৈগ্রে অকংবা লৈদুনা চার্মিন্নে। অয়াম্বা মতমদা ইমান্নবশিংনতা শেল পুথোক্কুনা লৈবনি। ঐদি নোংমতা শেল পুথোক্কুদে। করিগুম্বদা হোটেলদা চংদুনা ফোং ফোং শাবা পকৌরা চামিন্নবসু য়াউই। পুক্তদি ঐসু নোংমতংদি লৈজগে খনবনি, মতম কুইনা ঙমখিদে। মরম হায়ববু, অঙাং ওইরি হায়দুনা পাবুংনা শেল পীয়ু য়াদে। দুকান্দগী পোৎ লৈদুনা চাবসু য়াম্না শাউই। ফিজেৎ চাকশেংতি ঐনা মনাল্লে। অঙাং ওইরবসু স্কুলগী ড্রেস ফাউবা মরোল থম্বী, শউন খোংউপ অমুবা, কালেন্দনা শউনগী সেন্দল তোংহল্লিবনি। ইমান্নবশিংদি, হব্বাই চাপল নত্তগা ফি খোংউপ তোংনরিবনি। ফঙদ্রিবসি ফিরিৎখাউদা শেল হাপ্পা খক্তনি। নোংমদি ঐসু ইমাদা হায়রগা শুপ্পতগী লুপা অমা পুদুনা স্কুল কারকখি। মতম অদুদদি শেনফম অদু হেন্দোক পাথোক্লা কোন্নরবনি।

মহৌশাগুম হাফ থারবদা ঐখোয় অহুম মরি অচাপোৎ চাবা থোকমিন্নরকই। হোটেলদা পকৌরা চারগা থোকমিন্নরক্লে। হল্লকপা শেল মখায় অমদু পায়রগা, ঐনা হৈগ্রে অকংবা লৈশি হায়দুনা পোৎফম পরেং অদুদা লাকমিন্নরে। কনানো ইমান্নবা অমনা হায়রকই,

— ঙসিদি নংনা লৈনিংবা পোৎফম অমা খল্লু।

পোৎফম ফম্বী মরক্তুদা মশা য়াম্না নানবা কুচু ঙৌবী নুপী অমা য়াউরি। য়াম্না চিং-লেম্মী মাইথোংসু য়েংবা নুংঙাই। চহি য়াংখৈমুক্কী লেং ওইরম্বা য়াই। মতম অদুদদি চহি য়াংখৈসি অহল ওইনরে, হৌজিক্তি নহা ওইনরি, ওইদ্রবফাউবদা নহা মাম্না শক শেম্লরি। ইশানা লুবা নানবা য়াম্না পামজবা

মীতা ওইবনা পোৎক্ষমদু খল্লুবতনি। নহানখে অমুক্তা চৎলুদবনি, ঐনা লৈবা ওইবগী ময়ামসু ইন্নরকপদনি। ঐনা চৎশিন্দুনা মখায় চৎপীদু থাদরগা হায়রকই,

— ইমা, হৈগ্রু পীয়ু ..... অকংবা।

— কয়াগীনো ?

— সিকি অমতংগী।

মরক থংনা মী অতোপ্পা খরসু, মাঙোন্দগী করি করিনো খরা লৈ। নোক্লা নোক্লা তমখি। নোকলকপদুদা য়াতোন লংনা উংলকই, অহল অতেগুম্মা কা চাশিনবগী ইচু চুবা নত্তগা মশিং অমা অনি ব্রাংপদু তৌদে। খল্লি, অহল অসি নহা ওইবিঙেদা য়াম্মা ফজরমগনি ! মীশিংদু চংল্লবা মতুংদা হংলকই,

— নখোয়গীদু কযাগী হায়বনো ?

— ইমা, সিকি অমতংগী পীয়ু।

চেনা যোল্লদুনা তল্লকই। ঐনা ইমান্নবা অমদা পীববদা, মানা ময়ামগী খজিক খজিক য়েল্লি। ঐনা ঙাইহাক লেপতুনা শেল হল্লকপা ঙাইকই। হল্লকপগী মহুত্তা হায়বকই,

— পৈশাদি ?

— থাদরবনি, ... মখায়নি। সিদা থম্বনি।

য়েংলুবদা লৈরমদে। ঙসাই মী খরগী শেল থাদবদু লৌশিন্নদা শোইদুনা য়াউরল্লগনি। ঐনা মখা তাকম খঙত্রিঙেদা চৈশিল্লকই,

— চলাকবা তৌরদনা ! চানিংলগা শেল য়াউদ্রে হায়বা য়াদ্রা ?

— ইমা ! অশেংবগী পীপ্রবনি ... সিদা থমবনি।

— ব্রা মখা তাগনু ! অঙাংনা ওইদবা ঙ্গাংগনু চংলো।

নুমিৎ অদুদা ঐহাক্লা ইকায়খিবা অদু পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। নমথাক হৈজখিদ্রবা ঐবু ফিভমনা, মতম্মা নমদুনা খোজোয়নখি। ইমান্নবশিং অদুনা ঐবু লাম্না উরল্লগদ্রা ! নিংশিংলুবদা ঙসি ফাউবদা থম্মোয়দা চিক চিক

লাউনা চৈন্না ফাউরি।

মথংগী নুমিৎতা ইমাদগী পৈশা লৌরগা পীথোক্লুখি। মহাক্না ভাব তাবা তাদবা ঐ খঙলুদ্রে ! ঐগী মিৎলুদা ঈহৌরকপা পিরাং লোৎশিন্দুনা থুনা থোক্লকখি। মতুংদা মহাক্কী পোৎফমদা অমুক চঙলুদ্রে। চহি খরগী মতুংদদি হৌজিক লৈরিবা পাকাগী থোং অসি শাবদগী পোৎফমশিং অদুসু লৈখিদ্রে।



চহি তরামঙারোমগী মতুংদনি। মতম অদু ঐ মহে মশিং তম্বা লোইদুনা সরকারগী থবক তৌরে শেম্ছোক লৈজরে। অমরোমদা, অচুম চুমদা, অফ-ফত্তা খন্থবা ঙমলে। নোংমা লাইব্রিক অমা পারুবদা ব্বারী অমা থেংনখি। নেপোলিয়ন বোনার্পার্ট ওইরমগদ্রা চপ চানা নিংশিংবা ঙমদ্রে। নিংথৌরেল ওইরবা মতুংদা মহাক্না তম্লকখিবা স্কুল অমগী ময়াদা পোৎফম ফম্লম্বী নুপী  অমবু থিরকপা অমসুং মহাক্না তোনখিবা পীকখ্রবা শেনফম অমা শিংলবা, অরোইবদা মশাবু  মশক তাক্লকপগী ব্বারীনি।

ব্বারী অদু পারুবদগী ঐহাকসু অমুক্তং পোৎফম ফম্বী ইমা অদু থিরুগে হায়না খনখি। ঐনা থম্মোয়দা ফাউজখি, "ঙসিদি ঐ অমুক অঙাং মচা নত্রে। ঐগী অশেংবা অদু খঙবিনবা ব্বাকৎ থাজৎপা ঙম্লগনি"। অমুকসু ব্বাখলদা ফাউরকই,

— "ঐবু অহল অদুনা নিংশিংগদ্রনে" ?

— "নিংশিংদ্রবসু, মশাগী অরানবা অদু ফাউবদি খঙজগনি। ... ঐহাক মীচেন ওইনা হল্লকখিবদো, মায় পাক্লা হল্লকনি"।

ঐহাক চৎতুনা থিরুখি, কৈথেল অদুগী করম্বা কাচিন্দা হনুবীদু লোৎলীবগে হায়দুনা। কওখিদে, ঐগী নিংবা কায়খি। অদুবু পুক্রিং ফাজিনখি, "শিরম্লবদি ! ... শিশ্রবা মীদা ব্বারৌবা ফরিবরা ? ধর্ম্মনসু য়ারম্লোই"।

— "অদুবু, মীচেনদি অদুম্মক ওইরেদনা !!"

চহি কয়াগী মতুংসিদা ঙসিসু ইথন্তা হংজরি, "যোনাৰ্পাটতি কয়াদা মরাইবক ফঙ্গবা ? ঐদি কয়াদা তমথিনা ওৎশিল্পবা ! মৈরা পাম্বী ইমাহোই ! নখোয়বু চুম্না চৎলিল্পনে ? নুপীগী অশোনবা থম্মোয়বু খুদুম চনবা ঙম্লিব্রা ? নুপী ওইবীগী থম্মোয়দি মীনুংশিনা থল্লি হায়নবদাই ! ... অদুবু, ইমাদি ইমানিদনা ! করিগী ইকায়খুম্নরোই"। ☐

# ঐগীনা মফরে

পুন্সি খোঙচৎ হায়বসিসু অঙকপনি, তাঙ্কক কয়া মথং মথং অহোংবগী অহোংবা ঙাক্তা। অঙাং ওইরিঙৈ চেন-চোংদুনা শান্নমিন্নরকখিবা, চাক পুখম অমত্তদা চামিন্নখিবা ইমান্নবা কয়া ঙসিদি লাপথোক্লরক্লে। শিনফম তিন্নরুবা, ব্রাখল মান্নবা মখৈনা অচেৎপা ওইরক্লি। মরুপ মপাং খরদি ঙক ইন্নবদগী হেন্নদবসু য়াওরে, মচিন্দু কাথোক্তুনা কৌবা ফাউবা ব্রাজরবদুমঙাই। মখোয় অদু অয়াম্বনা অব্রাংবা শেম্ব্রোক লম্বী ফঙলবা কাংবুনা খরা নম্মী। খরা অমনা ফিভম চাদ্রবনি হায়দুনা মশা মথন্তা পংইকতা হেক ইকায়খিবনা মী নক্তবদৌনা হেক তৌই। অহোংবা নাইবা তাইবংনি হায়দুনসু পুমহোং হেক হোংবা হায়বসিদি খরদি হেনমল্লবনি।

নিপা খঙদে, নুপী খঙদে, কা অমা হেন্না লীনা য়ুম পানবসিসু বেরানিকো ! মী খ্বায়গী শাজৎতগী হেন্দোক পাথোকই হায়দুনি। ঐগী লৈকাইগী ইনাওশিং অমা লৈ। চহি ফানা হন্নবা নত্তেদা লৈকাই ওইবদুদা অহল লমন্না তাদ কৌহনবগী ব্রাদনি। মাগী থেংথবসি লোইনা থেংথরে হায়বদুনি, লাইরিক তম্বা থেংলে, শেন তানবা থেংলে, নুপী থিবা .... ওখাক ফজনা থেংলে, কুইদরি।

ঙাংবসিমা ঈশিং লীত্তে, কবোক পোকই। সব-জাম্তানি, মী থানদে। মীনা করবা, মঙোন্দা ফত্তে। ওন্ন-তৈনবনি, নোক্লা চাউই। মা মশাগীরা লোইনা কৈ, মশাবু খক হম্বনা য়েংলুদে।

মাগী মমিংসি অশেংবা করিনো খঙদে, কিশ্বরচন্দ্র, কিশ্বরকুমার নত্ত্রগা কেশ্বরজিং হায়বরা অমদি ওইরে। থৈথরক্তুনা কেশো কবোক হায়না খঙনৈ। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ময়ামগী কেশোনি।

নোংমা চহি মঙা তরুক্কী মমাংগী য়ানি, অয়ুক য়াহৌরকপদা মখোয় অঙাংশিংনা তন্নকই,

— কেশোদো নুপী অমা পুরক্কে হায়য়ে।

— হা ! ঐখোয় কেশোবো ! ... লৈশাবী নত্ত্রনে ?

ঐগী পাউখুমদুদা শাউগৎলকই। মাগী শৌ-শৌ তৌবিদুনি,... হৈনখিবা হায়বসিসু লুপ্রে শেমদোকপা ঙমদেনেসে !

— করি য়াতানো ! লৈশাবী নত্ত্রদি চেল্লকপ্রো ? নচা নাওয়োন কারবা ফাউবদা রাধা ভাবতা অদুম লৈবিরো।

— ইহে ! নংনদি পুরক্কে হায়বদুদা ঙাউরিনিনে, চেল্লক্কে হায়দি হায়দেদো।

মাদি খুমগে খনবজাংনি। ঐনা ইঙ্গিত তৌদুনা খাম্বদুদা মখাদি তারক্কে। মাগী মচিনসিদি মশক্কা চানখিদ্রপোংনি। মানা ঙম্ববু, অহল অনিদুদা ফাউবা চৈশিল্লিবনি। হান্নদি য়াম্না শাউরম্বনি, হৌজিক্তি খঙলমাল্লে পাবুংদি "থিদা অঙাওবীসিদি" হায়রগা মখা তাদে। ইমাগীদি মমৌনা হায়স্ত্রগা লোইরে, শোক্লুবা ফাউবা য়াম্রে হায়দুনি। মশু ময়ামদুগী মমাংদা হৌজিক ফাউবা মমাং থাদনকা পুরিনে ! ঐনা তুমিন্না লৈথোকখিবদুদা হায়রকই,

— মখোয়গী ইনেনা অমুক্তা লাকউ হায়রম্বনি। পাউ হায়দোকপগী খন্নশি হায়বনি, ... কল্লক হেক পেল্লি ! নহা শাজনিংবদো নমান্নবা পাখং লৈররোইদো। ... হৌজিক্তি অহলসু শাবা তারি।

ঐ খুন্নুখিদে, করক তানা, কেশোনা ঐঙোন্দা তোইন্না করেম্নবা য়াহে খরা হেক নিংশিংলকই,

— "তাকুমার, ঐখোয়দি নুপীসিদি ...!"

— "কেনো ! নুপীসিদি হায়দি ?"

— "খরা খিং কিনা চংমনপ্রে হায়বনিদা।"

মাগী য়াজদু ইকাইবদি লাইয়দুনা, নোক্লীংবা অমদুম ফাউই। নুপী থিবা খঙদদনা লৈয়বা মানা য়ুম্বালোনকা তাক্লীংবদৌনা করেম্মরিনেসে। অদুমকপু চম্মা খুমলুখি,

— হৈ! ইচা লৈয়বা ঐনা পাখং মরক্তা পংয়াউ য়াওবসু ফত্তেনে।

হায়সু হায়বনি হৌজিককাসগী লৈশাবীশিংসি গুম্র-গুম্রবা য়াউরকই, দিল লেল্লিবনি হায়দুনবু, "মতমসিগী পাখং মফম মরাং খঙদবশিং অসিদগী শেল ফজনা থোকপা, ডাক্তরদা টেস্ট তৌব্রবসু য়ারবা ... অতোম্বী ওইবনা হেন্না ফরে"।

অমনা অমুক খুম্মী, "তৌজনুকো অতোম্বীদি ওইব্রদনা মরক ওইরদি কমদৌবা ?" ময়াম য়া হেক নোকই, থওইনা ঐখোয় তাহল্লিবনি। মখোয় খঙদ্রিয়ে, য়ুম পানবা হায়বসিবু তরাইনা লৌবা য়াবদৌনা! অহানবদা হেক শোইখিবদা অমুক মেনখৎপা য়াররোইদবনি।

ঐগী পাউখুমদুদা য়ারৌরপকা তৌরদুনা পাউথংনরকই,

— অদু ওইরবসু ভাব তানা হায়নরগা য়াবদুবু। ইতেমা চেল্লকপদা ঐখোয়সু খোঙবান চেল্লকইনি, ... ননুং লেল্লগা কাওনগুমশিদা।

— এ ঃ, নংনা ফরক তামন্দনা চেল্লকপনিনে, ঐদি চেনবা চোংবসি য়াম্না চাউখৎতবা ওইনা লৌই। ইশা মতিক চারবা মতমদা হায়ন-শিংনরগা হোংবনা হেন্না পামজবনি।

— খঙদে খঙদে, নুপী মন্নাদবু খরা লৌরে।

— হাই, য়ুমগী নুপীগীসু ঙাংবগী রাইত লৈনে, প্রজেক্তেসন ফজদ্রগদি য়াদ্রে। হায়নরিবসিদি নুপীবু অর্ধাঙ্গিনী, বেত্তর হাফ কা হায়নৈদনা!

— তাকুমারগা ঐগা য়াম্না খেৎনরে, ঐখোয়দি মন্না শুকলৌ হেক লৌবিরোই। ... পামদ্রগসু থোক খায়নথোকনি।

কয়াদা! নুপী অমফাউবা থিবা ফঙদদুনা মশাগী চহি নিফু শুজিল্লক্রে, ইকায়গে হায়দি হায়দ্রদনা, মীসি জাং জাংনিকো! য়াফমসি য়েংনরুবদা ফজবদি নত্তবনিনা থাদোকপ্রগা লোইরে খন্দুনা, "হোইদা হোইদা, ইনাওগীদা

য়েংবা হায়দুনি” হায়না খুমখি। পুক্তদি খনখি, মসি খরা থুনা চৎখিদ্রবদি কোক হেক হুযলুদনা, শল্লগা তানিসে।

চুম্না সুম নিংশিংলকপগী বাতানি, চৎতুনা হং-খোংলুই। মাগী লুহোংবদুগী অশিন-অরাং কাংবুগী মেম্বরসু অদুম্মক ওইখি।

নুপী ময়ুমগী কাংবুদু শেল পায়বা ইমুংনি। লাইরিক লাইশুগী ইমুংদি নত্ত্রে। লৌয়াম চাবা ইমুংনি, দুকান প্লোট খরগা লৈব্রা ? অদুসু মচাশিং অমত্তা ফত্তদুনা কায়দুনা চারমাল্লে হায়নৈ। নাপলদি হল্লমদ্রি, গব-সবনা হান্না মাং থারকই, খোঞ্জাউনা থারিবা তিন্নবা কয়া নুংঙাইরোইদা !

ওইনিংবা অমা ওইজসনু, ওয়্যোক্লা হৈনা হাইজিল্লুইনে, পাখং শরীনিনা ওইজবা হায়বসিমদি ফজনা চিনফা পুরন্নী। মতম চুপ্পদা, “ঐখোয়দি নুপী মরল চারোই” হায়বদুনা কমদৌরিবাজাৎনো ! অউন পোৎতি ফন-ফজনা উল্লকই, লৌ-পরি অমসু য়াউরকমাল্লে। নুপী মরল চানিংদবা মানা য়াম্না উল্লক্রনি হায়দুনা হন্নাওবদু উবদা, নিপা অসি জি.সি. তোংব্রাগী বাহে —“পুন্সিদা তাৎ মচা মচাগী মফম লৈ” হায়বদু ফজনা চিনফা পুপ্রেদা ! হায়না হেক খল্লকখি।

কুইদে, নিপাসি বাজাও ঙাংবা হৌরকই, বাহে খুদিংগী “ঐখোয়গী প্রেমলতা” হায়বসিনা মাং থারকই। নুপী মপামলোমগী বারী তৌরক্কনি খনবদা ঙাংনগদবা তল্লবনি। সুম বা ঙাংনরম্বসি, করম্বা শরক্তা থেৎচিল্লক্লিবনো খঙদে, মাগী নুপীগী বা হেক্তা ওল্লকই। মাগীনা অফবনি ঙাক্তা হায়ম্রে, চপ মান্নবা ব্রান্দগী টি.ভি. মাগীনা ফরে, নুংশিৎ ফাউবা মখোয়গী নুপী মপামগী অদুবাইনা ফৈ হায়রেদনা !

নোংমা ছুটি নুমিৎ অমা ঐখোয়গীদা লাক্লম্মী। চা-কাসু লোন্দুনা পীথক্লে, অদুগদি করি মীতানো খঙদে, মাগী হৌনবীদু তৌরকই,

— তাম্মোগী তলবসিবু কয়ামুক য়ৌরবগে ?

মাগীসি চুম্না খঙনিংদুনা হংলিমাল্লে খন্দুনা ইচা চুম্না খুমলুখি,

— য়ামদেদা ! ককহৌবা ময়ামসিনা তরা কাংনা য়ুমদা পুরকপা ঙমদেদা।

— হৌজিক হৌবগীদি ?

— মাগীসু মঙামুক্তি পুরকমাল্লে।

— ঐদি থা অমদা লুপা লিশিং মঙাগী ওইরবদি, নোং-ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাউবা মাঙলিবা মতম অদুনা হেন্না পাম্মুল্লে। দুকান প্লোট অমগী ভারানা হেল্লি হায়বা।

অসঃ ওখাক হাউতেহে খোন্দা ফাউবদি। মাগী নুপী ময়ুমগী দুকান খরা ভারা চাবদুদা ককখায়রক্লিবনি। মাগী নুপীনেনা মপান্দা লাইরিক তম্লিবনি হায়দুনা শা থোকখে ফাউরুরগা লোইশিন্দনা থোক্লকখিবনি। মোরেল গ্রাউন্দদা তাম্থোরকপনি হায়নবু হায়নরিবনি। মদুদি খক নিংশিংদমাল্লে। মাগুম্না লুখাক চাবা মী ওইনা লৈদৌ শরুক নুপী থিদ্রবসু তোকথোক্কে। নুপীসিগী শকতামক্লে, মৌ মানা পীশুম ফোইদৎলে, মশম ককথৎলে। তুংদা ককপদি হৌজিক কান্দি চৎনরে, লুমাংদা ককপদি চৎনদেদনা, অদুবু মাদি লৈশাবী মচাদৌনা প্রোপ প্রোপ হেক থাদে। মী খাইগীনা মীনা য়েংলকনি হায়দুনা লুকথবদা মমাই পুরা উবা ফঙনদে, মাগীদি ঐবু য়েংঙু খায়দুনা মমাইদু থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা লৈশিল্লিবনি। ঐনা খুমদ্রবদুদা তোকপ্রগদ্রা হায়রগা মখা অমুক তারকই, মমাই থাপ্রবা জাৎনিদা, মীনা হৈনদ্রে, তানিংদ্রে হায়বা ফাউবা খঙজবা হেক ঙমদে,

— ঐখোয়দি তলব উল্লকদবগী শরুক লৌ উল্লকপনা হেন্না ফৈ, ময়াম চামিন্নরেদনা! হাঃ হাঃ ...!

— হোই হোই, নংগী লৌ পরি অমগী ফৌবোৎ তরামঙা অদুদি থা অনিগী তলব খক্তনিদা।

মহাক খুমফম হেক খঙদবনি। থিকাদার অমগী ইজ্জৎ মী লোইনা খঙনরিবনি। ওফিসতা উন্নবনা য়াদদুনা ময়ুমদা ইঞ্জিনিয়ারগী মচাগী মনপ ফাউবা শিৎনরিবনি! মহাক তৌকম হেক খঙদদনা ঙাইহাক লৈরম্লগা চৎলগে হায়দুনা অদুম চৎপ্রে, চৎথোক্লুসি হায়বা ফাউবা হায়রমদ্রে।



শীনফম্মগা তীম্নপ্রে, মিৎয়েংনগা মান্নদ্রে খজিক খজিক লাপথোক্লরকখি। তৌবগীদি খৌদোক ঙ্রাথোক লৈরগদি পামথোম অদুমক

তিংনৈ। চহি খরগী মতুংদনি, মখোয়গী ইনেসু লৈখিদ্রে। কেশো অসি শেল য়াম্না পায়রে, থিকা মচা মশু তৌদ্রে অচৌ অচৌবা পায়রমাল্লে, হায়নরকই। কদাইবাইদা তৌরিবগে হায়বসু খঙদে। উনবসু ব্রাংলবনিনা কয়াসু হংলুদ্রে। সরকার অসিনা নেসনেল গেমসকী নমাদা ফন্দ মখে দাইভর্ত তৌদুনা থিকাদার মচা মশুদি মকোক্তা মখুৎ হাপ্লবনি। বীল অয়াম্বা শোংতুনা লৈরিবনি। ডিপার্টমেন্টেল স্টোরদা য়োৎ সিমেন্ত ইনদেন্ত ঙমদ্রবনি। থিকাদার অয়াম্বা খরা খরা পায়রবা কাংবুগীদি মরম্লাই, মপান্দগী লৌথোক্লরে হায়নৈ। চিহ্নোক ওইরম্বসু য়াই, মন্ত্রী, হুরানবা খরগা ওফিসিয়েল খরগনা পাসেঞ্জে লৌবা নুংঙাইনবা শন্দোক্লম্বসু য়াই।

ঐনা ঙক্লিবদুগী পাউখুম মীগী মচিন্দগী তারকই, মদুদি কেশো দ্রগ কারবার তৌরে। তাবদা ঐ স্বাই লাওই, মথ্বাই মাঙদনা তোক্লরনি। মতম্না ফত্তবনে, অরানবা তৌবা য়াদ্রবা মতমসিদা, মচাসু পীকলি করমনো! অমরোমদা মাদি ব্রাজাওদুম ঙাংবা হেনগৎলকই, ব্রাহৈ খুদিং "লৈবা ঙম্বজাৎনি" হায়বসিনা তাবা ব্রারে। লৈকাইগী ক্লবকী ফঙ্কসন কাসি মঙোন্দা ওহোক্লা ইকায়খুম্নপ্রপোৎনি, দোনেসনদি চাউনা তৌরবনিনা। লৈবাকসি মওংদি মওং অমনিকো, দোনেসন য়াম্না পীবা মীবু মমল হেক্তা লৈহল্লি। সাহিত্যকার, মনা মথুম কয়া ফঙলবা, অখঙ অহৈ কয়ানা মাগী দান মশক খঙবিরবা, মীওই অমদগী মেত্রিকুলেট, প্রমোসন কারকপদগী ওইরকপা ওফিসার মচা অমনা হেন্না ইকায় খুম্নরবা মতমনি। কলেজ ওঝা অমবুদি ক্লাস টেন পাস তৌদবা, শেঞ্জাউ পায়রবা মীঙোন্দা হায়জবদা হালেংবা লৈত্রবা থিকাদার অমনা হেন্না মমল লৈহল্লি। পৈশা লৈরবদি এম.এল.এ. ওইনা মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা থাগৎনরবা মতমনি। মসিসু অহোংবা মখল অমনি।

কুইখিদে, নোংমা য়ুমগী নুপীনা তম্নকই,

— প্রেমলতাদো ময়ুমদা য়ৌব্রমাল্লে।

— করি ব্রাহৌগীনি হায়নৈ ?

— মপামলোমগী শেল খরা লোক্লুরমাল্লে, মদুগী ব্রাহৌদগী খৎনবা ওইরমাল্লে।

— এঃ মাদি নুপী মপাম য়াম্না থাগৎচবদাইনে ? ব্রা লৈরম্মগনিদা ?

— মখোয়গী তাম্মোদি অমত্তা তাবিদ্রাও ? মখোয়গী কারবারসি ব্রেক মারকেৎ ওইরমাল্লে। করাম চাউমন্দুনা তখৎতনা ইনভেস্ট তৌরুরগা হঞ্জিন হঞ্জিন ফাবিরমাল্লে। শেল থৌবা লাকপনা লোইরমাল্লে।

— হাইস ! অদুগীবু খায়নগদ্রনে ? মখোয়গী মাল য়াম্না লেপশিনলে, নুপী মপামদা ইংখোলগকা লৈরে হায়বদাইনে ?

— শেলগী ব্রাদি অরাইবনি ঐদি মথাইদুম মাঙলগদ্রা হায়না কিবিরিয়ে ! নহারোলশিংনা ব্রার্নিং পীরমলে হায়নে। ... চুম্না গঞ্জা ওইরম্লবদি ফৈ, নত্তদুনা নম্বর ফোর য়াউরম্লবদি লোইশিনগনি মখা তানা কুপ্পা থিগৎখিনিসু হায়রম্মী হায়মাল্লে ! ঐদি ওয়্যোক্লা কিজগ্রে।

— ইস ! করমনো, ... মসিগী অঙাংসি নাপল অমা খরা হেনখিবনিনে ...।



থা অমরোমগী মতুংদা অহিং অমা লাংনরকই। মখোয়গীদনি হায়বদুদা থোক্তবা য়াদ্রদুনা থোকলুই। ইস !... কয়া থিনা ফুবিরমগ্রে, মশাদু লেংবা ফাউবা ঙমজদ্রে। ময়াম চংদুনা ডাক্তরদা পুনবা হোৎনরম্মী। ঐনা অঙাংশিংদা হংবদা "শেল তোনবগী খুৎনেক্লা ফুরম্বনি" হায়রকই। মতম ফত্তবনিনা পাক হেক চংবা ঙম্মদবা ওইরমাল্লে। মীয়াম লাকপদুদা অশেংবা কাংবু নত্তবনিনা চেনখিবদুম ওইরমলে। তোইগন অমসু হন্দোক্লম্মী হায়না তম্মী।

ঐসু চংশিন্দুনা য়েংলুই, ঐবু উবদা মমিৎ অনিদু তরু তরু য়েংলগা খোঞ্জেল থোক্লা কপথোরকই। পুক্লিং ফাথবিবা ওইনা ঐনা হায়রুই,

— কেশো ! ডাক্তর য়ৌরগা হিদাক লাংথক তৌরগা মরাইনা ফজনিদা !

ময়াম্না মাবু থাংদোক্লবা হোৎনবদা লাউরকই, — অয়ো ইমা, ... ঐ শিরে ! ..... ঐ শিরে .... !

তাবা ঙমদ্রলদুনা ঐ অদুমক থোক্লক্লে, হায়রম্মী,

— ইনাওশা ! নখোয়না গুম্নবা হোৎনদুনা হোসপিতাল অমুক্তা য়ৌহল্লু। শেলগী খনগনু নয়াম্বনা খুদিংমক পুথোকনি। ঐসু থুনা য়ৌরক্কে, নখোয় চৎলমলো।

য়ুমদগী শেল খরদং লৌথোকলুবনা চুমগনি খন্দুনা হল্লকখিবনি। খুদিংমক শেলগী মথৌনি। পুক্নিংদা ইথন্তা হংজরকই, "ঙসিগী মাগী কিভমসিদি, মহাক কৈ হায়নদি হায়রম্লোই !!" ❑

